# নুপীগী মতিক ওইবদা

অহানবা শরুক

হন্দোকচবা :
শ্যামকিশোর থিঙ্গুজম

অকোওবা :— [illegible]ারমণ পব্লিকেসন্স, নাওরেম্ [illegible]



১ বা কোওবা :— ১৪ সেপতেম্বর ২০০০

মমল লু :— ৬০

কংকম :— থিঙ্গুবা চেন ষ্টোর, থোংজু (অইবগী য়ুম)
রাষ্ট্রভাষা পুষ্টক ভন্দার, পাউনা বাজার ইম্ফাল।
ইম্ফালগী লাইরিক য়োনকমশিং।

লাইরিক নম্ফম :— সোল প্রেস।
শিংজমৈ ওক্রম লৈকাই।

# কচ্চবা

৺শ্রীখিঙুজম গোপাল সিংহ

ইপা ইবুংঙো পঙলবা নচান।

হৈত-হৈত খুদোঁল ত্তমজরি।

# ৱাহৌদোক

মালেমা [illegible] নবা মীওই কয়া লৈনরি, খুদম [illegible] াম অসিণ্টিংবা। ঙসিগী কুনগু [illegible] হৌরব্রবা মতম অসি ফাউবদা [illegible] শিংনা, মরু ওইনা নুপাশিংনা নু [illegible] সি য়াম্না পুক্নিং মুংশিনিংঙাইরি [illegible] ফুত্বা মিৎয়েংদা য়েংবিত্নতা লৈ [illegible] ং চৎলবা ইচিল ইনাওশিংগী মফমদা। অইহৌসি বঙ্গলাদেশ নিঙোকনি মীয়ামনা খঙনরবী ডঃ তসলীমা নসরীন। মহাক্না বঙ্গলাদেশকি য়াম্না হৰশিন্না চৎলমলিবা ঙসিগী লাইনীং পথাপনা নুপীদা য়েংলমলিবা মিৎয়েংবু মতমগা চাম্নদ্রে খরা মখোইদ মসিগা চুন্নবা শেমদোক শাদোকখা মতম ওইরে হায়বগী, নুপা-নুপী খোং মান্নবা লৈরক্লবা মতমশিংদি নুপীদা য়েংলমলিবা হন্থনা য়েংবা মিৎয়েংফু কোকথোকপিবা মতম ওইরে হায়না ঙসিগী তাইবঙগী নুপী খুদাইগী মহুৎ শিন্দুনা পেন্দবা কয়া ফোঙদোকচবা যাবোলনি। লাইরিকসি মাগী নির্বাসিত মঙালগী

হৈৎ-হৈত লৈরাংজবসিদে লৈনম খঙিক্তং ওইরবসু মৈতৈ সাহিত্য লৈকোলদা লৈনম চেনহনবা ঙমজরবদি হোৎনজবৈ মহে য়ালে খঙ্গরগনি। ইমা লোন্দা হন্দোকচবনি।

অপাবশিংনা মসিগী মৱমদা কুপনা খন্নৈবিনবা লাখোকচরি। বনানগী অশোয় অঙামশিং মথংগী খুৎনমদা শেমদোকচরগনি হাথু হাথুখিবনা মতুংগীদমক ৱারৌবিরোই।

[illegible]

## তসলীমা নরসীন

পোকপা — ২৫ আগষ্ট ১৯৬২, মায়মন সিংহ, বঙ্গলাদেশ

মহৈ — এমঃ বিঃ বিঃ এসঃ মায়মন সিংহ মেডিকেল কলেজ

থবক মখম - ঢাকা মেডিকেল কলেজ, "লজ্জা" হৈবদগী য়াম্মদহুনা থবক তোকখি। মহৈবাক থাদোকখি।

কোকসবা লাইরিকশিং - নির্বাসিত বাহিরে অন্তরে, ১৯৮৯, আমার কিছু যায় আসেনা, ১৯৯০, অন্তরে অন্তরীন, ১৯৯১, বালিকার গোল্লাছুট, ১৯৯২, নির্বাসিত কবিতা, ১৯৯৩,

অপর পক্ষ, লজ্জা, ১৯৯৩, ফেরা (উপন্যাস)।

নির্বাসিত কলম, ১৯৯২ অমসুং নষ্ট মেয়ের নষ্ট গদ্য, ১৯৯৩, থনপুংলবা লাইরিক।

মনা — বঙ্গলা সাহিত্যগী মমিং চংলবা 'আনন্দ পুরস্কার' ১৯৯২।

অপাকপা — লায়েঙবা অমদি শৈরেং ইবা।

# নুপীগী মতিক ওইবদা

১

মতমদু ঐ ইশাগী চহী ১৮/১৯ লোম শুরম্লগনি। মায়মনসিংহ সহরগী সিনেমা হোল অমদা ফুমিং য়ুংবা মতুংগী 'শো' লোইরক্লমই। গাড়ি থাকমদা রিক্সো থামলমই। রিক্সো অমদা ঐহাক তোংখৎলমখি। মী চিনবনা রিক্সোদু মফম অমদা লেপ্লমখি, করিগুম্বদা খরামুক চৎলি, অদুগা অমুক লেপ্প। অস্তম তৌরিঙৈসিদা ঐগী য়েৎথংবা পাম্বোমদা খঙহৌদনা অনাবগী চৈনা অমা ফাওরকখি। ঐনা থেংনখি মহুদি চহী ১২/১৩ লোম শুরবা ফুপামচা অমনা ঐগী পাম্বোমদা অচাকপা চুরুপ্প। নমতনা লৈরম্বদু। মহাক ফুরিৎ খুদাং চোনবী অমা লিংলি অদুগা লুগী শেৎলমখি। ঐনা মাবু মশকনু খঙলমখিদে, অদুগা হায়া। অমুক্তদু উরমখিদ্রি। নামনগ্রদুনা ঐহাক্না অয়ো হাঁয়রমখি। অদুগা মহাক্না মথৱায় য়াম্না ফুংঙাইনা মওংদা নোক্কচরদুনা চংখি-রমখি। ঐনা খনখি, লাওশিরা হায়না, কনাদবু লাওরুনি, নত্রগনা তাম্নদুনা মাবু ফারুসিরা। মীয়াম খোমজিল্লগা তাকথোকলিরা। অদুবু ফুগী মচাশিংদা তোঙানবা কায়াৎ থাখলোন অমা লৈজৈ মদুনা ফুমিদুদা ফুপামচাদুবু অকনবা চৈরাক পীননবা ঐনা হোৎনখিদ্রিবনি। অদুগুম্বা চহী মতাংদুদা ঐনা খঙখি মদুদি ঐ ফুগা মচাদুবু ফাসিরা নত্রগা ফাননবা ময়ামগী মতেং লৌশিরা অদুবু পুন্নমক্না ঐবু ইকোয়-কোয়শিন্নকনি, ঐবুসু য়েংলকনি, ঐগী ইশাগী তাংবোম লায়রবা কয়াং-শিংদুদা য়াপেনবা ওইরকনি, হৃকতাংগী মরেক মহাও য়াওকমশিং য়েংলকনি, ঐগী অরাবা, ঐগী লাও—খোংবা, ঐনা থাউজবা অমদি ঐনা কপচবা য়েংলকনি। কনাগুম্বনা ফুংঙাইতবা ফোংদোকপিরমগনি,

কনানা নমত্তুনা মীয়ুংশি কোংদোকপা ওইনা হায়রকনি করি তৌরবগে হায়না? কনানা হায়রকনি, থুপাত্রু ফারগা থুপাক্রা, অদুক অনিরক থারম্লবদি কুপলবনি। কনাগুম্বা কুন্থ্রা পোক্পনো, কনায়দগীনো অসিনচিংবা হংলকনি। তশেংলবদা মীয়াম্মা পুম্না ঐবু লকখ্রকনি। ঐগী থুদোং চাদবদা থুংলোংচাবা তৌনরককনি। কনায়দনে চাক্লিববে — য়েংবা শাজিন্নরগা ঐগী থোংলবা পাম্বোম পায়ত্তুনা য়েংলককনি, ঐনা চংশ্রকা মতুংদা ঐবু থুংশিবীবশিংহুনা ঐত্তোম্দা হুই থোংজিল্লককনি। পুম্নমকসি থল্লুবদা ঐনা ইশাগী অনাবা চৈনাত্তু অত্তুম থাতহুনা লৈজহৌরে

ঐগী য়েংথংবা পাম্বোমদা ওসিন্থু মকম অত্তু অত্তুম যুহনা লৈরি। ঐনা অত্তুগুম্বা হৌন লমচং থওদবা, লৌশিং লৈতবা থুপাহৃবু ক'র মরাল পীরুনি, মহৈ হৈরবা য়াম্না চাওথংলবা মীদম্থু অসিগুম্বা মরাল লৈনদ্রবদা! ঐগী ইমাংমক্তদা নহা থুপা অমনা ঐগী ইমানবীগী মকৈদা থুংকাপী কাপ্লম্নগা চেনখিরমখি। মীরক্তা থবাক অমম্থুং নিং পায়নবগীদমক্তা মী কয়ানা অমম্বদা মাগী মাগী মথুংশিং থিন্দোক-নরকখি। ঐনা থওডি মহৃদি খুং পুম্নমকসি লোয়নমক লৌশিং লৈতবশিংগী নত্তে, ময়ামশিংসিগী মতুংদা মরৌশিং লৈরবা মহৈ হৈরবা কয়াগী মথুংশিংহু য়াওরি।

থোক্লিবা থৌদোকশিংসিগীদমক্তা ঐনা য়ানিংদবগী বাদি নত্তে। তশেংনমক ঐ ইশানা ইশাবু লাইবক ফবনি হায়না লৌজে মরমদি ওসি কাপ্নবদা কনাগুম্বা অমনা "এসিড বলব" ল.শিল্লহুনা ঐগী মাইথোং কাহলখিজি, ঐগী মিং থুগায়বিহুনা মিংতাংলবা হায়বহুংথু ওইহনখিজি। ঐগী ইরাইবক ফবা অমনা কনাগুম্বা হৌন লমচং থওদবা থুপাগী কন্নিগুম্বা মিহৌবা মিংয়েংদগী ঐবু শারমচংকী লমচংনা মাংওইনহনা নৈহৎখিজিবা অসিনি। সিদম্থু নত্তে, ঐ হৌজিক ফাওবা হি.জরি, মসিম্থু ঐগী ইরাইবক ফবনি। ঐনা ঐগী ইরাল অসিগীদমক্তা মীওং-মীচৈ মরাম অসিবু চিংনজরি, মসি ঐনা "থুপী" ওইরকবনি। ঐগী

ছুইহ, ঐগী প্রাক্রজবা, ঐগী বাখলনা 'নুপা' ওইহনবা ওন্নবে, অমসুং 'নুপী' ওইহনা অহুম লৈরমুই। লৈবাক অসিদা লৈরিবা 'নুপী কাংলুপ'না মশা মশাদা অনিংবা কয়া লৈজরবসু 'নুপা কাংলুপ'তা চনবা য়াদে। ঐনা খঙজে খুনায় অসিগী অহানবা কাংলুপকী শরুক্কাই-রবা মীওই কয়ানা সিনেমা হোলগী মনাক্তা চুক্পা চুরংগী থৌদোক্তু ঐ 'ইশাতগী থৌদোক' ওইনা লৌনরমগনি। তশেংনা হায়রবদা ইশাতগী ওইবা থৌদোক্তি হায়দুনা মখোয়না মশাগী মথৌদগী মমায় লৈথোকপা পামনরমথি। অদুবু য়ুমদগী মপান থোরক্লিবী নুপীমচা-শিংদুগী মরক্তা ঐ ইথরতা নাণ্ডে। তশেংনমক নুপী খুদিংমক্তা লম্বীদা থোক্লিবা হক্লোইনিংডাই ওইরবা থৌদোক পুম্নমক্পু তুমিন্না মন্না মহিল নায়দনা থাণ্ডুনা লৈনবা হোৎনজরমই। লম্বীদা হেক থোক্লকপদা মনমগনদা নুংহুমমচা অমা অনি হেক থারকপা হায়বসিদি করিগুম্বা লৈতবা বানি। লম্বীদা হন্দোক্লবা চুম্প মতেক অচাকপনা রিক্সা তোংদুনা চৎলিবী নুপীগী মকি মৈ চাকই অদুগা মখোয়না মশাদা কি ইথোং থোংদনা ময়ুমদা হনথি- মসি থা অনি রোমতগী মমাংগী বানি। থৌদোকসিদগী সহরসিদা মী কয়ানা হায়ফেৎ শাণ্ডনরবনি। মীওইবনা করিগুম্বদা শকংদা লৈরমই অদুগা নুপীবু হেক পোকপগা ছিংনা ছিংনা কুমথি। অদুদগীদি হায়ফেৎ জণ্ডনবা লাক্লে অদুবু মানা মীওইবগী বাখলদা করিগুম্বা তশেংনা অহোংবা লাবপদি তৌদ্রে।

মায়মনসিংহ সহরগী তোণ্ডান তোণ্ডানবা মফমশিংদা থোয়দোক হেন্দোক্না নুপীশিংগী স্কুল, কলেজ, সিনেমা হোলগী নাকলদা উগী য়ুম্বীশিংদা তোণ্ডানবা মওগী মীয়ামদা থগুহনবা চে ইহুনা থেংলি— "লমহেনবশিংগী ( গুন্দা ) শাক্তংকী মায়োক্তা থানাদগী মতেং লৌ" জুমিং কয়ানিমুক মসি থেংলমলুদ্রে। তশেংনা লমহেনবশিংদুনা য়ুম্বী-শিংদু কুক্লোকখিবনি। 'মীয়াম থগুনবা চে' থেংনিউ মতমদুদসু নুপী মচাশিংনা স্কুল কাবা কুম্বদা নহাশিংদুনা মহুদা ভারগা ছুই

থোংজিন্নকখি। য়াম্না নুংঙাইবা য়াদি সিনি মতুদি অমুকথক থানাগী লমহেনবা লমচত্তগী ঙাকথোক্নবগীদমক্তা লমহেনবা নহাশিংতুদগী মতেং লৌবা তাখিন্নমখি।

২

কলকত্তাগী "সাহিত্য সংসদ" না ফোঙবা "লোনগৈ লাইরিক" (Dictionary) অতুনা বাঙ্গলা লোন লোনবা ১দি নৈনরিবা মীওইশিংগা লোয়নননা হৌখিবা চহী কুন্থ্রামুকসি শংগোন্নহনা লাকলি। জানুবারী ১৯৮৭ তা "সাহিত্য সংসদ" না ফোঙবা শ্রীঅশোক মুখোপাধ্যায়না লেঙশিনবা অমদি খোমজিনবা "সমর্থ বাহন্দোক" (Dictionary) অতুদি তোঙানবা মওংগী বাহন্দোক্কী লনগৈ লাইরিক্নি। মসিগী মাপ্নবা বাঙ্গলা লোনদা হন্দোকপা বাঙ্গলা লোনগী লোনগৈগী থিগঁৎনরসনি। লোনগৈসিদা করিগুম্বা য়াহে অমগী মাপ্নবা য়াহৈ, মতুগী মশাগী ওইবা য়াহৈ, য়াহন্দোক মাপ্নবা য়াহৈ অমসুং কংলুপ তামত্তা ওইবা য়াহৈশিং পুল্লপ পুন্না য়াওই। "সমর্থ লোনগৈ" বাঙ্গলা লোল অমসুং সাহিত্যগী চংদম্নিঙাই নৈত্রবা অপুনবনি। অদুক মগুনলৈরবা লোনগৈসিদা 'পুরুষ' ( নুপা ) গী য়াহন্দোক মাপ্নবা য়াহৈদা— পুরুষ, মনুষ্য, বেতা ছেলে, ছেলে ( নুপামচা ), মরদ, মদ্দা, মদ্দ, মর্দ, পুমান, মিনসে, নর, মানব, মানুস, মনুষ, আদমী অতুগা 'নারী' ( নুপী ) গী য়াহন-দোক মাপ্নবা য়াহৈদনা— স্ত্রী, মেয়ে ( নুপীমচা ) স্ত্রীলোক, রমনী, মেয়েমানুষ, মেয়ে ছেলে, মহিলা, ললনা, অংগনা, বামা, রমা, মানবী, মানবিক, কামিনী অবলা, ঔরৎ, জনানা, য়োষিত, য়োষিতা, য়োষা, জনি, বালা, প্রমদাজন, বনিতা, ভামিনী, শর্বরী, অমসুং প্রতিপ্রদর্শীনী হায়না ইরি। মসিদা 'নুপী' গী মাপ্নবা য়াহন্দেক্পা

য়াম্না হেল্লি। অদুবু পুক্কিং চিংশিন্নিংঙাইদি অসিনি, মদুদি 'মীওইব'গী বাহৈগা। নুপা'গী বাহৈগা মান্নবা ইকায় খুম্নবা উংলি অদুগা 'নুপী'গী মান্নবা বাহন্দোক্কদি করিগুম্বদম্ব ইবা থেংনদে। য়াম্না বাথকলৈনা ইন্নবা, মীয়াম্না ইকায় খুম্নরবা লাইরিক্কসিদা 'নুপা' অমসুং 'নুপী'গী অসিগুম্নবা বাহন্দোকসিনা ঐবু অতোয়নবা মীপাইবা পোকহল্লি।

ঐনা অসুম্না য়াম্ন ওকপগা লোয়ননা য়েংলমখি মদুদি তাইবঙ মহৈকোলগী নুপা মহৈরোইশিংগী লৈফমগী থোঙ'দু নুমিদাংবাইরম হেক ওইরকপগা মতৌ অদুমনা লোনশিল্লি, মদুদি, য়েন, ভাম্ব অসিনচি ববু মু মদাংবাইরম হেক যৌবকপদ। মকোলদা হোয়জিনবগুম্না। ব ফমসিদা করিম্ব মীপাইনিংঙাই লৈতে মদুদি য়াম্নমক হেক থুনা অসিগুম্ব। কান্নরবা অয়োকপ শাশিংসিগী মথং 'নুপী' হায়বা বাহৈসিগী মান্নবা বাহন্দোক্কী কংলুপ্ত মশাগী ফিদা লৌজরক্লগনি। নুপা মহৈরোই অমনা নশাগী কান্নবগী মশিংগী মতুংইন্না তমদগী অমদা চংলগ অদুবু নুপী মহৈরোই অমগী দমক্তদি মশাগী মথৌ লৈরবা ফাওবদা অযাবা থম্বীদে। তাইবঙ মহৈকোলদা লৌশিং নত্রগা খুঁইদগী অহেনবা চাংদম্নরকপগী ব হেক লাকপদদি নুপামচা অমসুং নুপীমচা অনিমক বাফম অমত্তদা নৈনমিম্নব। অমসুং চাংয়েংদা শরুক য়ামিন্নে। নুপী মহৈরোইশিংবু করিগুম্বা অশোনবা, অরায়বা অমসুং হন্থবা থাক্কী মহৈ-মশিংগী লমদা শিনবিবা লৈতে। অকক্লবা মতম অমদা নুপী মহৈরোই অমনা হল্লক্ত্রবদি মরম খওনবা শাশিন্নদুনা অসিগুম্বা বাহৈ শিজিন্নে মদু হেক তাবদা কনাগুম্বা মশা শোনবা অমসুং কোক্কী অনাবা লৈবা মীওই অমা ফাওবনা খাওবা ওয়োই। অদুবু মশাগী ঋংকমথোকপা শরুক অতুগীদমক্তা বাথল লৈরবা নুপীমচাশিংন্থ অসিগুম্বা লোনচংকী ( আইন ) বাংমদা লৈবা অমসুং য়াম্না চোপনিংঙাই ওইবা লোনচংসিবু য়াজরদুনা মথোয় মশানা ময়েক শেংনা উচ্চরি মদুদি মথোয়নি পাম্বে কৈজত্রবী, পাঙ্গল শোহ্লবী,

অমদি নুপা কাংবুগী পুক্নিং পেন্নবী পোংশক অমমি হায়না মখোয়দি চেকপলন্নুং অমন্নুং ঙাকপি-শেনবীবা হংন্দনদি থুয়-ভুমিংনা হৈ না ঙমদে। (নুপী মহৈরোইশিংগী মরুওইবা থোঙ হুমিদাংবাইরদা হেক্তা লোনশিল্লি। অতু ওইরবদি তাইবঙ মহৈরোবাশিগী লমজিং লমতাকপশিংনা মখোয়বু করিগী মঃামদগী ইাস্থ'কলবী নত্রগা মরাল লৈরবীশিংনি হায়না হায়বিদ্রিবনো হায়নৈ। অদুগা হ'য়ন্নু হায়নংনি।)

তশেংনা হুমিদাংদদি অয়াবা বনাদন্থ থদ্বিদে, মমন্থ মমদে, খুদোংথীবন্থ লৈতে, পুন্নমকী থাখলদা পান্দন অমখক্তং লৈ মতুদি-নুপীবু নমথবা। অন্নুক য়ামলবা লাইবক থীরবী, তয়ে-অপন পীরবী, খুদোংথীরবী, মতম ফত্রবা, লৈবাক থ য়েল ফত্রবা, লোন-চংকী থাংমদা অরাবা চৈথেং পীরবা ফাওবদন্থ করিগুম্বদা মশংনা মশাগী পান্থে ওইজবা ঙমজদে, মনিংথম্বা ঙমজদে, থোনা ফজবা অমন্নুং য়াম্না থানা লাম্থোকপা ঙমজদে।

অন্নম্না অন্নুম লিশাং শিংলবদি য়াম্না খুদোং চাদবা ওইরকপগী মথৌ তারক্কনি। মরমদি মহৈ মশিংগী মঙাল নিংথিনা ফংলবীশিংনা "মতমগী মীনাইন্নবী" ওইবগী মওং অপুন্নদা চুনরে। মপুরোইববু শুমহৎপা অমদি পেলহন্নবগীদমক্তা মশাগী লৈমল চন্নবা শক্তমবু নৌহৌনহন্নবা, মখোয়গীদমক্তা শেমলিবা মীফম-লুপশিং, নাং-লোনচং, নুপীগী পেন্দবা ফোংদোকপা (অন্দোলন), পুন্নমকসি লাইনীং লোনচং তন্নগা ইরোইননা বঙ্গালী নুপীশিংবু মৈথক্তা ভোরগা থমলিবী "সতীগী মবুংঙো মপুরোইবা" তগী অনৌবা মওংগী থাখল্লোম্নি।

জর্মন গীয়রগী "ফিমেল য়ুনাক" কৌবা লাইরিক্তা নুপাশিংনা খোঙউপ খুনিং থাংবী তোংবগী কান্দবগী য়ম্না যিদমনিঙাই ওইরবা থাকম অমা ইরি। নুপানা কনাগুম্বী নুপী অমবু খুহুমচন্নবা লাক-হল্লবদা মখোয়না মশা কনজনবগীদমক্তা চেনজে। খোইনা হেন্না

মথোয় চেনবা ঙমদে মরমদি মথোয়গী মপাওদা 'হায়ঈল' হায়বদি খে ঙউপ থুনিংবাংবী লোংবনা।

৩

ঐহ কভাংদ হোয়না চৎলমখি। বম্বই, দিল্লি, আগ্রা, জয়পুর সিমলা, কাশ্মীর হোংকরগা ঐনা হুনকলমখি—মতু উবদা ময়ামনা ঐহাক্তা অহানবদ খরা হংখিবা বাহংদি—"কনাগা লোয়নরকপগে?" কাশ্মীরগী উল্লা কুপশিল্লবা গুলমার্গ, বনিহাল টনেল, হিমালয়গী চীংদা লৈবা রোপ বে চিয়ার কার তোংলুবা অমদি হিগী য়ুমগী মরমদা ঐনা য়াম্না ফোংদোকচনিংলমখি। অদুবু মথোয়গী অমত্তা হায়বা বাহংদি—"কনাগা লোয়নরকপগে?"

ঐনা খুমলমখি—"হায়তোমতনি" হায়তোমতা? তুপীনবু মতোমতা মপান্দা চৎথোকপা ঙমত্রা? কনানসু থাজখিরমদে। সিগী তুংদগী ঐনা শান্তিনিকেতন, দীঘাগী সমুদ্র, কন্যা কুমারীগী অংকপা বাখল-শিংজু কনানসু তানিংবগী মতাঙ পোক্রমখিদে। মথোয়গী থোগতা চণ্ডহনা লৈরবা বাকমদি—"কনাগা লোয়নরকপগে?" ঐনা অমুক হন্না হায়রমখি—হোয়নবগা হায়রবু ঙঙসী, বখদলী অমসুং

মালিকানি। অইতেদি?

অইত কনাসু য়াওদে।

তুপা অমত্তা য়াওদ্রা?

য়াওদে।

মীয়াম্না মীপাইনা ঐবু য়েংলমখি। তুপা য়াওদনা তুপী মথক্তনা চৎপা হায়বসিদি হেক্লোই তরেং কুম্বনি।

সিগুম্বা তাঙ্কসিগী ঐগী কেংগোগী মুপা অমা দার্জিলিং, সিমলা, কাশ্মীর কোয়কুরগা লাকপা ওইরম্লবদি মাবু মবুক্তিং থৌগৎপা ওইনা হায়নরমগনি, ইস, কয়াদা চমথ্রবা পুকচেলনো ! কয়াদা কণ্ণবা বাখলনো ! কয়াদা নৈশি-নৈথোম্না হায়নগদবনো ! কয়াদা ফপ্পবনো হায়না !

মীয়ামগী পূক্তিং চিংশিনজরি, করিগুম্বা ঐনা প'মজহুনা সমুদ্রদা ইরোইহুনা মুংঙাইনিংলম্লবা, সীতাকুন্দগী চীং কারম্লবা, বিহারগী সালর'নদা চংলম্লবা, কাপ্তুই পাত্তা অযাংবা হি তোংহুনা মুমিৎ চুপা কোয়থোক্রম্লবা, পদ্মা ঈরোলমুংদা ইরোইরম্লবা, অদুম তৌরম্লবদি কমদৌবা তাবা ? মুপা অমা লোয়নননবা থৌরাঙগী মথৌ নৈথিগদ্রে :

মুপা য়াওদনা মুপীনা লাপ্পা চংপা ঙমদবা জাংলা, মশাগী চহী ওইনিংবা ওইরবসু ? হবা তোংখংপদসু কন্দক্করনা হংলকখি, "অদোম মুপা অমত্তা লোয়নবিরক্রা ?" মথোয়না তশেংনা খল্লি, মুপা অমা শোয়দনা লোয়নরক্রমগনি হায়না।

মফম মফম খুদিংদা মুপাগা লোয়নরবসু-লোয়নদ্রবসু মুপীদি মীপাইবদি অদুম মথোকই। মুপাগা লোয়নরবসু, মহাক্কুনা মপুরোইবা নত্রগা নকুবা মরি মত্তা নত্রবদি অদুম মীপাইনিংঙাই ওই—মুপাহুবু কনানো ? করি মরি থোক্কবগে ? অদুগা মুপাগা লোয়নদ্রনে, করিগী লোয়নদ্রিবা ? মসি য়াম্না শিংনা খল্লবা নমথাক্তি মরমদি মুপীশিংনা মুপাশিংদগী মতেং লৌই। ময়ায় ওইবা থাক্তি অমদি -অরাংবা থাক্তি নিঙোলশিংনা নত্রগা মপুরোইবা নৈরবীশিংনা মরি-মত্তা অমা-অনিগী য়ুমদা অমসুং কৈথেলদা মদোম চংপা ফজবদা মথোয়না খঙ্গে "মুপীগী নীংতম্বা" ফংজরে হায়না।

অদুবু মসিনদি ওইদ্রি। মুপীশিংগী মথোঙদা থাংলিবা য়োৎহিল্লিঙসি অকনবনি য়াম্না। খুকউদা খুৎ পুন্দুনা নৈথোক্রগা য়োৎহিল্লিংশীংদু কনানসু লৌখোক্লপিরগা হায়রক্লোই, "লাক্লো অশোমদা থোরকউ

হায়না।" শুমহৎয়াইগী ( জাতু ) রারীশিংদা অসিগুম্বা অরাংবা রাখল চেনবা মীসি ময়াওই, নত্তে অদুবু তশেংবমক্তি।

নুপীমচাশিংনা পামজনা শিনরি খোংদা খোংজি। অদুবু খোঙজিসি শিজিন্নবগী অমদি নুপীশিংনা শিবগী পান্দম অমথক নুংগী ওইবদা লৈ। নুপীমচাশিংনা খে ঙ'জ শিরবদি মখোয়গী চৎথোক-চৎশিন হায়বদি কৈদা চৎলি, করি তৌরি সিগী মখোলনা তাক্লি অদুগা অপঙবী নুপীশিংনা অদুগুম্বা খোঙজ, মখোয়বু অকক্নবা মফম অমদা পুন্দুনা থম্মবদুবু শিজনগা হরাওজবগী ঊমথৈ লৈজদে, মাগী মখো ঙদ যজবগী লৈখেৎ হাপলে হায়দুনা।

8

ঐগী লমদা মমিং য়াম্না চৎলবা ইপাগী লেংগা ওইবা শৈরাংবা অমনা য়াম্না থাগৎপীরম্মি ঐগী শৈরে শিংবু। অদুবু পুম্নমক ঐগী ইমাংদম্মক থাগৎপিরম্মি। মীয়াম মমাংদা পনবিখিদে, পাউজেল চেদা ফোঙদোকপিদে। মরমদি ঐংবু কয়া ফজনা শৈরাংবা ঊমজগনি অহোয়নন' নুপীনিনা। কনাগুম্বী নুপীমচা'মবু মীমাংদা থাগৎপিবা য়াগদ্রা? মসিনা মাগী মমলদি থক মাংখিরোইদনা!

লৈবাকসিদা লৈরিবা "য়ায়' চেকশিনবা লমচৎ ফজবা" লৌশিংশিংবা মীওইশিংনা অরোনবা মওদা নুপীশিংগা লোয়ননা কোয়মিন চৎমিন্নবদা পুক্লিং তাজে। সহরগী চউরা-চাউরবা রেষ্টোরেন্টশিংদা খ্বায়গী নাকন্দা থাবা টেবলদা লৈতেংলগা "চাইনীজ" চাহনা নাপল ফুদোকচবা পামজে। মরমদি মখোয়গী রাখল্লোন্দা হংগোয়বা-তুক্কচবা কোক্লবগী থবক লৈতে, মখোয়গী পুন্সিদি ঈথক লৈতবা ঈপোম নত্তে, অকিবগী মশক ওইরবা ঈপাকনি। মখোয়না পুন্সিগী অঙকপা নুংঙাইববু

মশাদগী ওইনা লৌশিন্নবা হোৎনবদা লাংংক্লজরবনি। চুংই, মখোয়না নুপীশিংগী নাপদা মতম পুন্দা চিরোল তৌদুনা মরৈ, "নঙবু খোয়দাজক্লরে"। অদুগা মীয়ামগী মমাংদনা হায়রকখি, "তুমিন লৈয়ু"। মরমদি "কাংলুপ"তা চল্লবা হায়বদি য়ানন্নবগী তুংদদি নুপীশিংগা লোয়ননা লোন্দিন্নবা ফজবা ওইরক্তে।

ঐগী মরুপ অইবা অমনা নেংমা হায়খি—"নঙগী থুংই য়াম্না ফজরি"। ঐগী থাগৎ বাহৈগী মতুংদা মাগী চীং লেমলবা বাহৈত্থাদ ঐনা থওইরুদ্রে। মানা হায়রকখি,—"সেলিনা হুসেনগা চাংদমুক্লরংদি নহাক্কী বাহৈ-বাতাশিংনা য়াম্না হেন্না ফজে।

ঐনা হংলমখি, "অদুক থুনা সেলিনা হুসেনগী রাকম বরংনা লাক্লমলিবনো?"

মহাক্না হায়রকখি, "নুপীশিংগী মনুংদা সেলিনা হুসেননা হেন্না হেল্লি, অসিনি।" "নুপীশিংদা" ফজবা মিংথোল্ল পীরম্নগা ঐগী মরুপতু চৎখিরমখি অদুগা ঐঙোন্দা তাক্লমখি মহুদি ইনিংহুনা অফবা কয়া ইজরবসু মহুগী চংয়েংদি "নুপীশিংতনা" তৌগদবনি। মরমদি নুপীদি তোঙানবনি। লৈবাক্কী পাউজেলচেদা "অঙাংশিংগী মতাং"গী মতৌগুম্না "নুপীশিংগী মতাং" হায়বা তোঙানবা তাক্কক অমা লৈ। "ফজবা শরুক্তা" শৈরেং নৈনবা কাংবুনা, ঐনা অফবা শৈরেং ইরমখি, নত্রগা নাসিমা নত্রগা সুহিতা নত্রগা বিরেলানা নিংথিনা ই, মসিদা য়াম্না মুন্না থম্ন—নৈনৈ। অদুবু করিগুম্বদা ফরীদমা য়াম ফজনা ই নত্রগা ঐনা— মসিদা নীংথিনা থম্ন—নৈনদে। মরমদি ঐদি নুপীনি। ঐগীদি নুপীশিংতগা চাংদম্নগদবনি।

লৈবাকসিগী শক্লাইরবা উপন্যাস অমম্তুং ফম্বাক—কুম্মে ইবা মীওই অমথক্কনা য়াম্না তোয়না হায় মহুদি নুপীশিংনা চিঠী ফজনা ই মরমদি মখোয়দি মুংশি ইচেসদা লুপলিবীনী অদুবু ঐদি মসিদা থোইনা খোয়দাক্লরমদে। অমুথক মহাক্না য়ুমথোঙ ময়েনা হায়রমখি—

মতুদি মুপীমচা অমনা মশাগী ঈনা চৈ ই হাযনা। তুংদদি খংনরক্কে মতুদি ঈছু করিস্ত নংলমঙ্গে, অঙাংবা মচু তৈবা অনৌবা চহীগী কার্দ পায়রগা মহাক্কা মপুক্কিংগী অপাম্বা বারী অমা শাগংলম্বা ওইরম্মে, মুপীমচাশিংবু অম্তন্ন হায়নবিহুনা মশক থিহল্লগা মীওইশিংসিনা মশাদা মুংঙাইবা পোবচৈ।

ঐগী মরুপ অমা চয়োলগী চেফোঙ অমগী খোর্জৈ লাংবনি! নোংমা য়াম্না মপুক্কিং হরাং লাংনা অমদি খন্না পেন্দরপ তৌনা হায়রমখি, শাহবাগকী চুথেক্কুদা নহাম্বুবা অনীখক্কা নংগী মরমদা য়াম্না হায়নি—হ'য়রোই খঙদবা বাঙাং ঙাক্কা ঙাংনহৌই। হেক ত'বদা ঐ কন্না নোকথে'ক্লকখি। নোক্লা নোক্লা হায়রমখি ঐনা— "অতুদবু করিগী মীপাইনিংঙাই লৈবগে? মখোয়নবু অবুল বলামগী মরমদা বারীনরমগদ্রনে?"

"অবুল কলাম'গী মিং হেক পনবদা ঐখোয়গী খোর্জৈ লাংবহু করি খল্লমগদবনো ঐ খঙদে। অদুবু ঐনা হায়'নংলিবদি, "হায়নি-হায়রোই" খঙদবা বাঙাং ঙা'হৌই হ'য়বগী মুংগী বাদা, মচু অবুল কলাম নত্রগা অবদুর রহমান নত্রগা শমস্তুল ইসলামনদি ওইবা য়াদত্রা সি'নি। সিগী বাকমসিদ'দ মুপী ওইরুবনা হেন্না শাফরে।

অইবী ওইরিবী মুপীশিংনা ইরিবশিংহু, মীয়ামগী বাখলদা খঙ্গ-বিরদি মখোয় মশাগী পুম্সিদা থোকখিবা অচৌবা থৌদোক অমা শোয়দনা ওইরমগনি সনি। মপুম্সিদা করিগুম্বা অচৌবা বাথোক অমা হেক থোকপদগী মুপীশিংনা করিগুম্বদা মথরাই ক্তেমশিংনৈ। কনাগুম্বনা ওক্কবী মকোলদা লৈখি অসুম্না কনানা লাইরিক ইবদা মতেং লৌখিবস্থ ময়াওই। কনাগুম্বী মুপী অমনা ইবা হেক হৌরক-পদা মাগী অইবহুবুদি মাগী মাওং মতৌহুনা হেন্না মীয়াম্না পাম্নরকই। মুংশিবা কংত্রবা নত্তগা মুংশিবদা নীংহম্নরবা, ইমুং—মমুংগী মৈশা নত্রগা ইমুং-মমুংগা মুংঙাইনদবা অসিনচিংবদি নঙনা কনাগুম্বী মুপী

অমম্তনা মরম লৈতনা করিগী খোৎৈ পায়গদৌরিবা, রাকমসিদমক অয়াম্বা মীগী রাখল্লোন্দা ফিজংনা মুপ্পুনা মরৈ। ইবা হায়বসিদি য়াম্না থাপথ্রবা অমনি মুপীশিংবুদি নীংথিনা মহৈ-মশিংদি তমহল্লবা শিন্দি শিনবীদনা। মুপীশিংদা কুরান তম্বী মপুরোইবগী য়ায়যনবাগীদমক হায়বদি হিদাক-লাংথক্কী মমিং পবা থকনবা। সিগী তুংদা ময়েক খজিক্কুং চৎহল্লি মরমদি মোনথুমদা 'ঐবু কাউথোকপীগনু' হায়না তোয়না হায়জনবা অমদি লংফৈদা লৈখিবা মপুরোইবদা খরপুন (বনান,) ইরাল লাম্না চিঠি ইব ভমজনবা। হৌজিক মওমগী মুপীশিংগী মহৈ খুত্তমদি অয়াম্বনা মচ-মশুবু তাকপি-তম্বিনবা অমদি য়োক-থাকপা ভমনবগীদমক্তনি। সিদা নত্তনা হৌজিক্কি মতমগী হৈশিংলবা মপুরোইবশিংনা মযুংদ মহৈ হৈবী লোয়নবী পুরবলগা তোঙানবা মওংগী চাওথোকচবা অমা লৈজে। মখোয়গী থমোয়দু মখোয়না ফংজনবা। অসি নত্তনা মহৈ হৈবী মুপীশিংবু লোয়নবগী শুংঙাইবা অতৈ অমা লৈরে। অদু ওইরবদি মুপালবীশিংনা ইবগী মথৌ করি তাবিবগে? য়াম্না হেন্দোক থোইদোক্না লুহোং-খোংদোংবা অমসুং অউনপোংকী নীংঙাই-শংদানরকপদা তোঙান তোঙানবা চেক্কোওশিংদা মুপীগী কলমদা ইতুনা লমায় খাকহনবা ভমবতনি। করিগুম্বদা সিদগী অহেনবা পামজরবস্ত হায়বদি মুপাগা লোয়ননা রারেং—শৈরেং, লোল-সাহিত্য, খড-হৈবদা করিগুম্বা মুপীগা চাংদম্নরক্রবদি মুপীশিংদা ইকাইবা পোক্রদ্রা? হন্নোইনিংঙাইনি!

৫

অঙাং ওইরিঙৈদা ঐনা করিগুম্বা উজাও অমগী মথাদা হেক হেক চৎপদ', উদা ভুট লৈ হায়দুনা কিবনা হকচাংসি থক থক নিক্রমখি। হৌজিক্কামুক তাবনা উদা তোংবী হেলোইগুম্বী ভুট মুপীশিংতু

কিবদগী নুপীশিংগী মশাহৌ থক থক নিকই হায়না। নুপীগী রা ওইরবদি উথক্লা কাখৎলবস্থ অকায়বা করিসু লৈতে, অদুবু কনাগুম্বী নুপীনা থোৌদৌ অসি ওইবা তারবদি য়াম্না চয়েৎনবা লাকই। মহৌশা লাইরেম্বীনদি নুপা-নুপী অনিবু তোঙানবা মিংয়েং থম্মদে, থমলিবদি খুনায়সিননি। করিগুম্বা পুংতোল পাম্বীদা অমুনবা মহৈ অমা পাল্লবদি মহুগী অপাম্বহু নুপামচা অমস্তুং নুপীমচাশিংদা থোইনা হুম্বনদে। অদুবু নুপী মচাশিংনা মশাগী অপাম্বহু ফুমজিন্দুনা থমই মরমদি মখোয়বু "নুপী উকবী "নুপী হেন্নোই" হায়না মিংথোল-বিদনবা। করিগুম্বা থম্বালগী লৈনাবু ইকায় খুম্নরবদি, নুপী মচাশিংনা মহুদা পকপা ঈরিক অমগুম্বনি। ইকায় খুম্নবদি লেঙ-ওৎপা ঙমদে অদুগা নুপী মচাশিংনা ফিক্কং মরুমদা।

ঐনা ইনখৎলক্লিবৈদা উহৈ পাম্বী অমা কারুবদা ইমানা ঐবু থাম্নগা হায়ৎকখি, "নুপী মচাশিংনা উ কারবদি উহু শিগল্লি।" চাওয়ক্রে অদুগা মনা-মশিং উপাল রাপালগী মরমদা ইবা লাইরিক পারুবদনি অসিগুম্বা করিমতা থেংনদ্রে মহুদি নুপীগী ময়াইদগী উপালশিং শিবা-হিংবগীগা লৈনবা মরিশিং।

উকাবী/উকা-উতোল্লোম্বী কৌনবগী মরম অমদি চহী রামশিল-লক্লুনা য়ুম পানবা ফংদবগী রাবিবা ওইনা তৌই মহু নুপী মচাশিংদা চান্নবা রাৎলি। নুপী মচাশিংদি ইকাইথিগনবী, মীখাপোনবী, কিগনবী, চিনবগী রাথলদা রারবী, রা থক্লিক্লা ঙাংবী, অমেংবা রাঙাং ঙাংবী ওইদ্রবদি খুনায়সিনা মখোয়বু অফবা মিংয়েং থম্বিদে। কনাগুমবা নুপামগী লমচত্তা হায়রিবা ১রাকশিংসি য়াওরবদি মহাকপু "নুপী-মানবা" হায়বা মিংথোলসি পীনৈ। অমরোমদনা কনাগুম্বী নুপী মচাদনা মপাক্লল মথৌনাগী য়াম্না চাওথোকচরবা, শাওগল্লবা, থৎ-খৎ লাওরবা, মখরায় পামুদ্রকা, রাঙাং-শঙাংদা অথিংবা লৈতবা অসিগুম্বা ময়াইসি লৈরবদি 'নুপা মানবী' হায়না মিংথোল পীনৈ। তৌইগুম্বহুং

নুপীওইবী অমদি নুপাওইবগী মরাক্তা হকচাং শরুকপগী ২৫ং নত্রগা লমচৎকী মরমদা অনিসি লোন্দিন্নবা য়াদে। অদুগা কনানা মশাগী অপান্থ নমশিন্দুনা থমবা, মিৎয়েং লুকৎহুনা ইরাই হেক লায়না লৈথোকপা, অদুক হাক্কা মীগী মতেং লৌদবা অমম্লং বাঙাং কয়া মকা লামদবা তম্নবদি শোয়দনমক মশাগী কিভমশিংগা লোয়ননা ওং-নৈহনা থম্বী মরমদি হকচাংগীদমক্তা নত্তে, খুনাইসিনা য় হেনা থম্নবা "নুপীগী বাথল"বু মশানা মশাদা মরাল শিজহনা লৈজবা তায়। নত্রবদি মশাগী ইকায় খুম্নববু শোকহল্লি।

হিন্দু নুপীশিংগীদমক্তদি "সতীগী মরাক ভাকপা" হায়বসি য়াম্না হেন্দোক থোইদোক্লা শিংথানিংঙাই ওইবা থৌরমনি। মরমদি কনাগুম্বা অমগীদমক্তা পুক্নিং অনি লোংদনা লৈবা হায়বসি নুপীগীদমক্তাদ উকম য়েরবনি, নুপাগীদি নত্তে। অতোপ্পা নুপাগা শম্নরুরবদি মপুরোইবা নীংবগী লাইনীং মাংবগা লোয়ননা নুপী ওইবীগী অশেংবহুম্ন মাঙলে। খুনাইগী ওইবা অথিংবশিংগী পনহেক লাক্লবদা নুপীদু "লৈথা তারবী" ওইরে, অদুগা করিগুম্বা নুপানা তৌনিংবত্তা তৌরুরবদু "লৈথা তাবা" ওইদে। নুপা অমনা নুপী কয়া লৌরুরবসু ওইসনু, লুহোংবা মতমদা লৈশাবী নুপীবু হন্দোকপা লৈত্তে। এনা মতৈ মশিং হৈরবা নুপা কয়ান্থ থঙডি মহুদি মাগী মাগী লোয়নবীগা কমজিন্নবা মতমদা য়াম্না পাবা অত্তোবা ফি তম্না হকচাংগী থোঙচাং য়েংনবা থায়। অপাবা ফিজুদা ঈগী মরিক তাপ্রবদি মাথোয়না নুপীফুগী লমচত্তা থিগৎলকই। নুপী ওইবীগী মদুংগী হকচাংগী থোংদা য়াম্না পারম্বা কুক্লাংপানগ্না মপ্রাম অমা লৈ। গ্রীস লৈবাকী লুহোংবগী লাই "হাইমেন"গী মমিং লৌনগা মথুম নত্রগা মপ্রামশিগী মমিং হাইমেন (নুপীগী অশেংবা থঙকম) হায়না মিংথোনে। মমিংচৎনবা নুপীগী অনাবত্তা য়েংবা সার নরমেন জেফকটনা হায় "——না কক্তিন্নবদা "হাইমেন" সি তৎলি। মতুনা মরমওইদুনা

ঈ থরা থোকপস্তু য়াওই অদুগা থোক্তবস্তুময়াওই। হাইমেনফি অহৌরবদুদি হকতিম্নবদি ওইথোবপা লৈতে। মরম অসিনা হকচাংগী থোংদা মীওুং চংদবগী চাংয়েং তৌনবগী মসিনা চপচাবা খুদমনি, মসিদা থাজবসি ওইথোবপা নত্তে।"

'অচুম্বা' অমসুং "অওইব"গা লোয়নননা "পুকচেল অচুম্বা চৎপী" হায়বা রাইসিগা মরি থজিক্তদা লৈনরবস্তু ঐনা হঙ্গবদি কনাগুম্বী নুপী অমনা মীওই ১০ মুক্তা শন্নকুরবগী মইনা "সতী" ওইনা লৈবা য়াওই অদুগা নুপীমচা অমনা শুপ্নগী নুপা অমত্তগা মরি লৈনরম্লবস্তু 'সতী ওইদবী' শোংদবী ওইহনবা য়াওই।

'মাওহনবা' (মও তাক্রবা নত্তগা যদবা) হায়বা রাইসি নুপাগী নাত্তে, নুপীশিংগীদমক্তা শীজিন্নবনি। য়েকুম মাবা নত্তগা পুম্বা য়াই, শঙ্গোম বিক্কা ওনবা য়াই, য়ুবী পুম্বা য়াই অদুগা নুপীস্তু মাওবা ওইবা য়াই। করিগুম্বা পোৎ অমগী মতৌগুম্বা ঐথোয়গী খুম্নায়সিদা কনাগুম্বী নুপী অমবু "মাওজবনি" হায়না খুদবা য়াই। লৈবাকসিগী মইহৈ হৈরবী, অথোইবা পাম্বী, নুংঙাই য়াইফরবী ইবেম্মাশিংনা অসিগুম্বা "মাওজবী নুপীশিং"দগী থাপ্পা থৈদোকনবা মশাবু মশানা কম্না হোৎনৈজে। অশেংনা তোঙাম্না লৈবগী রাথকসি পুংলাল লান্নবনি' রাথল থেনবগী মওংনি। মফম মতমগী মতুংইন্না করিগুম্বা মওং অমদগী নুপী খুদিংমকপু খুদোংথিনিংঙাই ওইনবা লৌনম্বীবা য়াই মতুদা কাংলুপ নাইনা খায়দোকপগী মথৌ তাদে। অসুম মাওথরকপবু খুম্নাইসিনা অদুগা নুপীদু "মাওজবা" হায়বা মিংথোল পীগনি। খুনাইসিগী লৈথা তাবগী রাদি মফম শিন থুংব্রে মতুদি নুপীশিংনা পামজরবস্তু মথোয়গী খুবাংদগী নাম্থোকপা ওমজদ্রে।

হৌথিবা অক্তোবর ২০, ১৯৮৯ দা "লৈবাকী লাইরিক মকোল (National Book Centre) দা "লাইরিকী মথুম অমসুং শেমশাব"গী মরমদা খন্ন-নৈনবা (সেমিনার) অমা তৌখি মতুদা

প্রোঃ মুস্তাফা লুকুন ইসলামনা নিংথিন' ফোংদাকপিথি মতুংদি ফোঙ-দোক্লগা লাইরিকপু (মাল) পোং কৌই। অশেংনা মসি হায়হৈদবা খোঙ্খোক্নি। মসিগীদমক্তা খল্লুবদা মিপাইবা পোকই ঐহাক্না মতুংদি মীনা মীবু মাপনি (অযোনপোংনি) হায়রক্লবা মতমমতুংদদি করি ওইগদবা? 'মাল' (পোং) হায়বসি আরবী লোলনি মসিগী বাহন-দোক্তি স্ত্রেঙ্গনা পোং হায়বনি। পাওলগী হদীস শরীফতা ইংরি—মালেমসিদা লৈরিবশিংসি চাগদবা নত্রগা শীজন্নগদবা পোং ডাক্তনি অদুগা খুাইদগী অখোইবা পোক্তি 'লুপী'। ওয়াহোক-ওনশিন কৌবা য়াবা পোংকুম, মমল লৈরবা নাইন্নুবীগুম, মমল তাকবা পোংসুম খুনাইসিদা লুপীবু ফিদা পীবিরি। মসিনা লুপীবু "লৈব-য়াংনবগী পোং" হায়না মিঙ্গোনবদা চিংননিংঙাই থোইনা লৈতে। মীয়াম্না অসুম হায়নৈ, অসিনা মরম ওইদুনা লাইনীংনা মখোযবু থাংপৈংশিরি, খুনায় অমসুং লৈবাক্তা মখোয়বু চংজফম পীবিরি।

৬

ঐখোয়গী খুনাইসিদা "য়ুম পানবা মতম য়ারে" হায়বা চংনবী রাডাং অমা লৈনৈ মতুনা খুন্নাইসিগী তোঙান তোঙানবা মওগী মতৌগুম্না মথোং কারকপগী মতম হেন্দোকলবী লৈশ বীশিংগী মশাদা তিংথঙগুম য়ুশিনবা। তশেংনমক লৈশাবীশিংগী মপুংন্নংদা অকনবা চৈফু অমা পীশিনবিরনি মসি, মসি হেক লাম্লোকখিবদা লৈশাং তমলিবীশিংগী মশাদগী সুংশিন-সুংওনগী রাথল লৈরক্তবা, য়ুম থাদোক-তুনা চেনখিবা, মথক্তা মথরাই থাজবগী মথৌ নমতুনা ভাহনকথি। মতুম তৌবদগী ময়াই ওইবা অমসুং খরা হুম্ববা থাক্কী কাংবুশিংগী অহল লমন্না মওং অমদা মশাগী তৌফত্রবা থৌদগী লাম্লোকহৌবগীদমক হেন্না শাফবা ওইনা লৌনৈ। থোইনা হন্না ইনাক-কৈন্নাক খুনবশিংনা





"মচানুপীশিংগী লুহোংবদা" ললোনপোৎকুম লৈবাক [illegible] ওইংদা হায়ফেং থাক রাংনা চঙশিন্নরকলে। লুহোংলিবী নুপীবুদি মাগী অউনপোং অহু দহুম হেন্না পুক্লিং চিংশিন্নক্লে। মরল (অউমপোং) অহুক্কী মস্তক চাউরিবমখে মহাক্কী ফিভম লুম্না হেল্লে।

অহানবদা চহী ৫ হেক শুববী নুপীমচাশিংবু মায়থুম খুমলগা মকু মখুমদা লাফ্রমই। মসিদা লাইর ইনাকখুনবা চপ মান্নরমখি। হৌজিকফু খুলগী নুপীশিংনা মশাগী চহী হংলুবদা তাক্লদে। মথোয়দা মশাগী লুহোং-লকপা মতমদা "থাগী লৈ" লাক্লব্রা নত্রগা লাত্রিব্রা, করিগুম্বা লাক্লগনা লাকপা মতুং কয়া কুইরগা লুহোংলকপগে হায়না হংবা তায়। (অহুগা করিগুম্বা নুপীশিংনা 'থাগী লৈ' লাকপগী ফিভম পীরক্লবদি মাগী লুহোং-বীমতম পুথোকপা য়াবে। মরমদি "থাগী লৈ" হায়বসি অকক্পা চহিদা লাকনৈ। অমুক্তং লুহোংলকপগী মতম লেপথ্রবদি মীনাই ওইনা লৈরক-পগী কুমশিং পারিগা নুপীহুগী মশাগী চহী পুথোকপদা ময়েক শেংলে।)

হৌজিক ফাওবদা খুঙংশিংদা অহুগা খুঙংশিংদদা মতুনা, লৈবাক্কী ময়োলগী অকোয়বা অমসুং লৈবাক্কী ময়োলশিংগীসু মইশঙ, লাইয়েং-শঙ, নাওয়োকপা অমসুং হর্কচাং ফনা লৈবগী লৈরিব কঞ্জশিংগী নুপীশিংনা য়াম্না থরায় য়াওনা শান্নবগুম্নবা লুহোংবা হায়বসি তৌনরি।

বঙ্গলাদেশতা চহী ১৫ দগী ২১ কাওবগী মতুংদা লৈবা নুপীশিংনা চাদা ৭৫ গী চাংদা মুমশানবগী লমদা থোংদাই অহুগা লোমচুপ ইউরোপ্তুনা চহী লেঙাসিগী নুপীশিংনা চাদা অমা কাওবা মুশানলদে। মেডিকেল জুরিসপ্রুডেন্সনা হায়রি—নুপীগী চহীনা করিগুম্বা ১৬ তগী তারবা অহুগা নুপাগী হর্কচাংগী ময়োলহুনা নুপীগী ময়োলদা হেক শেকপগী থৌদোক থোক্লবদি মহবু "নমজা নমথেক্লবীবা" হায়না কৌই। অহুগা তৌরিবা থৌওংহু অহিন (লৌনচৎ) [illegible] [illegible] ইম্না চৈরাক ফংফম থোকই।

মতম অমদদি নুপীশিংসি মশাগী থাগী লৈ লাক্লিংলেবা মমাংদা লুপ্পা ওইনা ওইবা কাওবা য়াওনরমখি। লাইকাদবী শান্নহুনা

ইঙাও ঙাওনা লেমগনবা মতমতুদা ফাওবা অচম্বা চিঙ্গাক চাদুনা অমসুং একাদশী ব্রত তৌনহুনা নুপী ওইনা পোক্লকপা মওংগী মরাগী কোকথোক চামথোকলমই। হৌজিকসু চংনবীগী মওংদা অঙাং উনবা অমসুং য়োক থাকপদা অঙাং ওইবগী মতমদু হেন্দোকখিদুনা ইনথং-লকপা নহা ওইবগী ফজবা লৈ'না শাংকাইরকপা মতমদু ফাওবদা খুন্নাইগী অয়েং-অথিং ময়ামদু খাঙহুনা লৈবা তাখি।

মহৈ মশিং তমহনা লৈরবী নুপীহুদি, লুখ্রা শোয়দনা ওইর-গদবনি। অসুম্না লান্না লৌনবা রাখলসি বঙ্গালী নুপীশিংদা মতম কুইনদগী চংনহনা লাক্লি। মীয়ামনা হায়নৈ, হৌজিক মতম ওল্লক্রে। তশেংনা হৌজিকী মতমবু কয়াম ওল্লবগে? নুপীমচা কয়ানা বোইংলাইরিক পুহনা স্কুল চংনরি, কলেজ চংনরি অমসুং তাইবঙ মহৈকোলদা মহৈতম্বা চংনরি? অদুগা করিগুম্বা লাকলিবশিংদু, মখোয়দুদা নুপীমচা কয়াশিংদুনা খুন্নাইগী চংনবিশিংদু লাম্থোক্লুনা লক্লবা অশেংবা মওংগী মহৈ হৈবীরা?

২। তাইবঙ মহৈকোলগী অরাংবা মহৈগী Certificate পায়রবী নুপী কয়ানা হায়নবা তাজৈ —"ঐখোয়গী সাহেব হৌজিক ফাওবা লেঙলকত্রি" নত্রগা "ঐগী ইপুরোই (মপু) ঙরাং লংফৈ লেংখ্রে।" 'সাহেব' হায়বা অসিগী রাহম্থোক্তি ইথকথোংবদা ইকায় খুম্নবগী মওং উৎপা রাহৈনি। নবাব সাহেব, জর্জ সাহেব, মজিষ্ট্রেট সাহেব অসিন-চিংবদা 'সাহেব' হায়রিবা রাহৈসি ইকায় খুম্নবা উৎপা রাহৈনি। শক্লাইরকা ইউরোপকী নুপী নত্রগা মীরৈবাকী নুপাশিংগী মতাংদা রাহৈসি মরক থংলে, মহুদি লাট সাহেব, চীনা সাহেব, জাপানী সাহের অমিনচিংবা।

মপুরোইববু "সাহেব" নত্রগা "মপু" হায়না কৌনবগী চংন-বীসি করম্বা মতমদগী হৌরকপনো হায়বা ঐ খঙজদে। অহানবদা মপুরোইবগী মমিং নুপীশিংনা ফাজুনা হায়বা নত্রগা কৌবা য়ারমদে। বঙ্গলা দেশকী নুপীশিংদা হৌজিক কাওরবা নুসিঙ্ঘা অঙকপা চংনবীসি

অকনবা চংনলোনচং অতুম ওইরি। লৈবাক্কী ময়োল নত্রগা কোন্নুংগী লোনচংসিগী মতাংদা থরা লৌথোকপগুম তৌরে। চাওরাক্কা মহৈ হৈবা অমসুং হেন্না মহৈ হৈবা কাংলুপ অমিগী মুপীশিংনা মপুরোইববু মমিং ফান্দনা ওন্নবা র.খলদা "সাহেব" নত্রগা 'মপু' হায়বা র.হৈনা ইকায় খুম্নরি।

মখোয়গী মপুন্সিদা মশা মশাগী সাহেবকী য়াথং য়াওদনা থবক অমত্তা তৌবা ঙমজদে। ডাক্তর মুপী থরম্ব খংডি মতুদি মপুরোইববু মীরমদা থবক ত.বদা থরায় য়াওজবা অতুগা মপুরোইবগা লোয়নননা লৈরুনবগীদমক্তা মশাগী মথৌ ফাওবা হেক চুন্দোকপা। মসিদগী গুইরকপা হায়ববু—মপুরোইবত্থ নে-তানা থবক তৌবা ক্ষংজরে অতুগা মরায়বক থীরবী মাগী মুপীত্থনা খাবৈ-চেংপকী লান্দা চাকথুমদা তিলহৌ শোয়ত্থনা লৈরি নত্রগা নোংচুপলোমগী 'চাক-য়েনশাং' থোংলি। লায়েংবগী মহৈ নিংথিনা তমলুবগী মহুত্তা থোং থাকপগী মহৈদা চহী ৫/৬ কম্না পুকনিং চংলুবত্থনা মশাগী হৌজিকী ওইরিবা ফিভম হেন্না ফরে হায়না খল্লি, মসিদা থোইনা চিংনজবা লৈতে।

মুপী কয়া কয়ানা য়াম্না চাওথোকচনা হায়জৈ, ঐগী ইপুরোইবনা শেল থোকপা থবক তৌবা পামজদে। মাগী মপুরোইবত্থনা ঙা-চাবা পামজ্রে অত্থনা মহাক ঙা-চাবা য়াদ্রে। মাগী মপুরোইনা কোয়থোক-থোঙাকপা পামজ্রে। অত্থনা মানা করিগুম্বদা চংথোকপা য়াদ্রে। হিরমসিদা মাগী মাগী মুপীগী পামজবা পামজদবগী বাথোয়না মথৌ তাহন্দে।

৩। ঐখোয়গী লৈবাক্কী তাইখঙ মহৈকোল অমগী ভাইস চান্সেলর অমসুং মহাক্কী লোয়নবীগা মীরমদা চহী ১২ লৈরুরবা তুংদা মরৈবক্তা হল্লকরমথি। মখোয়না থরা লাম্না মরী থোকুবা অমগা মারী শান্নরমখি। মারী লোয়রবদা মরি মতাঙনা চংননবা হৌগংলক্রবদা মীরমগী লোনচত্তা চুরবা ভাইস চান্সেলরদা খুং তিংথোকখিরমখি। তাঙ্গাতুদা ঐম্ব লৈরমখি। ঐনা উরমথি মতুদি ভাইস চান্সেলরকী মুপীত্থ, ঐ মাগী মমিং খঙদে,

মরমদি মা মশানা ভাইস চান্সেলরগী মুপী হায়রগা য়াম্না চাওখোকচৈ, মশাগী মখুৎ কোনশিনতুনা অসিগুম্বা মরাল লংজবগী মওং অসিদা মখুৎতু তিংথোক্লকপমী থৌনা লৈজরমখিদে। ঐনা অস্থম ইতোমতা খঞ্জরমই মতুদি অতোপ্পা মুপাগী মখুৎকা খুৎ শোকনবা হায়বসি মুপীশীংগীদমক্তা কয়া তৌনদবা থবকনি।

৪। ডিসেম্বর থা মনুংনি চহী ১৮গী মমাংদা থা ৯ চুপনা লান শোক্লকপগী তুংদা থাসিদা বা মতেঙ্কী অশংবা মচুগী মথক্তা অঙাংবা, অঙাংবগী মরক্তা নাপু মচুনা য়েকপা লৈইগী শকওং য়াওবা ফি মচেং পুম্নগা অঙাং শঙ্গ অমনা মাঙ্গোলদা "জয় বঙ্গলা" গী খোল্লাও লাওরতুনা চংলমখি, মতুম্থু ডিসেম্বর থাদনি।

মায়মন সিংহ সহরদা ১৯৭১ গী মার্চ তগী নবেম্বর ফাওবদা মসজিদ অচৌবগী ইমাম সাহেবনা মখুৎমক্তা মীশিংবু মডক কক্লুনা হাৎলগা গুহা মনুংদা থাদরমখি। থা অসিদা গুহা মনুংদগী মশিং লাকডমদ্রবা অশিবা হকচাং লেখংলগা সহরদা লৈবশিংনা মশক খঙবা মীওইশিং থিনরমখি। ঐগী মরি মতাশিং থিরমখি, লান্দা হাৎপ্রবশিং অমসুং খঙহৌদনা মাংখিবা ইমুং মনুংগী মীওইশিং। পাকিস্তানগী লানমীশিংনা শেল- থুম নমতুনা লৌরগা, হনখিবদা ঐখোয়গী য়ুম-কৈশিং তুম্না মৈ থাদোক্লমখি। ঐগী ইপাবু ফারগা খোংউপ কুট অমসুং নোংমৈ গুন্দানা নেৎখায়-ফুগাইবিরমখি। ইখুরা অনিবু নোংমৈনা কাপখায়রগা লম্বীগী নাকলদা হুন্দোকপি রমখি। ঐগী ইবুংগী লেংথংবা মমিং চোংথোক্লমখি। থাসিদা, নীংতম লান য়াওরুবা [illegible] অহুমগী মরুদা অনি হুরক্লমখি। মুমিং ১৬ নিংথী মতুংদা কেম্পুতগী ঐখোয়গী চহী ২১ তা [illegible] মাপুগী মচন [illegible] [illegible] হরককি। [illegible] লান তৌরক-বশিংহ মখোয় মশাদা কনাগীনা মখোঙ [illegible] কনাগীনা [illegible] [illegible]। অহু ওইরবস্থ মখোয়না [illegible] [illegible] [illegible] [illegible] ওমথৈ লৈনরমদে। অহুগী থাস্থ দিসেম্বর থাদা ওইরমখি।

অহুমু ঐখোয়গী ইন্দোলনা হল্লকপহুন্দি কনানন্থু পামনরমখিদে। মহাক্তি শুকহন হল্লকত্রবনা হেন্না ময়ামনা হরাওনরমখি। মতম অহুক তুইরসি ঐনা ঐগী ইশা, ইবুং, ইথুনা মাম্মগী মরমদা চউথোক-চামখি, চাউথোকচবগা লোয়ননা ইশাগী অরাংপশিং হায়জরমই অহুমু ইন্দোমগী মতাংদদি মখোয় ময়া কাথোকপা ওল্লমখিদে। ওসি ঐনা থাংবা ওম্বগী পগহু ননথাযরহুনা হায়জরি, কেম্পকী অমম্বা কাম্নুংদা ঐগী ইন্দোল মতাবু ফাহুনা থম্বিরগা, নুপীদা লায়ওইরবা মতু পাগ্রবা শ গুমলবা মীওই ১০ না মথং মথং নুমিৎ ১৬নি চুপ্পা নমজা নম-থেক্রনা মাগী নৌনা লৈগাৎ তমজরকলিবগী ফিভমহু নৈহৎপিরমখি।

ঐখোয়গী খুনাইনিনা ঐগী ইন্দোমচাগুম্নবী অতৈ কনাবুম্থু ফনা লৌনরমদে। অচৌ-অচৌবা মীশিংনা প.উজেল চেশিংদা, মীকম অমদি লুপশিংদা অহুম্না নৈহৎপিগ্রবী নুপীশিংহুগী মরমদা রা য়াম্না চাউনা চাউনা ভাওভি, ওকুবীগী মিংথেল পীরগা ভুমিন্না নোললুকনা লৈবগীদমক্তা মওং অমদা মীনোক চওনৈ।

লালনগী থোক্লকপা থৌদোক খুদিংমক, বুট অমস্থুং নোংমৈগী গুদানা মীবু মাংনতাক্লবু অকনবা মীওং মীনৈ তৌরবস্থু অহুগা শিবগী থ য়াং য়োগ্রবস্থু মীয়াম্না অতুম অয়াবা পীনৈ, অহুবু "নমজা-নমথেক্লবিবা" কৌবা তমখিবা থৌদোক অহুবুদি কনানস্থু পামনদে।

মপান্দা নমজা-নমথেকনবিবগী থায়াতা তাক্লরবী ইচল ইচেশিংহুগী ইকাই খুম্নবগী মতাংদা লৈবাক শেন্বা কাংবুনা অকনবা রাভাং কয়া ভাংলিতৈদা, মশাগী ইকাই খুম্নবহুবু ওাকচনবগীদমক্তা ঐগী ইন্দোমচানা মশাবক "শিলিং ফেন্দা" থৌরী হাজরমখি। মহুগী থাহুস্থু ডিসেম্বর থাদনি।

মতমহু ঐহাক ৯স্তবা ক্লাস তমলিবী মহৈরোই ওইরমখি। মতমহুদা ঐহাক লম্পাক্তা চেন-চোংহুম্না শাম্নবগী চহি মতাং ওইরমগ্রে, পাং লৈণারীশিংগী ফমক্রমদা অযাম্বা মতমদা চহী লোংমানবীশিংগা ফমনবা

লৈরমই, কম্না নোকুম্না টেবলদা থিনবস্তু ভমলমদে। চহী মতাংহুদা ঐগা লাইরিক তমমিন্নবী অমগা লোয়মনা য়াম্না থোইদোক হেন্দোকপা চহীগা চান্নদবা যাখল অরুবা অমদা লুপ্তুনা লৈরমখি। লাইরিক তমিন্নবী ইমান্নবীহুগী মমিং হায়দোকলব্রোই, বরিগী? মহু যারেং মভেক অসিগী অরোয়বদা হায়রগে। মতমহুদা ঐনা রবিন্দ্রনাথ ঠাকুর পাবা হেক লোয়বদা মামা সেক্সপিয়ার পাবা হেক্তা লোয়। নোংমনা ফারসীগী লাইয়েকপগী মরমদা, নোংমনা জর্মন সিনেমদা, নোংমনা রুসসাহিত্যদা, বিজ্ঞান শীঙ্গবগী মরমদা থম-নৈনরমখি। ভমলিবা লাইরিক মখাদা লোৎলগা মানিক বান্দোপধ্যায়, জগং পাল সত্রগী লাইরিকশিং পারমখি। পাবুংগী খেংগী নাশোল হেক তাবদা Chemistry গী লাইরিকী চেনা ফাকলমখি। হুপীমচাহু য়াম্না তোয়না ঐগী কাদা অঙ্ক হোৎসিন্নবা শাহুনা লাবলমখি অহুগা ঐথোয় অনি হুংথিল নুমিৎ চুপ্পহুমা সুধান দত্ত অমসুং টী: এস: এলিয়ট অসিনচিংবা পামিন্নরমখি।

মহাক স্কুল তম্বা লোয়শ্রবা মতুংদা ওজা ওইবা মপাগী মহুৎ শিন্দুনা থবক তৌখিবনা ʻমরম ওইহুনা, অতোপ্পা সহর অমদা চংখি-হুনা কলেজদা মিং চনখিরমখি। অতুদগী মতম য়াম্না শাংনা ইতোমতা লৈরকলমখি। পাউ তাখিরমখি মহুদি তাইবঙ মহেকোলগী ময়াদা লৈবা কলেজ অমদা মমিং চল্লে হায়না। মহাকী মা অমা ওইবগী তোপ তোপ্পা মরাক, লুপ্নানবা পামজবা খুাইদগী হেন্দোক থোই-দোকপা মরেশিং অমসুং অহুক্কী মতিক পুক্নিং হুমা নীংথিজে মহুদি ওসি কাওবদা থেংনরক্লিবা হুপীমচাশিংগী মনুংদা যাগুম্না পুক্নিং হুনা ফজবী অউত ১ উজ্রি। নোংমদি পাউ অমা তাখি মহুদি মহাক ফজুম পাক্লে হায়বা। পুক্নিংদা ঐনা মাবু হুংশিনা ফংজবা হুপাহুগী মরাই-বহুক্নু ফজক্নবা ভমজরমখিদে। মরমদি হুপাহুনা মাগী মবাক্তা থোইনা হেন্না নকশিন্নবা ফংলমি, মহুনা মতোন্না মপুং কানা য়েংজরগনি, খঙজরবি অমসুং কংকম থোকপা পুন্নমক ফংজরগনি।

ঐহাক লাইরিক লম্গী চায়েংশিংদগী থরা খিক কোমতক তৌরমখি। মুমদগী ত খিংবসু থরা কোমদা নরক্লম্মি। ইমাম্পাবুংগী মিংয়েংসু হান্নগুম্বা পণ্ডকন কল্লমদে। অতুনা নোংমদি নুপীমচাতুগী লুংডাই য়াইফবা য়েংলুনবা সহরসিদগী সহরতু তাম্না চংলমখি, মাগী মুমদা। হৌমতু হায়বদি লৈমায়তু ইঙ্গি শিংলমই, মায়কৈ মরিদা চেকী ফক্লাং, মথক্তা টিম্না কুম্মা, ফমুং তমা, মেঞ্জ অমা, অমদি লৈথাক্তা থগা কোলম্লিক থরা। পুক্মবসি য়েংদ্রে ইডেদা ঐনা নুপীতু য়েংলমখি। মাগী ডৌরেক ডৌরবা শবকমতু মুশিল্লত্রা নত্রগা মুশিন্দত্রা, মীওম হৈরবা মিংফমতুদা দাগ ককা লৈত্রা নত্রগা লৈতত্রা, শমজেং হাত্তনা শম্মাংতু চোংজাইনত্রা, মশাগী বেজম্নাম্ববগী লৈতেংশিংতু মরাক চামলত্রা মাগী গাড়ীদা অহোংবা তমদি চমোংনরত্রা, পুক্নমকসি ঐগী য়াথল নংলমদে য়েংনিংবগী। নত্রগা ইংনাচিকনা পাঙরিবা ইমুংদা লাক্লগা মাগী তসিগুম্বা পুনসি মরেলবুসু ঐনা থোইনা নুংডাইতবা লৈরমখিদে। ঐগী মিংয়েংদি অহানবমক্তদা টেবলদা তাখিরমখি। মোম্বতী অনি, ঈশিং থকুবা জগ অমা অমদি বজলা দেশকী দায়রী অমা নংনো অতৈ.করিসু লৈরমখিদে। ঐনা হংলমখি, "নত্তবু লাইরিক লাইগু মথা চংখদত্রা?"

"মতম ফংদ্রে।"

"মতম ফংদ্রে" হায়মসিদা অসুম্মা তায়মখি মতুদি মতম ফংদবদা মঙোন্দা অবাবা চৈথেং শীদবগুম তৌরিমখি। অতুগা, মতম ফংলবসু মহাক থবক্ তোগপা নত্রগা তৌরোইদ্বা, মসিদসু চিংননিংডাই ওইব্রি।

"নুপাদি করি তৌরি?"

"চুকান অমা য়ায়নবা কয়া হোংনজরি।

তুকাম্নবা করি য়োনগদৌরিবা?"

ইবেকব্রেন্সিবকী পোংখৈনি।"

না করিগুম্বা মরম অমা তৌদুনা নহা ওইবগী ফিভমগী অসুবগী লৌশিং লৈবী নুপী মচাতুবু অসিগুম্বা মওং সিগা উৎমজবা

লংলমদ্রি। মহাক্না হায়রমখি, মনিংগী লৈ ময়াদা য়াম্না ফবা নুম অমা থেংনরি। মহাক য়ুমথুগী অশানমলগী রা ভাংনরি। অমুকস্থ হায়রমখি, ইরাই নুমিৎতা কৈথেল কাক্লগনি, লিকলিগী পোৎচৈ খরা লৈরক্নি।

লৌশিং নিংথীনা শিজিন্নদ্রবা অমদি খাইদগী থোইদোকপা নংদোকপা লৌশিংগী লৈথা তাবত্থু উক্লরগা হন্‌ক্লমখি। হমকত্রিবৈদগী খন্নখনি মহুদি হংলুগে, নওবু রবিন্দ্রনাথ নিংশিংলিব্রা? জীবন নন্দ দাস? অদুবু ইকায়খবদগী অস্থুম হায়না হংবা ভমলমখিদে মহুদি মসি করিগুম্বা হংলমলবদি পুন্নমক মমাংবৈগী রা ভাক্লনি, ঐদি তৌজিক্কি নীংবু নীংশিংলুদ্রেনে অদুগা করিগুম্বদা মসিবু নিংশিংলুদ্রবদগীদমক্তা করিগুম্বা মঙোন্দা নুংঙাইতবা পোকলমদ্রবদি! মসিমক কিবদগী ঐনা মঙোন্দা হংলক্লবনি। অস্থুম তৌনা চহী অমা হেক্লে। হায়ফেৎ তাখি মহুদি ইলেকত্রোনিক্কী পোৎচৈ য়োনবা দুকান ফম্নমবগী রা ভাংনরিবা মাগী মপুরোয়বত্থু নুমিদাং—নুমিদাংদা য়ু থকলগা জাক্লমই অহুগা মাবুম্থু মথুং হেক পৌম্না কুবিরমখি। ঐনা বাখল তৌরম্মখি মহুদি নুপীথুগী মশাদা কনাগুম্বগী খুপাক, কনাগী খোংউপ নাথাখিবা রিবা, য়ুতাওরবা মপুরোযবত্থুগী দমক্তদি শেংদোক—খোংতেক্কাপিরি অহুগা মিংশেলগী পাত্রশিংগী মংলানত্থু য়েংহুনা লৈজরমখি।

নোংমম্থু অস্থুম্না তাখি মহুদি নুপীথুবু মমুমদগী তাহোকপিহনা মাগী মপুরোইবনা অতোপ্পা অমমুক লুহোংলমখি। মসিগী মতুংদা খোইনা অকুপ্পা মরম লৈতে। তশেংনমক, মসিদি কনাগুম্বা অমগী পুনসিবু হাংলগা নুংঙাইবা ফোংদোকপনি। নুপাদু নুংঙাইথোকপা পামলমই অদুনা নুংঙাইথোক্লি। ঐগী অঙাং [illegible] ইমান্নবী সিনা মাগী অশেংবা ময়ামদগী হেন্দোক থোক্লকিপা মরাক অমদি মরল মাংহনগা য়ুম অমক্তং লেপচনিংঙাইদি [illegible] মথম্থু পান্দম য়োথিদ্রে। চওক্লকমদি মরি মক্তানা পীগৈ মতৌংদি পীজে। [illegible]

মীওইদা পুক্সিং ফাথমবা থেমজিনবী, থম্মোয়দদি মৈচাক য়াওবিদে। মখোয়না থুম্নাইদা লাওথোকই, ইমুং মনুংগী, মচা মশুগী তমদি ভুংগীদমক বা জাংডি সুংশিনবগী রাদি ভাংদে। লৌশিং নিংথিনবা অমদি ময়ামদগী হেন্না লৌশিং লৈবগীদমক করিসু থানবিদে। মরমদি খুন্নাইসিনা নাথ, অমদি সাহিত্যদা মুপীশিংগী হেন্না হৈশিংবগী ফীদা পীবিদে। ইমুং মনুং শিংশেংবা, মুংতিগী ফিস্‌ফিজ্‌ন্না, ফিস্নোল থুপচিনবা চাক্‌ইনশাং থোংবদা মকমরাং মিংথিনা থাকপদা ইমুং মনুংগী থোই-দোক হেন্দোক্লা হৈ শিংবী ওইবী, মীয়ামনা মাবু ময়ামদগী থোইদোক হেন্দোক্লা লৌশিং লৈবী কৌনৈ।

তারক্লসিদা মুপীসু শেল থোকপা থবক অমা তৌজরমথি। কম অকবা কওজরে, থাগী খুংগুমন কংজরে, অদুবু লৈতাবদি লৈরমদে। লোয়শওগী মীয়াম্না হৌখিবা মাগী পুন্সিবু রারীনকম ওইনা লক্সরমথি। মানা কনাগীসু মাওনবা তৌক্সবা নত্তে, অদু ওইরবসু মাবু লক্সবিরমথি অদুগা নোংমদি মীয়াম মমাংদা কোংনা লক্সবদু মপান থোক্সকথি। মথন্তা ওইরবী মুপীমচা অমনা মদোম অমদি কনাদসু অয়েংপা লৈতনা মপুন্সি লেপ্পরবদসু খুন্নাইসিগী "অফবা মীওইশিংনা" মসিং মমিং নায়, খুদোংজাবা থিহুনা লৈ মথোয়না অদুগা করিগুম্বা তৌহুনা চুপ্পী। লৈবাকসিদা লুরবসু লায়রবসু সুংভাইবগী রাথলদদা লুপতুনা লৈ মহুদি মীয়ামনা সুংভাইথোকপগী রাথলদতা মদুসু মওং মরিল নাইদবা সুংভাইবদা।

মথৈথংদা মুপীক্না অমুক হন্না সুয়াললগী চওলমথি। তশেংনা ছায়রবদা সুংভাইনিংভাইনি। মুপাহুগী মকুমচা লোয়না লৈ, লোয়শগী মকোক্সানীনি। মুন অমা রায়রগা লৈবমথি। চয়োল অমদা মমনিনাসিদা অরেক্সা মুপী অহলগীদা। মুপাহু অমুক্তা চাকওল চারগা, মকোক্তা কাক্সাখাও তৈরেগা লোয়শও কায়। চা মুং মপান্দা থক চারগা, মুমিদাং রাইরমদা মম হুক্সকই। অদুগা মুমিদাংগী চারা চারগা

পুংমুক য়ারক কোংবা শাণ্ডা মতুম অপনবহু লৌখোকই অহূগা মৈমদা মাগী নুপী পুহনা ভুফমকা চঙ্লখি।

য়াংঙ্লেন লৌহনা নুপীমচাশিনা তাইবঙ মহৈকোলদা তম্লকখি, চাংয়েংদা য়াম্না ফজবগীদনবা ভাকপী তম্বিবশীংনা মতম পূম্বদা অবাংবা মহৈ তমম্বা পুক্লিং থৈজাংশীনমখি, অহুগুগী লৌশিং লেবনী নুপীমচাহনা করিগুম্বা ঐগী খংজবা অমদি থাজববু হেনগংহন্দ্রী, মাগী মরমদা ঐনা কুশনা খঙজি মহূজি য়ুম্বালবা ভুংদা মভোল্দা পুক্লৌ চেল্লে, য়ুমলোম্নবনা চিংনবা মিংয়েং য়েংদ্রে। মাগী মরাল থিজশিংনহু থিদ্রে। লৈরাদা তারম্বা অরাবা পোৎলুম অমবু কল্লহৌদি হন্দোকফমদা হুমজিনলম্বগুমলে। অসিনা পুম্নমক নেমথমখি।

সিগী ভুংদদি ঐনা খঙমা খঙনা নুপীতুগী মপাউ লৌদ্রে। নোংমা লৈরাদা খঙহৌদনা য়াম্না য়ুম্না খঙবা শকফমদা উরুবদা লেপলমখি। ঐনা মাগী লুকথরিবা মিংলেহু য়েংলুবদা অভোম্না ওইরমলে। মিং হায়বসিনা মাওমুকগী অয়োনবা শকফমতুবু খঙহল্লি। ইশা লৈথোকহুনা য়াম্না চমবা মওংদা মাবু য়েংলমখি—"মহাক থা, শুবনি ওইরমখি। ঐনা হংলমখি—

"থবক কৈ তৌ পাকপ্রা?"

"তৌদে।" মাগী পাউখুমনি।

মতুমগী ঐনা খঙলমখি, কেরানী অমগী ইমুংদা থবক তৌজবিবী নুপীবু মমল য়াম্না হন্না লৈ হায়বা। মরমসিনা য়ুমবুরেনগী য়াথং অমদি থুম্নাইগী মুংঙাইতবা মিংয়েং কোকনবা নুপীতুগী থবক্কু থাদোক্লগা মাগী মুযানবী পুন্সিবা লুপলমখি।

অমুক্তংদি হংবনিংলমখি, নঙগুম্না মতিক চাবসিবু লৈবাকসিদা লৈরব্রা? তশেংনমক য়াম্না লৈবা জাংশি, কনানা অহুনা করম হায়জমগনি? মখোয় লাক্লমখি য়াম্না লোন্সিন্না মাত্রী শাদুরমখি, মহুব কনানহু পুরোং খোংজেংহন, য়ুমজরগী লাদি মাংখোক্লরমশিরে।

মথাদা অপাম মিহৈবা পূম্নমক থাদোক্লবী নুপীশিংগা নুমিৎ চুপ্পা বা থম্না—নৈনবদি ময়াই, রেস্তোরেন্টা চা থকপা মাই অমত্তুং অঙৈ কয়ামত্তু তৌবা ময়াই, অদুবু লুহোং খোংদোংবদি ময়াদে। লুহোং-বা দমক্তদি মহাক্কপি মৌগুমনলে। 'মিদগী হেন্না শাকবদি মহৈ হৈত্তবী অমত্তুং থবকী হৌব মওং খংলবী নৈশাক্কী অমগা লোয়ননা খুজেং পাম্নোয়নবনা হেন্না মীয়াম্না হরাওনগনি। মরমসিনা "মতিক চাবা মুখাম্নবা নুপা" গী মতাংদা ঐনা করিস্তু হংখিরমদে।

নুপীত্তু মথাগী ফিভম কায়বা মওংদুদা ইকায়খুম্নরত্তুনা থুনা চংখি-রমখি। ঐ লেপত্তুনা অত্তুম নৈহোরে। অত্তুম্বী ঐ য়াম্না ইচিক-চিক্লা নৈবগুমলমখি।

অহানবদা ঐনা নুপীত্তুগী মমিং পনবা পামল্লমখিদে। করিগী পামদ্রিবনো হায়বদু অসিননি মত্তুদি নুপীত্তুগী মমিং ময়ামশিংসিদুগী অমা ওইবা মাই—দিলরুবা, শাহানা, দিলারা, সুলতানা, নমিতা, পরবীন, মারিয়া, শ্যামলী, চন্দনা, ফরিদা, শিপ্রা অর্চনা?

অসিনা মবম ওইত্তুনা নুপীত্তুগী মমিং অশেংবা পাম্মিংদ্ররনি। মরমদি জুলেখা, সুফিয়া, মার্গারেট, আয়শা, হসিনা মমতা অমত্তুং নসিমা কৌবা নুপীশিংগা নুপীত্তুগা খেন্নবা করি থোয়না লৈরবদে।

৮

১। মহাভারতকী ঠৈরেং ওইবা শৈথাবা (শ্লোক) অমা: নৈ—ন স্ত্রী স্বাতন্ত্র্য মর্হতি:। ব্রাহ্মণ্দোক্তি নুপীদা নীংতম্নজবগী খুদোংচাবা কংলিংঙাই লৈতে।

২। 'মিহৌবা' হায়বা পোৎশক অমা লৈ। মত্তুনা নৈর-নৈরগা নুপীশিংদা পীকনবগীদমক্তা চেক্লোক্ত থরনা অকনবা বাণ্ডক লৈরি। কন্নানা

মমল য়ামলবা পোৎ চৈ লৈরম্বা শীজিনৈ, মুপী মচাশিংনা মসিদা পুক্লিং চঙনা লমজেল তানৈ। খজাইদা অঙাংবা মচু, মিত্তা অমুবা মচু, শমদা অনৌ অনৌবা মওংগী শমহাৎ শীজিন্নবগী হৈশিংবদা মুপীশিংবু থবক চিনহনবগীদমক্তা নোংমা নোংমগী অনৌ অনৌবা মচাক করা পুখোকনরকলি। হায়বেৎ মচু শংত্রবা নত্রগা তৈত্রবদি মুপীমচাশিংনা পেঙদে মপুং ফাজদে। মুপীগী চেফোঙ কয়ামতু খোল্লকলি। ময়াম-শিংতুগী অয়াম্বা খোঙজেলাংবদি মুপানা অয়াম্বনি। কমদৌনা পাউদর য়াগনি, মওং কমদৌনা শম হাংকনি নত্রগা শমজি পুনগনি, বরম্বা মওংগী ফুরিৎ তুগনি, করম্বা মচুগী ফি শেৎলগা মুপাশিংনা মিহৈবা পোকহনগনি তসিনচিংবা নৈনরগা মখোয়না পাউত্তাক পীরি। চেফোঙ-শিংসিনা "মপুরোয়বগীদমক্তা মুপীগী তৌফত্রবা মথৌ" অসিগুমলবা ইকায়খঙত্রবা লাইরিকশিংগী অফবা চেফোঙ মত্রনা অতৈ ঝরিম্ন লৈতে।

৩। 'মুপী' গী মান্নবা বাহন্দোক অমনি "লোয়নবী"। 'লোয়-নবী' গী বাহন্দোকনি তেংবাংবী, য়োক থাকলিবী। হায়বদি অবাবা পোৎলুম পুরিবী। 'মীনাই' অমস্তুং "লোয়নবী" বাহৈগী মরুওইবা মশক অমগুনি।

পুক্লিংগী লৌশিং চাওখৎনবগী মরমগী তম্বা করিগুম্বা মওংমগী মহৈ অমগীদমক মুপীবু অথিংবা পীবী, মরম অসিনা শেৎ-চাবগীদমক মপুরোয়বদগী লোয়না তানবা তারমখি। ময়াই ওইবা যুগ (চক) তা মীরৈবাক্তা (নোংচুপলোম) দা মপুরোইববু 'মপু' হায়বা কৌনরমখি। মৃশাগী মুপী অমসুং মীনাইনা মুমবুরেনবু 'মপু' কৌনরমখি। 'মপু'গী বাহন্দোক্তি—হিংনবগীদমক্তা চঙজফম পীরিবহুনি।

৪। 'খোঙগুন মেলৈ' পাম্বী মতুং অমনি, অতোপ্পা পাম্বীগী মতেং লৌরগা হিংঙি। ঐনা মুপীশিংতুবু খোঙগুন মেলৈ হায়না কৌজনিংঙি, মহুদি লৈশারীঙৈদনা মমা মপাগী অমদি মুগোলগনা মপুরোয়বগী ফিজি মরুমদা হিংবা পামজবতু।" মুপ না গুপ্তা, নোংফদি

স্বপ্ন্না চৌধুরী ওল্লকই। মহাকনা লৈকম ওল্লকই, অমদা চঙজকম লৌরম্বতু মথংদা অমদা অমুক লৌরকই, কমাগুম্বগী মতেঙ লৌরগা, হিংঙি, মসি মশাগী মমিং ওল্লকখিবহুনা মতাকচরবনি। ঐ য়াঙ্জৈ মহুদি স্বপ্ন্না কৌবী মুপীসি হিরব খুদিংদা মশাগী ওইজবা থাদোক-লবিনি। অদুওইরবস্তু মশাগী মমিংদা মপা অমস্তুং মপুরোয়বগী য়ুম্নাক হাপ্পগী হেন্না পামজবা লৈরিবহু, চহি কয়াদগী চেস্থরকুবা মুপীবু হেন্না মপাঙ্গল শোস্থনবগী ফত্তবা মহৈহুননি। অদুগা অপঙবী মুপীশিঙনা লে নচংসিবু য়াজয়হুনা মহৈ তমলুবনা করিগুমলবা ফত্তবা থবক অমা চুমথোকপা ঙমদে হায়বা তাকচরি।

৫। ধাকা সহরদা হবাগাড়ীদা মণ অমোম শঙ্গু-শঙ্গু পুহনা চংপসি য়াম্না তোয়গ্রবা মওংনি। নোংমা মসি উরুবদা ঐনা ঐগী ইমাম্নবীদা হায়রমখি— অস্থুম্না অমুক থক স্কুল তমলিবী মুপী মহৈরোম্ন ঐখোয়বু ব্রক্তা পীকনিক পুরমখি।

মসি তাবদা ইম ম্নবীহুনা শাওনা হায়বকখি, "তুকংচৈদা"! মুপীবু নঙনা মগী চাংদমনরিব্রা? ঐনা হায়রমখি, "কৈদৌনা হায়রোয়-দৌরিবনো?" হায়নবা প্রমান অমা লৈ, "লাইবকফবদগী মুপী লৈখিদ্রে অদুগা লাইবকথিবদগী মণ শিরে।" হায়বগী বাহল্লোক্তি লন-থুম ওইনা পারবদা মুপীদগীদি মণনা হেন্না কান্নৈ মরমদি মণদি লৈবদা শোল চঙডি অদুগা মৌ অনৌবী অমা 'থিরুবদামি শোলহুম' তোঙঙি।

৬। লায়রেঙ পথাপকী "হিষ্টরী ওফ এম্প্রপোজর" কৌবা পোং অমা লৈ। মসিগী অকুপ্পা মরম থঙনবা অনাবদা বাহং থরা হংবা তানৈ। অতোপ্পা মুপীশিংগা শমনা খোংনরুবা লৈত্রা নত্তগা লৈত্ত্রা —বাহংসি হংবদা অনাবহু মীশাইবা পোকই মরমদি বাফঅসি. অহানবা ওইনা মংথোরয়া তৌই। "বুই", কয়াদা ইকায়নিঙ্গাই ওইবা বানো" হায়না মহাকনা থুনমক মকোক হায়রগা তৌদবা শারমমি। মহাক্তা

করিগুম্বদা ফত্তবা থবকমতা তৌখিরম্মদে। মবৈথংদা লায়েংনবগীদমক মহাক্কী য়ানীংদনবা রাফম পুম্নমক অরোয়বা ফাওবা হায়দুনা লৈরম্মখিদে। ঙাইহাক তপথরগা অকোয়বদা কোয়েং য়েংলগা অতম্মা খোঞ্জেলদা হায়রম্মখি, "চুমই লোন্দিম্নরুরে।"

"মুমদদি লোয়নবী লৈতব্রা ?"

"লৈ।"

"কারণীনো 'হুদি ?"

"অমুক হন্না খুম্নমখিদ্রে। অনাবদু য়াম্না ইকায়রপ তৌনা ময়া হিগংলপ তৌনা মরোল থোক্তুনা নোক্লমখি। অসিগুম্বা মওংগী অনাবশিংগী চহী লেঙ্গাসি ১২ দগীনা ৭২ ফাওবগী মরক্তা ওইগল্লি। মসিদা মহৈরোয়, মহৈ মশিং তম্বীরিবা মীওই, ললোল ইংিক তৌবা মী, থবক পান্থ্রিবা মী, শিল্পী, থানা, উকিল, অপিকপা থবক তৌবা মীওই, য়াম্না চাউবা ফম পায়বশিং, শিল্পীশিংগী মপু অমসুং লৈঙ ক লোয়শঙগী থৌপুবশিং—নত্তনবু কনা ওইগদগে। মখোয়না শুক্তবী মকোলদা চাং নাইনা চৎনবী ওইনা চৎলি। মখোয়না ওক্তবীশিংগী মশাদগী অনাবগী মহিক (ত্রিপোনেমা পোলিদাম) পুরকই। মতুদগী মখোয়না সিফিলিসকী অনাবা ওইরকখি। মসিদা ঐনা খোয়না শাউনিংবা লৈতে, শাওনিংলিবদি মখোয়না মশাগী মরাল মশাগী মুপীদা শীজিন্নরকপদুদনি। হায়বদি মাবুসু লায়না লোনহল্লে। মখোয়না মশা তিনচং কায়চংদবী মুপী অমবু মশাগী মুংঙাইনবগীদমক্তা হু থাবিরে।

চহী ৩০ শুরবী মুপী অমগী মপুরোয়বনা মাগী লৌনগনবা লায়না অমসুং মথংদনা সিফিলিসতগী মহাক্কী মশাগী শীংজিমচাশিংদু মথা পোল্লা লাম্হেংনরমখি। মহাক্তা মমল য়াওব্রবা হকচাংদু পুদুনা বানা মপুন্সি লেরমখি। মরি মতা, মুখলোম্নবা অমদি মুংশিন্নবশিং লাক্লগা হায়রকখি, জিন্না মরম ওইদুনা অসুম ওইরকলিবনি। লাইনিংবা

অমদি ভুট তাপ্পোকপা হৈদা মী লাক্লগা থা অনি চুপ্পা জিঙ্গু তাপ্পোক্লবা তাং তৌরমখি। পুম্নমক্না অসুম খণ্ডনরমখি মতুদি খংহৌদনা জিনগী মমি তারকপদগী হকচাং শোঙ্গরকপনি অদুবু থা অনিগী মতুংদদি নোংমা কনাদসু তাক্লমদনা মহাক তাইবঙ ফম্বাক্তগী চংখিরমখি

মায়কৈ মরিমক্তা অনিগুম্ব থোদোকমক্তা। কনানসু খংনেরমখিদে মতুদি তৌক্লিক্ষী মতমদা করিগী তৌরকলিবনো? অঙাং কয়া শিনা করিগী পোকলকলিবনো? ফিভম শোয়রবা অঙাং কয়া করিগী পোকলকলিবনো? তশেংনা হায়রবদা মসিগী মরুদি সিফিলিসনি। মসি য়াম্না শ.থিবা লায়ন নি। মশাগী লুহোংবগী মুমিংকী অহিংদা মুমবুরেনবী অমনা মাগী মপুরোয়বগী সিফিলিসকী লায়নাবু খুদোলপোং ওইনা লৌনৈ। অনাবসু কোক্লবা খুনায়গী "অফবা মীওইশিং" না মীয়ামদা থুপচানদুনা পেনিসিলিন ইনজেক্সন কাপনৈ।

য়াম্না রাখল চাউবী অমদি চেকশিনবী নুপীশিংদা ঐনা হায়জরি মতুদি মুাল লৌদা খোংদাদ্রিঙৈদা নুপাগী ঈগী (সরজিকেল টেষ্ট: সেফিলিসকী) শোয়দনমক খণ্ডদোকপিগদবনি। মদুগী পাউদা নেগেটিভ ওইরবদি মুখানবা য়ারে অদুগা পোজেটিভ ওইরবদি মুখানবিরুরসু। মহাক্তা মরি অমত্রা থমবিরুরসু।

৭। নোংমা য়াম্না ইকায় খুম্নরবা নুপা অমনা ঐঙোন্দা য়াম্না চীং—লেমনা হায়রমখি, "অদোমনা নুপীশিংগী মীচংদা লেপতুনা য়ামনা ইবিরি মদু কৈ, অদুবু মখোয়গী অৱাংপশিংদুগী মরমদসু খরা ইবিয়ু।"

"নুপীশিংগী অৱাংপা হায়বদি।" ঐনা মখা তারমখি।

মহাক্না য়ামনা থরায় য়াওনা নুপীশিংগী অশোয়বশিংগী মরমদা পুং অনি চুপ্পা ঐঙোন্দা তাক্লমখি। তাঙাতুদা ঐনা খোদোক অমা নীংশিংলকখি মতুদি মহাক ভিল-কাং কাড়ুনা শাম্নবা য়াম্না পাম্নবই; নোংমা মহাক্না মখোঙনা নোথায় নোথায়দুনা চুম অমা হাংলমখি। অদুগা ঐঙোন্দা হায়ম্নকখি, "ইচে য়েংউ, চুমসি কয়াদা কত্রিবনো, মবৈসি হাই হাইদুনা লৈরিসে।"

নেংখায়হনা হাত্তোকপিগ্রবদা, মশাগী মরালবুদি খণ্ডজদে অহুগা নৈহৎপীগ্রবা চুমহনা নুংঙাইহনা নত্রগা রাহনা মমৈহ হায়রিব্রা হায়বহ তৌরিবা মহাক্না খণ্ডজদে।

৯

মী অয়াম্বা খননৈ মহুদি বৈদিক যুগ (চক) কী মতমদা ভরতবর্ষদা নুপীশিংবু মশাগী ফংফম থোকপা ফম নত্রগা ইকায় খুমনবা ফংলমব্রা? ইসলামগী রাখলগী মতুং ইন্নদি ইকায় খুমনবহ লৈরমদে। অদুবু ঐনদি মসি য়াবা ঙমদে। মমাং মতমগী চেংচাং (আরকিওলোজি), নুংঙদা ইরম্বশিং, কোরৗগী কোম্পাক্তা ইরম্বা নিংথৌশিংগী য়াথংশিং, অহানবা চকী পুয়া অমসুং অরিবা লাইরিক লাইশুশিংগা লোয়ননা বৈদিক সাহিত্য (লাইরিক) তনা বিদিক চকী পুরারীনা মরু ওইনা তাকলি। সংহিতা, ব্রাহ্মন, রারী শীংবুলশিং, উপনিষদ অমসুং লাইশোলগী লাইরিক্লস (শ্রুতি গৃহৎ ধর্মশুত্র) মরুওইবা মতুংগী বৈদিক চককী ইথোক্লবা লাইরিকনি, ১২শুবা খৃষ্টগী মমাংদগী মতুংগী ৪ শুরা শতাব্দীগী মরক্তা ইরম্বা লাইরিকশিংদা খুনায়বু য়েক্লমখিবা শক্তমহনা মাংদা উৎলকই, মহুদা নুপীবু করিগুম্বদসু 'মী' ওইনা খল্লরমখিদে।

'ঐতরেয় ব্রাহ্মণ' দা অহুগুম্বা নুপীতবু অথোইবা ওইনা লৌনৈ মহুদি মগী মপুরোয়ববু নীংথিনা পেলহনবা ওইহ। মচানুপা পোক্লবহ মপুরোয়বদা হকংনা করিস হায়জবা ঙমদে। "(৩/২৪/২৭) হায়বদি মপুরোয়ববু পেলহনবা ঙমত্রবী নুপী, মচা নুপা পোকত্রবী অমদি মপুরোয়ববু নমহৎন মতুংনা ভাঙলবী, মাবু শোয়দনা অতোনবনি হায়নৈ।

মুপীনা অথোইবা ওইবা নত্রগা অতোনবা, মসি মুপাদুগী মপুক-নীংগী অপেনবদা লৈরে।

"শতপথ ব্রাহ্মণ" দা ইরিবনা "মশক মতৌ ফজবী মুপীনা মপুরোয়বগী মুংশিবা ফংজে।" ৯।৬। করিগুম্বা মুপীদুনা মশক ফজদ্রবা, মহাক শোয়দনা মপুরোয়বগী মুংশিবা মিংয়েঙ শামলগনি। মশক থীবী মুপীবু বেদদসু কৈদৌউদা ভাকপিরমখিদে। অসিগুম্বা মীচঙ নাইবা সংস্কৃতকী পাণ্ডিতাকী শৈবেংসিবু থাজবগা লোয়ননা অরাংবা থাক্তা থাংগৎতুনা থমনরকলি।

'শতপথ ব্রাহ্মণ' না মুপীবু নমথবা (কোয়শিনবগী) রাফমবু ইরমখি, অসুম তৌগ্রবদি মখোয়গী থৌনা হন্নগনি ১৪/১/১/৩১। 'কোয়-শিনবা/খিংজিনবা' লৈবনা থৌনা লৈশিং লৈহল্লি, মসিবু রাফম অওকপা নত্রা? অদু ওইরবদি অথিংবা থমদবা মুপাবু করম থৌনা লৈবা হায়নগনি।

মৈ ঈরাংপদা (যজ্ঞ) চৈ অমথক ফি মচেৎ অনিথক্লা য়েৎশীল্লি, মরমসিদগী মুপানা মুপী অনি পান্নবা য়াবগী অয়াবা লৈহন্রি। হায়বদি ফি অমগী মচেৎ অনিবু চৈদুনা অনিদা য়েৎশিন্দে, মরমসিনা মুপী অমনা মপুরোয়বা অনি হায়বদি বারোনবা য়াদে (তৈত্তরীয সংহিতা ৬/৬/৪/৩, তৈত্তরীয় ব্রাহ্মণ ১/৩/১০/৫৮)— মৈ ইরাংকী চৈ অমসুং ফিদুগা মুপা মুপীগা করি মরি লৈনবগে? অদুগা চৈ অমসুং ফিগী মশিংগা ঈরোইননা করিগী তু—বাগী মশিংগা মরি লৈনহল্লিবনো? মসিগী মুংগী ওইবা মরোল অমা লৈব্রা নত্রগা নমজাননা হেক্তা মতৌব্রা? মসিদি হকচাংগী থৌনাগী মতুংইন্না মুপাগী মিচঙদা লুমব্রে।

কৈদৌউদসু মুপীনা মপুরোয়বা অমদগী হেনবা য়াদে। মপুরোয়বা অমগী লোয়নবী (মুপী) কয়া মরুম লৈরবসু মাগী লোয়নবীদুগীদি মপুরোয়বা অমদগী হেন্না পাঙ য়াদে (ঐতরেয় ব্রাহ্মণ, ৩৫/৫/২/৪৭)।

নুপী কযাসু লৈবমগনি, মখোয়না ওন্তবীশু, ওন্থবী-লৈখাতারবী মকোক-
দগী নাম্থোকহন্দবা। তৌইশুনসু নুপীগী দমবতা লৈখা তারবীকোন
চঙবগী চংনবী লৈতে। লৈখা তারবা হায়বগী রাহন্দোক্তি লৈখা
তারবা নুপা হায়বনি। লৈখা তারবীগী ওন্না তৌনবগী রাহন্দোক।

**"বসিষ্ঠ ধর্মসূত্র"** দা-ইবি, **পতি রক্ষতি মোমারে, ভাতা রক্ষতি যৌবনে। রক্ষতি স্থবিরে পুত্রা, ন স্ত্রী স্বাতন্ত্র মর্হতি।**
মসিগী রাহন্দোক্তি লৈশারিদনা নুপীবু মপানা ঙাক্কনি, মথোং কারকপবদনা মপুরোয়বনা অদুগা অহল ওইরক্লবদনা মচানুপানা, নুপীদি মনীং তমহনবা মরিক চাদে (৫/১— ২, ২—১, ৩, ৪৪, ৪৫)। মপা, মপুরোয়বা অমসুং মচানুপাগী মিৎয়েংগী কৈশুম মথাদা থমনবা কয়াদা হৈশিংনা শাস্ত্রদা ইরমলিবা।

**'শতপথ ব্রাহ্মণ'** দা নুপীবু মপুরোয়বগী মনাইনুবীনি হায়না ইরি (১৩/২/২৮)। **বৃহদারন্যক উপনিসদ** তা হায়রি **পতি বা আনু জায়া** হায়বদি নুপীদি মপুরোয়বগী মমিনি (১/৯/২/১৪)। নুপানা মাংদা লোয়নবীনা তুংদা, নুপীনা "খাইগী তুংদা, খাইগী মথাদা, পুন্নমক্কী মরক্তা।" মীয়ামগী মকোক থোংবগী খুদোংচাবা যংলবসু শস্ত্রনা মখোয়বু তুংদা চিংথৈ। লুহোংবগী থৌরমদা মপুরোয়বনা হায়বা তাই, লাকও ঐখোয় অমি অমত্তা ওইরসি, ইচা-ইশু, চাদা-নাওদা-রসি, ইচা-ইশুশিংসিদগী লন-থুম চাউখৎপা ওইনরসি। মতুংদা লাইশোন শোল্লি—মচানুপা, মশু, মীনাই, মতুং ইনবা, খম্পোক, খোংদগী থোকপা পোং, মমৌ, লোয়নবী (মতুং), নিংথৌ, চেংচাক, অমসুং ঙাক শেনবগী (হিরন্যকেশী গৃহ্যসূত্র ১/৬/১২/১৪। মৌ অনৌবীগী মমাংদা মমৌনুপী (মশিং কয়া ওইরবসু) গী লাইখুম্বদা মপুরোয়বগী ইকায় খুম্নবা ময়েং তাবা লৈতে অদুবু লোয়নবী কোই। হায়বদি লোয়নবীগী ইকায় খুম্নবা খুম্নাইসিদা করিসু থোয়না হেন-

গাংপা লৈতে, মরম তসিনা মমৌনুপীবুস নুহোংগদৌরিবা নুপা (বর) ছুগীদমক্তা খৈরাংবা কোৎবা থমলমলবা লনগী মওংদা লৈনহনা থমখি।

অপায়া মচানুপা, মতুনুপা, মতুংইনবা, নিংথৌগী শাগৈ নাতে পুম্নমক, হিংনবা অমসুং চাক শেনবগীদমক, মথৌ খাই অদুবু নুংঙাইনবগীদমক্তা শেংন চানবা, কম্পোর, খোংদগী থোকপা পোং, মীনাই অমসুং মমৌ নুপী। ফিবোল কম্পোরগুম্বা নুপীবুস "শেংনা ইংবা ফি" হায়না লৌই।

নুপীগী অংগনবা মখোদি চাদা নাউদা শন্দোকপনি (আপস্তম্ব ধর্মসূত্র ১/১০ ৫১ ৫২)। চাদা নাউদা য়াওদবী নুপীবু মুংমরবা মতুং চহী ১০ গী মতুংদা থায়নবা য়াই, কনাগুম্বী নুপীনা মচানুপী পোকলবদি, মহাকপুনা চহী ১২ গী মতুংদা মচা হিংদ্রবা নুপীনা চহী ১৫ গী মতুংদা অদুগা ইশৌ কনবী হায়রবদি য়াম্না থৎনগনবী নুপীনা থুনমক থায়নবা য়াই। (বোধযান ধর্ম সূত্র. ২/৪/৬) অমসুং "শতপথ ব্রাহ্মণ" দসু মচানুপা পোক্তবী নুপীদি লাইনিংবনি (৫/২/৩/১৪) অদুগা চাদা নাউদা দ্রবদি মপুরোয়বনা নৌনা অমুক মুংাল লগীদা থোঙলা চদবনি (বশিষ্ট ধর্মসূত্র. ২৮।২৩)।

মচানুপা পোক্নুনা চাদা নাউদাবনা নুপাগী শাগৈ চ ওথৎহনবগা লোয়না লোয়না লোয়নবা নুপাগী কাংলুপ শেমগৎপদসু মথৌ তাই। চাদা নাওদাদনা লৈবা, মচা নুপী পোকপা নত্ত্রগা লাইরৈ চৎপা মচা পোকপা নুপীগীদমক্তদি মরাল মথল অমনি। মসিবু হন্দক মপোক্কী নত্ত। নহানমক্কী মপোক্কী মরালদগী নুপী কাংবু অমদি ইমুং মহুংবু থাদোক্লবী ওইরকই।

নুপীনা মৈ ইরাংপা (হোম তৌবা) য়াদে (আপস্তম্ব ধর্মসূত্র. ২/৭/১৫/১৭)। নুপীনা লুগুন থাংবা য়াদে। ব্রহ্মচায় (পুম্নমক

থাদোক্নবা ) মুপীগীদমক্তদি ফত্তে। হায়বদি মসি তৌবদা অথিংবা লৈ। মরম অসিনা বেদ পাবা/থীবস্থ তৌহৈদে। হায়বগী রাহন্দোক্তি মহৈ মশিং তম্বগী লমদা মখোয়গীদমক্তদি অথিংবা লৈ। চুম্মতগী মপুরোইববু মশাগী মশক মভৌদা শুমহৎহন্নবা হোৎনবা অমদি মচা· মশু চাদা নাউদাবগী মমা ওইবতনা মুপী ওইবগী মহৈ য়াঙ্গবনি। থায়নগী ভারত্তা ওক্তবী লিংবগী চংনবীসি লৈরক্লমখি। মুপাশিংনা মুমগী মরুওইবী মুপীশিংবুস্থ মশাগী মিহৌলাং কোক্লনবা হোৎনরমখি অত্তুগা মহৈ মশিং হৈরবী ওক্তবী শিংবুস্থ। লৈবাক্লা নংপোগীদি অপাম্বা কোক্লবা থোঙ পুম্বা হাংতুনা থনমখি।

"বৃহদারন্যক উপনিসদ" তা হায়রি মতুদি কনগুম্বা মুপীনা মশাগী মপুরোয়বগী হকতিন্নবদগী অপাম্বতু মশানা য়ানা পেলহনবা ওমব্রবদি মপুরোয়বনা মাবু অহানবদা খুদোলপোৎ পীরগা পেলহন্নবা হোৎনগনি অতুগা করিগুম্বা অপাম্বা থবক্তু পাঙথোকপা য়াহন্ত্রবদি খুৎনা নত্রগা চৈনা ফুহুনা মহাকপু খুহুম চন্নবা হোৎনগনি (৬/৪/৭)। অস্নমা পামবু পামলবদি মুপীবু লোয়ননবগী চংনবীগী কয়াৎনা মুপাদদা পীরমখি। মুপাগীদমক্তদি মুপী লোনবা, লুহোংদনা লৌবা মুপী (লমদা মুপী থম্বা) অমসুং ওক্তবীশিংগা লোম্নিনবগী চপচাবা নীং· তম্বতু হন্না হন্না ইহুনা লৈ।

মুপীগীদি মথল অনিগী চংনবী খুনাইসিদা চংনরমই, অহানবদা নাইনুবী ওইবগী চংনবী অমসুং অনিশুবদা ওক্তবীগী চংনবীনা মুপীগী মশাদা করিস্থ মরল থম্বীদে। মপা অমসুং মপুরোয়বগী মরলদস্থ মখোয়গী চাকথুং থম্বীদে।

করিগুম্বা মওংগী মহৈ মশিং তম্বা, লন খুম তানবা অমদি মতুগী মহৈ ফংবা অতুগা অসিদগী হেনতুনা মশাবু মশানা পামজদবা হকতিন· নবদগী লাপথোকচনবা নত্রগা কনজনবা চাকথুং ঙাওবস্থ থম্লিমদে।

এইমরীক মুহ পুবা মিন, অমসুং য়ায়না শাথিবা চিলাংওমলবা চমু অমগী পাংখকনি (মৈত্রেয়নী সংহিতা ১।১০।১১, ৩৬৩)। মরম অসিনা মরাই মরামসিনা পুরা লৈতেংলবী অথোইবী নুপীসু মরাক য়াংপা মপাঙ্গল শোনবা নপীদগীসু হন্দনা লৈ (তৈত্তরীয় সংহিতা, ৬।৫।৮।২)।

পৌরিব। য়াফমশিংসিগী মচংদি সিনি মতুংদি নুপীদি অতোনবমি, মপাঙ্গল শোল্লি, নুপীদি মী নত্তে হায়বতনি। "শতপথ ব্রাহ্মণ" দা য়ুমবুরেলনা চারবা মতুংদা য়ুমবুবীনা চাগদবনি হায়রি মরমদি 'ভুক্তরাচ্ছিষ্টং বধ্বৈর দদাত্' ব্রাহ্মণোক্তি চাক চারবা মতুংদা লুখাক্তু নুপীদা পীগদবনি (গৃহসূত্র, ১।৪।১১)। শুদ্রদা (পুয়া) ফি ফুবা শেগায়-তুগায়না মীনাইদা পীবা অমদি চাবগী অরেম্বনা নুপীদা পীবগী চংনবী ইদুনা লৈ। মুমগী হুই-হৌদোঙ অমসুং নুপী কাংলুপ অমত্তগী থরায়পানবা অচংপনি। মরম অসিনা চাবগী অরেমথাক পীজদুনা মখোয়বু য়োক্‌থাকপনি। (আপস্তম্ব ধর্মসূত্র ১/৯/২৩/৪৫) দা হায়রি মতুংদি মচু মুবা উচেক, লংজা, খৈরোয়, উতিন অমসুং হুই হাংপবু লুরবদি মতুগী কোকখোক চামথোকপগী মখোই—মঙম তৌবা তাই, নুপী হায়বা অমদি অতোনবা কাংবুগী মীওই হাংলক্লসু মতুগী কোকখোক চামথোকপগী থৌরম তৌনৈ। হায়বদি সুপনগী নোংমক্ষত্রগী অরাবা কোংলোকপগী থৌরম তৌনৈ।

লংজা, খৈরোয়, উতিন, হুই, অতোনবা কাংলুপকী মী অমসুং নুপীগী মরক্তা শাস্ত্রদা খেন্নবা লৈতে, অমসুং থোরন্না খেন্নবা থম্মদে। মরম অসিনা খুমাইসিনসু থম্বিদ্রে। বৈদিক ভারত্তা নুপীবু মী ওন্না ওইনা লৌনরমদে। খৃষ্টগী মমাং ১২ শুবা শতাব্দীগী (চহীচা) খুমাইনা নুপীবু য়াম্না হন্থনা ইকায় খুম্নবা উৎলমখি, চহী ৩০০ দগী ডসি ফাওবদা হৌজিকী মতমগী "খুমাইনদসু" তৌঙানি তৌঙানবা মতংদা, তোঙান্‌ তৌঙানবা হিরমদা, নুপীবু অমত্তা ওইনা ইকায় খুম্নদবু লাক্রমখি।

১০

১। শৈরাংবা (কবি) অসীম সহানা মরক মবক্তা আদিলা মহুৎপবু হেক হেক থাগৎলি। হায়রমখি, অদিলা ফজনা ইরে, অহুবু মাগী মপুরোয়বা রফীক আজাদপুদি মহাকনা য়াম্না নীংজরমখি মরমদ মহাকীদমক্তগ মহাক্না ইবা ফাওবা থাদোকলমখি। অসীম সাহাগী অসিগুম্বা আদিলানা খে গৈ থাদোকখিবগী রাখলবু য়াম্না পুক্নিং চঙনা তমজখি। আদিলনা বাকুল রফীক অজাদপু য়াম্না নীংজে, মতুনা মাগীদমক্তা মহাক্না ইবা লেপথ্রবা অতুগা ইবা লেপথ্রবদা মপুরোয়বনা মহাকপু অহোয়নবা নীংবিবগা য়াম্না নক্কৃমগনি, হায়বাস এহাকী থাজবগী রাওমদা লৈ।

তশেংলবদা, নুপীশিংগী "মশাগী ওইজবা থাদোকপা" বু নুপা ওইবশিংনা য়াম্না পেনজে। কনাগুম্বা নুপা অমগীদমক্তা নুপী কয়ানা মশাগী মরি—মতা পুম্নমকপু থাদোক্লকবদি, মতুদা নুপাশিংনা পেল্লবগী ওমথৈ লৈজদে। মপুরোয়বনা মাগী লোয়নবীনা ইশৈ তৌবা পামদবদগী কনাগুম্বী নুপী অমনা মশাগী ইশৈগী শিনফম থাদোক্লবদ মাগী নুপাহুনা ওমথৈ লৈজবা হরাওনা পেনজে।

"কনাগুম্বী জগোয় শাবীনা নত্রগা লাইয়েকপীনা মহাকী শিনফম জগোয় নত্রগা য়েকপা লেপহল্লগা মপুরোয়বা ইবুংঙোনা য়াম্না লেমনা হায় মহুদি পুহোংলবদগীদি মীনা মহাকী নুপীবু জগোয় নত্রগা য়েকপা খোংপগী থবক লেপহল্লে হায়রনা। মপুরোয়বনা ইরি অহুনা আদিলা ইদ্রবতুদা শৈরেংবা অসীম সাহানা নুংশিবগী অথুম্বতু থীবদা ফংলমমলি।

কনাগুম্বা নহা অমগীদমক্তা লৈশাবী অমনা মদোম শিজরবদি নহাতু মতিন্দা অবাম্না কয়া কোওব্রবতু মবুক্নিংদদি পেজদবা ওই।

শ শোকক্ষ য়াৎলুবগী মথৈ তারমখিদে। পরম্‌গী মপুরোয়বনা হোটেলগী কা মযুংদা ম'গী সি: এ দা ইফম থোকপা ইহ্‌মুবা মতুংদা মহৌশাগুম নুমীদাগী চাফমদা কৌরমখি, চাননবা কৌবদা নহনা হায়বদি মথোৎ কারকপী নুপীগী অচাপোৎ ওইরমুবী হবচাংবু থ দে কুনা বথে ক্লমখি।

অহুগা মাযকৈ অমরোমদনা পরমানা কনাগুম্বা অমগী নুংশি লাংদা থুবে হায়নস্থ মবাল শীরকলমখি। অতোপ্পা নুপাগা মাপী হকচাংগা শোকনা শংক্রবদা মগা পুম্বহূ অমাংবা হেক ওই। ইমুং মনুংগী চেক মপান্দা কনাগুম্বা অমতগা নুংশি মিংচ নবগী খুদোংচাবা নুপীশিংদা লৈতে। মবমদি নুপীদি শুপনংগী মহাপী মপুরোয়বদি মখা পেনগদবন। আসওগা মীথা পোনবসিবু অপনা সেম্বা য়ানিংলমখিদে। ফিভমসিদা মহাকনা কোংদোকনিংলিবদি মীনি মহুদি কনাগুম্বী নুপী অমনা মাগী পুনসিদা কবিগুম্বা মতমদস্থ কনাগুম্বা নুংশি মিংচাননিংলুবা মযাওরমখি অহুগা অহুগুম্বা মতাংহুনা মবল হায়বা রাকমসি লৈতে। পুনশি হাযবসি মশা মশাগীতা ওইবনি। পুনসিগী লুনা মরা তাথন লৈখ্রবা অশেংবহূনা অপনা সেনগী খাইদগী হেনবা অশেংবা ফওবনি। "কনাগুম্বা মীওইবু কনাগুম্বা নিপা ওইবশিংতগী মরল নত্তে খুম্নাইগী লৈনরিবা মরি কয়া খওলবদস্থ ওইবা য়াদে।" তশেংলবদা মীওই কযানা রাকমসিবু য় নিংলকখিগনি!

নুপী অমা য়াম্না নীংখিনা ইশৈ শকপা হৈ। মাগী ইশৈহ্‌ তাক্লবদগী নুংা অমগা নুপীহুগা নুংশিরমখি। নুংশিনবদগী লুহোংবগী তাপ্পা লাকলবদা নুপাহুগী অহানবা খোংথাংগী অয়াবা পীবদি নুপীহূ ইশৈ মখা অমুক শকপা য়ারমদ্রে। চৌজিক ইশৈ শকপগী রাকমবু হায়রক্লবদা নুপীমচাহুনা মশাদা ইক্রায়বা থাদোক্লহুনা য়াম্না তপলবা মওংদা ইকায়—ইকায় হায়জরকনমখি— মশাব্দা শকচবা নত্তে ইমুংখকতদা মশকপনি। মসিগী মতুংদা মহাক মপুরোয়বগী নাপদদা মওংলগনি অহুগা মমেদদি মদোম মথম্মোইমুংদা। নুপীশিংগী চাউথংপসি অসুম হুম হস্তরকখি

অহুনা মতমথয়গী তুংদদি পুমলেপ লেপথিবত্রা নত্তনা ত.তৈ থোইদেবপা মত্তেং লৈত্রে।

পামজদা পামজদনা পোকলকলবা মাগীদমক্তবু অতৈ কম্রি মত্তেং লৈজদগে ? চাবোকশত্তগী মপান্দা লেপলিবা মুপাশিংগী মমুংদা চামদা অমা ফাওবদা পাম্নদে মহুদি পোকলকদৌরিবা মচামু মুপী ওইরকপা। য়াম্না মহৈ মশিং হৈরবা মুপাফাওবনমু "মশা মউ যবা ত.ত.ং" অমগী মহুত্তা করিগুম্বা "মচানুপা" অমত্তং যংক্রবনা হেন্না পামজৈ। ঐখোয়গী লৈবাক্তা লায়য়েত্তশত্তগী চাবোকশত্তদা মপুম্নোয়বশিং শোয়দনা লাকলগা লৈবা মথৌ তাহনজনিংত্তি মরমদি থা ৯ চুপনা মুপীনা অত্তোপ্পা হকচাং অমা মীরোন্দুনা লৈবা অমসুং চাবোকপগী অয়োবী খুদোং-থীবহুবু মপুরোম্নবনা হকয়েংননা য়েংহন্দুনা অশেংবা মওং খত্তহনবা পামই মহুদি মচানুপা নত্রগা মচানুপী পোকলিবা অমদি মহু পোকপদা অরাবা চৈনা কয়া খাংলিবী মুপীহুবু ইরায় হেক লায়না "তলাক" (খায়নবা) গী রাফম হেক্তা থাংগৎপিদনবা। খ.য়নবা হায়বা রাহৈসিগী খোম্থোক্তা কনাগুম্বা মুপা অমনা কনাগুম্বী মুপী অমাগী অরাবগী শরুক ১০০ গী মগুংদা শরুক অমত্তংসু খত্তবিরবদি অহুক হাকনা লায়খোকনা খায়নবগী রাফম হায়রকলমলোইদবনি।

২। মী অয়াম্বনা ফে.ত্তরিক ইংগ্লেস অমদি লেনিনগী লাই-রিকশিং নৈনরুরগা খুম্নাই শেমগৎ শাগৎপগী রাফম কয়া খম্নহুনা হায়রৈ মহুদি ম.ম্নবা খুম্নাই নত্তনা মুপীগী নীংতম্বা ওইথোক্তে। লৈবাকুন্দা মাম্নবা খুম্নাই লাকত্রিফাওবদি মুপীগী নীংতম্বাগীদমক লাও খোংলুবগী কাম্নবগী অফবা মচাক ওইরোই। মরম অসিনা মুপীগী অচৌবা "লৈবাক হৌকা ঈহৌ" অমগী লুচিংবশিংনা ওম্ন তৈন্নবা মায়ওন্দা নাথৈননা থবক নৌদনা লৈথোকই। মাম্নবা খুম্নাইনা মদেম লাক-চম্নত্তা মখোয়লীহুবু মপুক্রিং চিংশিল্লকখি।

১১

১। ইমুং-মনুং অনিমক মহৈ মশিং য়াম্না হৈবা ওইরমই। মজৈ, নিংথিনা লৈত্তেংলব ইমুংনি, যেংবদা চীংলেমলব যুমজাউদা হৈজিববী মতমগী পোৎচাকশিংদগী হৌনা অপিক অপিকপা কোল—লিক ফাওবা থমফমদা থম্লমখি। মাঙোলদগীনা তুমযম কা ফাওবা, তুমযম কাদগীনা চাকখুম ফাওবা হুগৎ—হন্দা চক্কুমা যেংলমখি অমম্বং উবদা কককপা পোকললকখি। মথক্ত যামলবা মপন লমগী পোৎ চৈতনা নিংথিনা লৈত্তেং-তুনা মথলনা য়ুমগী কাচিন কোযাশিংতু হেক য়েংলুবদা মীহৌবা পোকললকখি। ঐনা খনখি, অবাৎপা হায়বতু ইমুংসিদা বরিগুম্বা অমত্তা লৈরমখিদে পোৎযামদু উরুবদা ঐনা হায়ফেৎ মিপাইরকপতুদা অতুক যাম্বা পোৎ-চৈ, মমল য়াম্লবা সোফা, কমুং, ড্রেশিং টেবল, শো কেস, দেকোরেশন পীস, পরফুম, মেকপ বোক্স, টি, ভি, ভি, সি আর। যুমতুদা কোয়খি থিরুবদা অবাৎপা পোৎ অমথক্তংদি ঐনা ফঙখি লাইরিক অমথক্তং। লাইরিক অতুমথক্তংনি ইমুংতুদা লৈরমলিবা লাইরিক্কি মমিংদি—"হৌজিকী খোং-থাকপগী লোনচৎ"। মসি থম্লবদা ঐহাক চরম ফুনগৎলমখি মরমদি মু'মৎ চুপপা ইমুং মনুংগী থবক নোমলুবগা, চাকথোং ফোও তৌরগা কনাগুম্বী মুপীশিংনা মুংথিলদা নত্রগা মুমিদাংবাইহিরকদাইদা কমুংদা ভাইহাক পোৎথারমখি অমত্তুং লাইরিক অহত্ত্ব করিওমদা পানিংলগা পারমখি —খোং থাবপগী লাইরিক্কু। তিলহৌ থাকলগা আলু নত্রগা আলু থাকলগা তিলহৌ!

মতুদ। মহাক খোইনা লুংঙাইতবা তৌরমখিদে। হৌজিববী মতমগী মহৈ-মশিং হৈরবী মুপীশিংবা লাইরিকতগী অরং-অরাবী পোৎ চৈনা

হেন্না মমিৎ থুপচৈ। ঐনা মুম কয়া য়েংলুবদা উরকখিবদি ইংরেজী লাইব্রিকশিং অমসুং অহোংবা উপন্যাসশিং খরদু মুন্না য়েংলুরগা মথং মথং অসুম মথক লোমদা য়েংখৎনিংতুনা য়েংলুবদা উপুদা অচৌ অচৌবা লাইব্রিকশিংনা থন্না লৈরিবদু অপাকপা পাদবগা য়েংবদা পাদবা চুন্না উৎননবা থম্বনা হেল্লমখি।

হৌজিক্কী মতমদা মুপী মচাশিংবু মহৈ-মশিং তমহনবগী থবক চৎথনরিবসি, অয়ামবনা মন্নুম-মকৈ পানবদা অফবা মফমদা রায়থুংনরুবগী থুদোংচান্নবা ওইবতা মতৌই। মরম অসিনা কনাগুম্বী নিংডোল অমনা অফবা মফমদা রায়থুংগ্রবদি লাইব্রিক-লাইশু অমুক মখা তমথবগী রাখল ময়োল চোংখিদ্রে। মহৈ-মশিং য়াম্না হৈবী মুপীগা রায়থুনরগা করম্বা লৌশিংগী পুকৈদা তুরৈ-ইরৈ চেনবা লৈবননো খঙদে। মরম অসিনা হেন্দোক থোইদোকনা মহৈ মখা তমথবদা মপুরোয়বনা পুক্নিং থৌগত্তে, তশেংনা অরেম্বদা মতম মাংহনতুনা থবগদৌরিব্রা হায়রতুনা লকনবগী মিনোকনা মাংওইনৈ। অসুম তৌবদগী কৈথেলদা য়োল্লিবা অহোঙবা মথলগী উপন্যাসশিং পাক্নবগা নিংশিংলকপদি 'শা খোংবদা'' য়াইঙং কয়াম থাক্কনি হায়বসিতনি।

২। মমল য়ামদবদা অতৈ পোৎ ফঙলবসু ফঙদ্রবসু, মুপীদি মফঙলি—মশক যজবী গুমহৎপী দগীনা থবক গুবী মশক থীবী ফাওবা। মুরিৎ ফি-বোল ফুদবদা মশাগী শেম্ভোক য়াম্নদবী মুপীমচাশিং কয়া লৈবাকসিদা য়াম্না হেংনা ফংডি। কন্নিগুম্বা চাং ওন্দুনা য়োনবা তারবসু হাবেংগী অশেংগী শাদগী হেন্না মমল ফানা ফংডি।

৩। নেলসন মন্দেলাবু কৈগুমশঙদগী থাদোরকপবু হন্নাওদুনা মমিৎ চুপ্পা লাও খোংদুনা মীয়াম মরক্তা রাঙকরবা মুপামচাদুনা ময়ুম হল্লক্লগা কংলবা খোংহোক্লা মমাদা হায়ুরমখি, মচু ঙৌবী মুপী নত্তনদি অকৈ কনাগুম্বগা মুখাম্নরোই। মুপীগী অহৈ হৈরমগত্না নত্রগা হৈরমলোইত্রা, অমুক শেংদোকপা মখৌ তাক্লিব্রা নত্রগা নত্তব্রা,

মুপীমচাতুগী মওং মতৌ লোনচৎ ফত্রা নত্রগা ফত্তবা সিনচিংবা য়েং-ন্রিইভদা মুপাতু অমস্তুং মাগী অহল—লমম্না অহানবদা য়েংলমখি, মুপীমচাতু কুচু ভৌরিত্রা নত্রগা মুরিত্রা। মীওইবগী হকচাংগী কুয়োমগী মওংসি তশেংনা ক্রেমোজোমগী রাখলদা, অকোয়বদা লৈরিবা মহৌশা খুৎশেম ওইবা মওং, ঈশিং—নুংশিৎ অমস্তুং মফমশিংগী মখা পোক্লি। লৈবাক অসিগী অয়াম্বা মীয়ামশিংগী কুয়োমগী মচুদি লৈবাকশক্তায় মচুনি। অদু ওইরবস্তু মুপী অমগী মশাগী ফজবসি মশাগী মীওইবগী মচাকশিংতুনা নত্তে, শুপ্নতগী মহাক্কী উনগী অরংবতুদগী লেপলে। মহাক্কী মাতোন, মিৎ ১দি চীনবলগা ফজবতুদদা শাংথানরে। য়াম্না পিকপা শক্তক ফাওবা অচৌ—পিশক অমদি কুচুগী থেন্নবা লৈ। আফ্রিকাদদা নত্তে, অতুম্বা পৃথিবী (মালেম) গী য়ুমথোঙ খুদিংদস্তু অরোনবা মওংদা কুচুগী থেন্নবগী রাখল অতুম লৈরি। লৈশাবীশীংগী ফিজেৎ লৈত্তেংগুম্বা! খো—সাপোম্না শুদোক্লগা ভৌহনবা ভমলবদি মীওই কয়াগী অপেনবা ওইনি। ফিমন হুন্দাকথিবদা বনানস্তু মুংনাংবা লৈনদে। ফিজোল অনৌবনা পুন্নমক্লা হেন্না পামনৈ। মথৌ লৈরকলবদদা মশি শেং—চানৈ। ফিতু অতুক্কী মতিক ফজনা, নাম্না অমস্তুং হৈ-শিংনা তেরকলিবতুক শেং-চাবদা মুংঙাইবা হেত্রি। শীজিন্নরবগী তুংদদি ফিনা ফি ওইপ্নে অতুগা মীনা মী। শেৎনা চানবা ফি-রোলবু ফিয়ান্দা য়ানবদোনা মপুরোয়বগী য়ুমদা মাগী লোয়নবীবুস্তু শিয়ান্দা য়ান্দুনা থম্বি। মাগী মরুওইবা মথৌদি থবক শীজিন্নবনি।

৪। ঐনতুম থেংনবদা করি করিগুম্বা য়ুমদা মুপানা মশাগী মাইতৈ ফি, খেঙ মোজা, তাই, কম্ফোতি মশামক্লা থিজ-রবদি মতু মাগী লোয়নবীনা পেনজদে মরমদি লোয়নবীনা পামজবদি মপুরোয়বনা মাবু পাখোন অমা নত্রগা অমা ওইরবস্তু শীবিবনি। মাগী লোয়নবীগা নকনদ্রগা মপুরোয়বগী রাখলদা অপনবা ঈচেল লাকই, মপুরোয়বগী পুন্সিদা অহোংবা লাকই, অমস্তুং মপুরোয়বনা

মাগী লোয়নবীদা পেন্দবা লাকই মুরম হেরিনা হুমানবগী হিরম খুদিংদা মপুরোয়বনা মাগী লোয়নবীবু ভাইহাক লৈতনা মীংশিংবীরা পামজে।

করিগুম্বা হুতিগী ওইবা মথৌ তারক্লপা থুরক্তা মপুরোয়বা মকা মখন্তনা তৌজররকবা হায়বদি ঈরু-মাইথুবা, চাবা, থক্লবা, ফিরোল শেং—চাবদা, শুবা, চাম্বা, খোংউপ—শোজা খুথোক লেংদোহপা অমিং নচিংবদা মশাগী লোয়নরবী হুপীগী মথৌ তারেবক্রবদি মহুক্ত শাগীগী থুমৈকনদি খুদৌং থীনিংঙাইগী মশক ওইরকনি, মরমদি মপু মায়বনা মাগী লোয়নবীবু নীংথিনা য়েংবিক্রবস্থ থবক—থনাদদি হায়রিমিরকখম থেৎনই। নকনা লৈমিন্নবা, মপুরোয়বগী মমদা হুংজাইনা লৈরমবগীদমক্তা, মপুরোয়রবনা মাবু থাজহনবনা পাৱৈ লৌজরবী হুপশিংগী অমত্তা উইজরবা অশিংবা মানবা মথৌনি।

ঐখোয়গী খুন্নায়সিদা হুপীশিংবু করিম্ব লৈতবা ওইনা লৌইনা মহুদি মশাগী মমুমদা কাওবা মহুক্তা পুংলোনচানা জগোয় শাবা তাবনি। মামা তংহু—লৈতানা চেকশিন্না লৈনবগীদমক্তা ইমুং-মমুং কৌবা কুইনা কম্বাক্তা মীকুপ খুদিংগী মহাকপু পুংলোন চানা জগোয় শাবগী চাংয়েং লৌরি। মহুগী মহৈ ওইনা করিগুম্বা অকংবদা লাকবদি হুপীহুগী লৈজবা পুন্নমক পুমলোম্ন হেক লোয়লখ্রি।

১২

হুপাগী মশাদা "প্রোষ্টেড" হায়না কৌবা ক্লিশি মাকুম লোক শক অমা য়াওরি। চহী ৫০গী মথক্ত ওইরকবদা কায়বদি চহী ৬০শুবা শুরবা হুপাদা প্রোষ্টেডকী ক্লিমিত্রুগী মশক মওং ফাওবা হেনবা হৌরকই। শিকি ওইবা পোৎশুক অসি হায়মোর মনিগী লোঙচংবী করেঙ শাংডি।

কয়ানা অসিগুম্বা মওংগী মুংানবু য়াহন্নবানৈদমক অকনবা মাখল কয়া ফোংদোকনরকই। খুদম ওইনা, অহল ওইরকলগা য়েংবি, খোংৎপিনবা মীগী মথৌ তাই নত্রগা ঐখোয়গী রসূলুললাহ নবী (অল্লা) না মসিগী খুদম থখিরমই হায়বনচিংবা।

হকচাংগী ফিভম খরা কায়রকপদুনা মরম ওইদুনা মতম খরদি হকতিল্লনিংবগী চাংসি য়াম্না হেনগৎলমথি অদুনা মরম ওইদুনা কনাগুম্বা অহল অমনা চহী ১৫ শুরবী লৈশাবী মুপীদগীনা চহী ৩৬ শুরবী মপুং মরৈ ফাবা লোয়নববী মুপা ফাওবদা মুপান মিন্ননিংবগী অপাম্বা মশাদা লৈরমথি। মালেমসিদা লৈরিবা লায়না সিনা নারবা অহল অয়াম্বনসু চহী মতাংসিদা মুংানবগী লমদা খোংদানৈ, মিকুপকীদমক ওইরবা মুংানবগী মিহৌলাংদু হেক লোয়খিবদগীদি মশাদু মুপা ওইবগী মতিং য়াওদবা ওইরকখি, মতমদুদা মুপী মশাশিং লৈশাবীশিং অমদি মপুং মরৈ ফানা লৈশাৎ তমলবী মুপীশিংদুগী করি খুদোং থীবা ওইহৌনি মসি পুম্নমক্কা ইখং খংনরবনি।

কনানবু লায়ররবা ইমুংদা পোকচবী মুপীমচাবু কনাগুম্বা ইনাক কৈরাক খুম্নবা ইমুংদা য়োখোকপদা খওদ-উদা য়াওবগে। মতো অসুম তৌনা মুপীমচাদুগী মপুনাসগী থাদোবপা য়াম্রবা মথৌশিংদুবু মফম মরাং খওদনা সুপনতগী নোংমগী চাননবা চন্না অনি অমহুং শেংনা—ইম্নবা ফি খরগীদমক্তা কয়াদা পাইখ য়াওদবা মওংদা মপুনসি লেললিগবা।

ঐখোয়গী লৈবাক্তা অহল ওইবশিংগী মবুকনিং মরাং কৌবসি য়াম্না অহোয়নৈ। "পীর" হায়বসি ফারসি বাহৈ অমনি, মসিগী লোনগৈগী বাহন্দোক্তি অহল ওইরবা মুপা হায়বনি। লৈবাকসিদা ফুরুপ কয়াগী লাইনিংবা শাবা মুপাশিং য়াম্না লৈ, মসিদা "পীর" সু অমথকনি। ঐনা হেক খওজরবদা, মশাগী চহী ৬১ দা অসিগুম্বা অহল ওইবা লৈররোই মহুনা নীংতম্না ওম্ব তৈন্নলা থবক তৌবা ওম্লোই।

লৈবাক্কী লৈরক—কোনশাংশিংদা থংহৌদবা 'পীর' (অহল) হায়না খঙনরবা মীওইশিং কয়া থোরকলে, মথোয়গী মরুওইবা মথৌদি লুপী নহাদা কায়াম—মীংয়েং য়েংবনি। মকোয় থরাং শাংনা থাক-চীনগা, ফুরিং জোর্ন—জোন লাওবগী মক্কমদা শেল—খুম অমসুং লুপীবু শারাক তম্মবনা অহল ওইবগী মরুওইবা মরাক ওইরি।

"পায়না" গী অহল খাজা বাবাগী মমিং চহি থরগী মমাংদা লৈবাকসিদা য়াম্না শীংথানরমখি। লুপীশিংদা নত্তবা মীংযেং য়েংবগী পাউগী মরমদা মীবাম্না হেন্না খঙনরবনি। অম্বন্না তায়, অতুগুম্বা খাজা বাবাহুনা কৈতুমশঙদগী থোক্লক্লগা অমুক হন্না মাগী পীরগী কারবার (অহল ললে নব) দা অমুক হঞ্জিনখি। শিমুলিয়াগী পীর মতি-উর রহমানগী মমৌ লুহোংবা অমসুং নমজানমথেক্লবিবা ওসিগী পাউজেল চেশিংনা ফোংদোকনরকলিবনি। মরু ওইবা হিরম ওইনরিবসিনি। শরসিনাগী পীর নীংতম লালবু য়াম্না কন্না অয়েংপা পীরমখি। ওসিগী পীর অয়াম্বা লৈবাকশেম্বা কাংলুপশিংগী ফৌমায চাবগী থবক তৌরে। অটরশীগী পীর নীংতম লৈবাক্তা লেঙদনা লৈরগা নীংতম্বগী মায়োক্তা অকনবা থোম্নাও লাওরি। মশাগী লাইনিঙদা মমীং তাংলবা মীওইশিংদগী খুদোনপোং লৌরগা লৈবাকী ময়োলদা য়াম্না চাউরবা য়ুমজাও অমসুং পোংথোক পুথোকফম অমদি শিন্নাইফম লিংখক্লুনা লৈবা কনাগুম্বা মীওইনা ঙমফদে। অসুমনা তায়, অটর-শীগী পীরগী য়াথং ফংলবদা লৈবাকসিগী লৈঙাক মপুরেল ওইবা ফাওবা য়াই। "পীর" হেক হায়রকপদা হৌজিক্তি কনাগুম্বা মতিক লৈরবা লাইনীংবা মত্রগা অশেংবা পাঙ্গলগী শক্তমবু মিত্তা শং শংনা উত্রে। পীর হায়রগা লমচং নায়দবা, নত্তবা শাজং চংপা অমসুং লুপীশিং লৈবা মফমতা চঙ্গীরগা ওক্নবা শাজং চংপা অমসুং পান্দোংনবদা হেন্না পামশিনবা নিপাবু ওইর্না খঙনরে।

শিমুলিয়াগী পীর মতিউর রহমানগী মরিগুবী মুপীচুগী চহীদি গুপ্তভগী তরাহুমদোইতনি। মতিউর রহমানগী 'প্রোষ্টেড' কী কিশিহু চাউই নত্রগা চাউদে হায়বা থোইনা খঙলুবা লৈতে। কহবা লমচৎ চৎপা মীওইশিংগীদমক্তা প্রোষ্টেড কীশিহু চাউরমগনি হায়বগী মথৌ থোইনা তাদে। মুপা ওইরুবনা লাইনীং অমসুং খুন্নায়গী খুদোংচাবা ফংলবদবু করিগী চহী ২০-২৫ অমসুং ৭০ গী মথৌ তাগদৌরিবনো! মসিদা থোইনা খেন্নবা লৈত্রে।

মী খুদিংমক্কী প্রোষ্টেড কী কিশিহু চাউথোকপা নত্তে। 'প্রোষ্টেড চাউথোকত্রবসু লমচত্তা ওক্কবা ওইরকপদি অতুম ময়াই। অসিগুম্বা লমচৎ নায়দবশিংসিদি খুন্নায়গী থোঙ খুদিংমক হাংডি, মুপীশিংগা লোয়ননা ওক্কবা লমচৎ চৎপশিংবু লৈবাকশিদা থীনা ঙাংননিংঙাই ওইদে, হায়বদি তশেংনা মসিনি, নিপাগী নিপাথোকপগী মতিক মগাল ফুদোকপনি।

## ১৩

মসি চটটগ্রামগী আগ্রাবাদ খুলগী থৌদোকনি। জানুয়ারীগী থাবায়দা মুংথিলগী মতমসি তপনা তপনা মুমিদাংবাই ওইশিল্লকখি। খুলসিদা ঐদি অনৌবনি। কনাগুম্বা অমত্তমা নৌনা হোংলকপা খুলচুদা মুনিৎ চুপ্পাবা ফমচুনা মতম লেনবা ঙমনদ্রিবনি অদুবু ঐদি খুলচুদা মতম কুইনদগী খুন্দা লৈতাহুনা লৈবদৌনা তৌরে। য়াম্না খুন্দা লৈতাবদৌনা তৌরে হায়বগী রাদি শিনি, মতুংদি লমচুবু য়াম্না হেন্না

পামশিল্লুবগী মাখলহু ঐগোম্দদি লৈরমগ্রে। পোকপদগী ঐনা ব্রহ্ম-পুত্রবু শক খঙলকখি। কয়া য়াম্মা খঙবগে হায়ববু মাগী তোরৈ খুদিংমক মমুংতনা খঙলমখি, মাগী ঈচেল খুদিংমক থংডিং মপান্দা পৈখৎলিবা লৈঙোইগী শক্তম পুম্বা খঙলমখি। অদু ওইরবসু ঐনা খ্বাইদগী হেন্না পামজবা তুরেলদি ব্রহ্মপুত্রনি।

মতমহুদা ঐহাক আগ্রাবাদ খুল পু। কোয়থুং থুংনা য়েংলুদি। হায়ফেং চাউয়েং য়েংবদা, লম্বীগী য়েং—ওই অনিদা মখোল অনি লেন' মুমশিং, মখোল অহুমগী মুম খরতা মউই। ঐনা য়েংলুবা মতমহু নুমিদাংবাইরম ওইরক্রমখিদ্রি। মতম খরদি অম্মা হুম লেলমই, করিমতসু হৈনিংবা পোক্রখিদে নত্রগা থবক থানা ককাসু তৌননবগা থিনিংবসু লৈরমখিদে। অহুমনা অহুম ঐনা মতম লেল্লমখি। তাঙ্গাহুদা য়াম্না শাথিবা মীকপলোল অমা তারমখ। অহানবদদি ঐ মখোলহু মীগীরা নত্রগা শাগীরা হায়বা খঙলমখিদে। না থাঙ্গৎতুনা তারুরবদদি খঙলমখি মহুদি মীগী মখল তমগী মখোলনি হায়বা। মহু মীখোলনি হায়বদি খঙলমখি অদুবু খরা নুইরব্রবা তুংদদি মুপীগী খোঙ্গেলনি হায়বা খঙলমখি। তপনা তপনা ঐনা মায়বৈদোমদা চঙশিল্লমখি।

লাইরিক লাইশু হৈরবা ময়াই ওইবা ইমুং ওইবনা হায়বদি অরাকপা মীশিংগী ফমফমদা সোফা, লৈমায়দা গালিচা, টেলিভিজন, ফল্লাংদা লৈখিত্রবা মীওই অমা অনিগী অয়েকপা নত্রগা অনম্বা শক্তম থেংলমখি। মায়কৈ অমদা লাইবিক খরা, লিক্লিগী কোললিক অমসুং মনা-মযুম কংলকপগী শিলদা—মোনোগ্রাম অসিনচিংবা থেন্জুনা থম্বা মীয়ামদা উংনবা উপু অমা, পাঙল ইমুং খরনা য়াম্না পামজবা উংননবা য়ামনা পাবা মমল য়ামলবা ফিদাদা য়েকপা কাবাশরীফকী অনম্বা শক্তম পুক্লিং চিংশিন্নবা থমলমখি। অদুকী মখক য়ামনা চাউবা মক্কাগী 'লাইশঙ (কাবা) থেংপা ওমলবদি খুম্নায়হুদ

মাবু অহুক্কী মতিক ইকায় খুমনবা হেনগৎকনি। ঐনা থবথি মতুংদি অহুগুম্বা অহিকপা খোজেলসিং ময়াই ওইরবা লাইরিক-লাইৎতুং হৈরবা ইমুংগীতা খোক্কপনি হায়না। খোজেলসিংগী তুংইন্না থুরহুদা খুংলুবদা ঐনা উরুরগা অমুম্না ফাওরকখি। থুরদগী খোংজাও তাংদোক্লমথি মীওই ৩/৪ লৈরম্বসু উরুবদা থংলমখি, মখোয় ইমুংতুগী মীওই শিংনত্তে অমত্তা গুপনতগী ঐগুমনা মওং থওবা লাক্লম্বনি। মখোয়গী মশিংগা লাওথিবা খোজেলসিংগা ঐনা চাংদমননদা থরা থাৎলমখি। তাল্লমনবুদি অহুম মতৌনবনি হায়না মথললসি। খোক্লিবা থৌদোক্কু ইচম চমনা খোকপা থৌদোক নংলংদে, অহুগা ঐ নংনা নহুনা লৈরমলিবশিংহুদি অয়াম্বা মতমদা তারদত্তা লৈরিবা মওইরমগনি খল্লি। মখোয়গী খুংনাংবা মায়থোংসু উরুবদা ঐনী থওননবদা হেল্লা মতেং পাংলকলমখি মতুংদি অহুক য়াম্না কন্না লাও খোংতুনা খোকখিবা থৌদোক্কু য়াম্না শাথিবা মত্তে।

থৌদোক্কুদগীদি নৌনা লৈরহুশিংতুনা ঐডোন্দা কদায়দা লৈবনো, কদায়দগী লাকপনো, করি তৌরি অসিনচিংবা হংবনা হেক্না পুক্রিং চংলমখি। ইশাগী শমলঙ্গা মওং মতৌ তাক্লবদা থৌদোক্কুগী মরমদা থরদং খওলকপসু লোয়না পুক্রিংদা অপেনবা ওইরমখিদে। অকনবা অহিকপা খোজেলহুনা ঐবু মকমহু কাওবা চিংশিল্লকলিবহুগা ঐনা কমিরহুনা য়ারী শান্নিংবগী অকনবা ইথৌ অমা লাংলমখি। অহুবু কিত্তমনা য়াখিত্রে। য়াখলসি থন্দুনা ঐনা হল্লকখি মকমহুদগী মহুদি নোংমদি অহিকপা খোজেলদা মীকপখিবী তুপীহুগা শৌয়দনা উরমখিগনি।

মথংগী তুমিত্তা মহাকা য়ারী শান্নরমখি। তুপীহু চহী ১৬ দগী থোয়না হেল্লোই। চহী মত্তাংসিদা তুবলোংবগী তুমদা কৌয়থোরকপা তুপীগা উন্নহুনা তর্লোং থদাঙবা হারবসি য়াম্না ককনা মগকনি। তাঙাইহুদা ইমুংহুদা তুপীহু নত্তমা অত্তৈ কনা লৈরমখিদে। মাগী তুপাহু দৈবাক্কী লোয়নও কাবা মীনি। [illegible] [illegible] মতমদা

হল্লকপদা নুমিদাংদা হল্লকলমখি। নুপীহুগা লোয়ননা সহরদুগী হিংথাং-ফমগী, য়ুম শানবগী, স্কুল-কলেজগী, মহৈ মশিং অসিনচিংবগী থা ঙাওনরবা তুংদা ঙরোংগী থৌদোক্কুগী মতাং তাক্লমখি। নুপীহুনা করিমত্তা হঙ্গায়দনা মাগী মপাদা লৈরিবা চৈকমশিংহ্ উহল্লকখি।

ঐনা থৌদোক্কুগী মরুহ্ খংবা পামলমখি। চহী ১৮ শুরবী অমা অমসুং নৌনা শকখঙনবা অমদা অনিহুগী খুদোংথিবা অমসুং চিংনবশিংহ্ থাদোক্লগা হুপীহুনা ঐঙোন্দা হ্মনা তাক্লমখি— মহাক্না স্কুল অমা লোয়রগা কলেজ কাংগদবা মতমহুনা, ইমুং-মনুংনা মাবু মখোয়না পাম্বদা লুহোংবিরম্খি। লুহোংলবা মতুংদা মপুরোয়বনা মাবু নোংমদা ৫'৬ রক পান্দোংনমিননিংলমখি। অদুবু নুপীহুনদি মহ্ পামজরমখিদে। অহানবদদি মপুরোয়বগী পেল্লনবা খঞ্জহুনা মহাক মশা থাংদোকচরমখি, ময়ানা চীকখায়হুনা মাবু ওং—নৈরিবহ্ খাংজরমখি।

হৌজিক মাগী হকচাংগী থোঙদা য়াম্না অকন্দবা চৈনা অম্না পীরে। অহুনা মহাক্না ঙাকথোকপা নত্তনা অতৈ পাম্বৈ লৈজরমখিদে। মহাক্না ঙাকথোকলুবগীদমক্তা মাবু য়াম্না শাথিনা ফুবিরমখিবনি। থাউমৈ মরীনা শগোল শাজৈগুম মপুরোয়বনা মঙোন্দা মাগী অপাম্বা ফঙনবা য়ৈরকপদা মহাক নমহুনা য়াবা তারমখি। করিগুম্বদহ্ মহাক্না নীংঙাই তৌরমখি, শাউরমখি, লাউরমখি, কপ্লমখি।

"নঙোন্দা করিগুম্বা অপাম্বা পোকত্রব্রা" ঐনা হংলমখি। নুপীহুনা ইকায়জরহুনা সাড়ী মচিনা মখুত্তা চপলগা হায়রমখি, "কৈদো-নবু পোক্তদগে? পোকই। মহাক্না তপনা ঐবু লুনা—চান্না তৌরিবা মতমদদি পোকই"।

নপীমগাহুগী নহা ওইবগী অচম্বা মায়থোঙহ্ উংলকলমখি। "অদুবু মাবু কিহনবা নত্রগা ফু-চৈবনা ঐঙোন্দা অপাম্বহ্ পোকলমখিদে"।

"নঙবু করিগী ফুবিরিবনো?"

"মহাক্না কৌবদা ঐনা চত্তে, অহুগীনিদা।"

"অহুগীরা!

মুকহুবদি নঙোন্দা শাওনিংবককা পোক্লবত্রা? সিদগী হন্দুনা চংলিংবগী রাখলকা পুক্লিংদা শাংবত্রা?"

'করিগী চংলুগনি? মুবগী বাদি হদীসতা ইন্দুনা লৈরিবনি।"

"রাকমহুদি কনানা নঙোন্দা হায়রিবনো?"

"ঐগী ইপুরোয়বনমি।"

"নঙগী নপুরোয়বনা চুম্না হায়জে। হদীসতা কনাগুম্বী মুমগী মুপী অমত্তবু মু—হায়বা ঙা য়াওদে।"

মুপীমচাহুগী খন্দোয় লাংমুমদা চিংনবগী অমকপা কুয়োম অমা লাকপা হৌরকখি। ঐঙোন্দা য়েংলগা হায়রকখি, "অহুবু পুক্নমক্লদি অহুম মহায়নে!"

"মখোয়না লাম্না হায়জিল্লে, ওইদবা রা হায়রে রতন।"

মুপীমচাদগী মমিং রতন কৌরমই। মমৈদা ঐনা রতনবু য়াম্না নীংখিনা খঙহনবদা মায় পাক্লমখি। মদুদি মখোয়না মতবু লাম্না হায়জিল্লে হায়বা রাকমদনা। মখোয়না নঙোন্দা অহুম হায়না হায়বগী মরমদি নহাক্কী নহে মপুং ফাদে, নঙগী শোপ্পোক লৈরদে, নঙোন্দা নীংতম্বা ফংজদে অহনবনি। নঙগী নপুরোয়বনা নঙবু নমথাক তৌবিরে, পুম্নাইমিসনসু নমথাক তৌবিরে, কৈবাক্নসু নঙবু নমথাক তৌবিরে। মুমদা ফমদনা চাক—ইশিং খোংনগা নপুরোয়ববু লাংপা অমদি ফম্মুংদা মহাক্কী মমায় কারবা মিহৌবগী মৈরিদ, মুংহনবিবা নঙদা অমুক মক্ওইবা থৌ মন্না লৈজে। বদ্রিতবা মহাবদা কু—চৈদনা নঙগী হকচাংগী শক্ক পোলাং য়েথায়রক্লবসু অয়াম্বা মীয়ম্না ইনাকচিংবা মুকনা য়েংদনা লৈনবত্রে, কনাগুম্বা নপুরোয়বনা মাগী লোয়নবী মুক্কনসু মিংনা হকা কাওবা য়েংকজে।

থৌদোকসিগী মতুং মুমিং নিংনি ওবমা ঐনা মুমদা হল্লকপদা রতনবু অমুক্তং উম্লনিংবনবগী অকনবা ইমিল পম্না লোক্লকখি। মুমি তু লোয়শঙ পুম্নমক থবক লেপ্পা (ছুটি) ওইবা মুম্বিবনি। অতুক্তা ঐনা

রতনগী মমগী থোঙদা থিলজুবদা মাগী মপুরোয়না থেঙ হাংদোক-লকখি। ঐগী ইশক হেক তাবজুবদগী মাগী মীৎয়েংহ্নু শোংখিরমখি। মহাক ইমুং চঙখ্রে। মনুংগী কা মনুংদা মখোয় ঙনি রা য়াম্না তংগা তম্না ৱাংখৎনরকই অদুগা অমুক্ত নেমথনখি। মপান্দা ঐনা ঙায়রমখি। মনুংগী কা—মনুংদা মখোয় অনি য়ুম্লবা তম্না পুন্নরল্লবা মতুংদা অহানবদা রতন ঐগী মাংদা লেপলমখি, মতুংদনা মাগী মপুরোয়বনা। ঐনা রতনগী মপুরোয়বত্তু হেক উবমক্তদা পুবনিংদা থল্লকখি— মসিগী মচীনসিননিকো মাগী রুপীবু থবক মওং খঙদবী হায়না হায়বিরিবা, মথুংসিননিকো মাগী রুপীগী নৌরবা মশাদা শাথিনা চৈথম নায়হল্লিবা। ঐনা পুকানংদা মঙল মঙল মাগী মচিল ঙমদি মথুংতুদা য়াম্না মুম্না য়েংলম্ম্ব। ঐ তুমিল্লা রা মথা তারমখিদে মরমদি ঐগী ইমাং-মক্তদা নুমিৎ চপ হুংবদা মাগী রুপীবু যুবী—চৈবীরগা বপ—লাওহন্দুনা মীয়াম পুলহনখিবা নিপাত্তু লেপত্তুনা লৈরি। ঐহাক মিপাইবা পোক-লকখি মরমদি থুম্নাইসিগী মীয়ামনা নিপা ঙসিবু অরেম্বা মীওই অমা ওইনা থম্নবদা করিস্তু চিংনবা পোক্লমখিদে। মরমদি মহাক্কী মকোক অত্তু ময়ামদগী থোয়না হেন্না চাউবা নংজমদে, মথাদাংদা মঙোই হৌদে, মকি—মরোল চমোৎলরমদে, ইরাই শুদিংগী লাইশঙদা শাইশোন শোনবা লাক্কই। মীয়ামগা লোইননা নোক থেহ্না অদুম মরোইনৈ।

ঐনা রতনদা হায়রকখি, "ঙসিগীদি হল্লগেকো।"

রতন কংনোক তৌবা মিরেক তম্না নোকলবখি। মাগী মপুরোয়বা চঙশিল্লমখি। হনগৎ—হন্দা চৎলগা হায়রবলমখি। "অদোম্না নহাক রতনদা হায়বিরমখিবস্তু হায়। চুমদবনি। মীয়ামবু অহুম্না লাম্না থক তাকপিদনবা নিংশিংজরি।"

"ঐনা লালবা?"

"হয়ানকী বাপু ইন্দনবা তাকপিরম্মহুরনি"।

চীং—লেমলবা নুপাহু সোফা মথক্তা দমলমখি। ঐদুসু মানা ফম্মনবা হায়রমখি। অতুদগী বনংক তৌবা খোম্থোক্তা হায়রমখি, "অদোম তশেংনা হদী —নরান শুকপা পাখিক্রমালে।"

অসি হায়রমলগা নুপাহু থুনা ইমুংদা চংখিরমখি। অমুক খোক্রুকপদা মথুত্তা অথা অথাবা লাইব্রিক ৪/৫ পুথোরকখি। অতুগা মচিনবান্দা হায়ফেং হুংঙাইবগী মীনোক—অমুক্তং নেংকফেং তৌরিবা শকফমহু য়াম্না বানা হনজিলমখি। লাইব্রিকশিংসি পারগা ৎদোম ৗ লৌশিং ওইবিগনি। অদোম অসুম্বা মওং চাদবা বাঙাংশিংসি ঙাংলগা মীয়ামবু অরানবা লম্বীদা লমজিংবিগনু। অদোমগীদমক্তসু সিদা করি কান্নবা লৈরিবগে? মসি য়েংবিয়ু "অসি হায়রগা মহাক্না চৈথৈ চিংহুনা থমলিবা পরেংশিংহু পারমখি, করিগুম্বা মপুরোয়বনা মাগী লোয়নবীবু তিম্নিংহুনা কৌরকলবদি মহাক থুনমক মপুরোয়বগী মনাক্তা লাকদবনি। চাকথুমদা চাক থোংলমলবহু—অমা ওইরবহু পাঙলগী হদীস। অসিদসু নত্তে। মহাক্না অমুকসু পাথরকখি, করিগুম্বা মপুরোয়বনা মাগী লোয়নবীবু ফমুংদা ফমদিন্নবা কৌরক-লবা অতুগা মহাক্না য়াত্রবা অতু ওইরবদি মপুরোয়বনা শাউদুনা অহিং চুপ্পা লেনগ্রবদি নোং হেক ঙাত্রিফাওবা লাইনা নুপীহুবু তমখিবা মীচৈ (শাপ) তৌই। মসিসু পাঙলগী হদীসতা য়াওই। হৌজিক তশেংবা হদীস তাবিয়ু—"কনাগুম্বী নুপী অমনা ইকায়-শঙ্গোই হংবা থবক তৌরবদি, মহাকপু য়াতামিন্নকসু অতুগা অতুগুম্বী নুপীহুবু অচম্বা মওংদা থল্লা ফুবি—চৈবিয়ু।

ঐঙোন্দা থাজবা পোক্রমখিদে। ঐনা লাইব্রিকশিংহু খুংনা পায়থংহুনা য়েংলমখি, রত্নগী মপুরোয়বনা পারগা তাহনবহু, মহুদা বাহৈশিংহু ময়েক শেংনা ইহুনা য়াওরমখি। অহু ওইরবদা কাওবা ঐহাক্না থাজবা ঙমলমখিদে মরমদি অস্থক চাউথংলবা মতমসিদবু নুপশিংবু অসুক বাখল লৈত্রবা, ইকায় খুম্নবা য়াওদবা বাক্সোল কয়া

ইত্থনা শন্দোকলিবা অত্থুগা অসুম্না মওংগী মওংচাদবা লৌনচৎপু ওসিংগী খুন্নাইনা ফজবী ওইনা লৌনবিবা। খুন্নাইসিগী শকনাইরবা মীওইশিংনা য়াম্না থরায় য়াওনা, লায়নীং পুম্নমকপু মাঙ-তাক্লবগী থবকসু চৎথরি।

## ১৪

চক চক কয়াদগী নুপা শিংগীদমক্তা নুপীশিংবু অরোনবা মচাক ওইনা লৈরকলি। অসিগুম্বা অরোনবসিগী মরমদা শকপাম্ন্নোং ফজবী চমজবী নুপীশিংদি করি ওইবা তাবগে? কলিকতাদা ফোঙবা বঙ্গালী চেফোঙ "সানন্দা" (২৫, জনুয়ারী ১৯৯০) গী মথুমদা নমলিবা নুপীগী শক্তম অ-সুং মতুগী রাহং থরত্থনা য়ামদ্রবদা বরিগুম্বা খরা খওহনবগী মতাল পীবদা তেওবাংঙি মত্থদি কনাগুম্বী মথোং কাবকপী নুপীগী মওং মতৌথ'রকপদা, মহাক মশাগী মওংত্থ অফববু ওইরবসু ফত্তববু ওইরবসু নুপীবু মখোয়না মমল য়াওদবা নত্রগা মমল লৈতবা ওইনা লায়না লৌদে।

নুপীগী হকচাং, হকচাংদগী হেনগৎপা নুপীগী মিভম, চিংনবা পোকপা, হকচাংগী ওইবা অরুবা রাফমদা চিংনবা লৈবনচিংবা কোকহনবা—পুম্নমকসি কুইয়োম ওইরিবা রারীতুগী মরুওইবা হিরমনি। অত্থুগুম্বা মতাংগী নুপীগা মরি লৈনবা রারেং খুদিংমক চমশিন্নবদা য়াম্না হেনদোক থোইদোকনা কান্নবা ওইগনি। চেফোঙ অসিদা শৈরেং অমসুং খুন্নাইসিগীদা নুপী শৈরাংবীশিংগী করি ফিদা থাবিম্নিবগে, মসিদা হেন্দোক থোইদোকপা। মহুগী মতাংদা থোইদোকপা রান্নেং ইনম্রবা অসিদা নত্তনা লৈহৌরিবা থরত্থসু অত্থুগী অত্থনি। খুদমদি ফেশন (কে-মেবা), লিশাং শিংনা মথং মথং চৎথরকলিবা রারীশিং

থল্লনৈনবগী রাফমশিং শান্নখোংনবা, থোংথাকপা, মুপা-চুপীগী রারী-রাতাই শান্নবা, নাং অসিনচিংবা।

'সানন্দা' গী চেকোঙসিবু বঙ্গলা লৈবাক্তা খোঙদাফম ফঙহনলমখিদে।" চেফোঙসিদা করিগী অখিঙবা থমলিবনো, করম্বা রারেংদা অকাম—অচোপ কী রাফম য়াওরিবনো, মসিগী মতাং খিজিনহুমজিনলুবদা ঐনা ফংলকপদদি মিপাইবা পোক্লকই পুক্রিংদা। মুপীগী হকচাংগা মরি লৈনবা অয়েকপা শক্তম অমসুং মসিগী মরমদা থল্লা নৈনবদা লৈবাকসিদা অফ-ফত্তগী অরুম-অয়াঙ ওল্লিবশিংদা চেফোঙশিংসিগী অফ-ফত্তগী চাং ওনবগী থৌ মখোয়দা শিল্লরি—য়াম্না পেন্দনিংঙাইগী রানি। মরম অসিনা চেফোঙ অদুবু লৈবাকসিদা খোঙদাকম ফঙহনত্রিবনি। তশেংলবদা মসিগী মমাংদা ফেঙখিবা "মুপাগী চেফোঙ" দুবু লৈবাকসিদা খোঙদাহল্লকপদা কনানা কমদৌনা মায়োকনখিবা য়াওগ্রবগে।

মুপীগী হকচাংগী মওং, হকচাং ইনথংলকপগী অহানবা তাংবক অহুদগী অঙাং ওইরমবদগী চাউখংলক্লুনা লৈশাবী ফাজ্রিঙৈগী মতম, থাগী লৈশাং তমলকপা, হকতিল্লবগী মতাং, মীরোলখিবা মতম, মীরোললিঙৈ মতম, অঙাং ওইরকপদগীনা মখোং কাখংলকপা মতম ফাওবা, মাগী খোংকাপ লেপখিবা মতুংগী খুদোংথিবা অমসুং মতুগী লায়য়েঙ, অহল ওইরকপগী ফিভমগী। অহল ওইরকপগী মপাম্বোংগী শকতম, খোয়রাং খোয়শাউবা অসিনচিংবগী মরমদা করিগুম্বা নৈনবা থোক্লবদি বিজ্ঞাননা অখিংবা পীরকনি, লায়য়েংশঙনা অখিংবা পীরকনি, মুপীগী পুন্সিদা অপনবা পীরকনি।

মুপীগা মরি লৈননা তোঙান-তোঙানবা মওংগী মহাও লৈরবা পোংশিং ফাগী-জুগায়, হরাও-নুংঙাইবা, হঙ্গোয়নিংঙাই ওইবা, মুপা-মুপী লোনদিল্লবগী মরমগী ফজদবা চেফোঙশিংনা লৈবাকসিদা মীয়ামনা য়াম্না হেন্না থরায় য়াওনা পাক্ননবা হেল্লি। পরেং পরেং নায়না বজনা

লৈতেংনবা, "অভি সারিকা" 'জলসা" 'কামনা,' 'বাসনা,' '(য়ৌন মধু,' 'প্রেম তংগ,' 'রস কা হংবা,' অসিনচিংবা পোৎশিংসি লৈবাকসিগী অয়াম্বা মীয়াম্না য়াম্না পানৈ। ঐখোয়গী লৈবাক্তা অচোম্বা-অরেম্বগী চাং শুম্লিবশিংগী মরক্তা অসিগুম্বা মীয়াম্না পামনা ত্রিবশিগী মায়োক্তা বাহৈ অমফাও হায়বা তৌদে।

মখোয়না অকনবা খোঞ্জেল খোকপদি হবচাং ফবা অমম্ভং ফজবগী মাযোক্তা, বাশল লৈশিং অমসুং অপাম্বগী মাযোক্তা, পুন্সি অমসুং খুৎশা হৈবগী মাযোক্তনি। নুপীগী মবমদা য়াম্না মমুৎ তানা অফবা মওংদা মহৈ-মশিং তম্বিবা অমসুং লাইরেম্বগী মতাংদা করিগুম্বা থিজিন—হুমজিললুবা খোঞ্জবদি ঐখোয়গী লাইনাং পুরেলশিংগী অমাঙবা থোকপদৈনা তৌই। হৌজিক ফাওবদা মীয়াম্না থাজনরি মহাদি নুপীগী হবচাংদি শরু—শায়াং অমসুং তোংশা য়াম্না শোল্লি অহুগা থোৎসু থোংলি, মখোযদি মী অমা ওইবগী মতিক চাবা থৌনা লৈতে। মতৌ করম্না ফমবিগী ক্রোমোজোমদা (পা—পী থংনবগী) নুপা ওইনবা মহিক্কী 'এক্স' ক্রোমোজোমদা হিল্লহনা শিয়োমন্নংদা নুপা ওইন্নবগী মওং শাগৎলি, মসি খংলহনা করিগুম্বা মখোয়না নুপীবু অথুংবী ওইহন্নবা অহুগা নুপীমচাশিংনা নুপামচা ওলহল্লনবগী অপাম্বহু লৌবা য়ানিংলকত্রবদি নিংথিনা শেংদোক খোজ্রোকপীদ্রবা, ইকায় খুম্নবিদ্রবা অমসুং মীওং—মীনৈ তৌবিরিবত্রাদ করম তোরনি? মচা-মগু অহুগা মহুসু মচা—নুপা ফংনবগীদমক্তদি "শাহ জলাল" দগীনা "মোইনুদ্দীন" ফাওবা না য়ামনা থবায় য়াউনা হোৎনত্রবদি লৈবাকসিদা লৈরিবা লাইমীংগী লুচিংবশিংগী মোংফমশিং—শিনফম শিংগী মথৌ করি তাখিগনি? মন্ত্র-যন্ত্র শিবা অমসুং লাইগী তাশেংবা ঈশিংগী করিগুম্বদা মথৌ তারকত্রবদি লৈবাক শেম্বগী মিংদা লাইনীংগী. লুচিংবসী শিনফমদা লৈরবশিংদি কমদৌনি?

নুপী অয়াম্বনা অহুম খঙ্গে মতুংদি থাগী লৈ লাকত্রিংদো হকদিল্লবদা অকায়বা লৈ করিগুম্বদা মখোযনা সিমতু খংলবা মতুংদি থাগী লৈ-লাক্লবা মতুংদা নুপীশিংদা অখুংবী ওইরকই অদুগা মাগী হকচাংগী থোঙতুগী মতিক ওইবদি ব্রাংলি, অদু ওইরবদি মখোয়না মপুক্লিংদা য়াম্না নুংনাংবা অমা ফাওরিবতু কোকচগনি। অদুবু খুন্নায়-সিদদি নুপীশিংগী হকচাংদা অরাবা কোকপা ওইথোক্লবা সিদবু করম্না অমুক নুপীশিংবু খুন্নাইসিনা পুক্লিংগী নুংনাংবদগী নাম্থোকপা ঙমজগদগে ?

কনাগুম্বী নুপীশিংনা অহুম খঙনবতু মবৈ মতুংদি করিগুম্বা নুপা—নুপী পান্দোংনবদা নুপীগী মগাদা অরোযবা অপেনবা লৈতে হায়বা। শুপ্তগী মখেযসি নুপাশিংগীতা ওইনা মতেং ওইনবা লৈবনি। করিগুম্বা মখোয়না "সানন্দা" চেকোৎসি নুপীগী অবোযবা নুংঙাইবগী মতাংদা য়ামনা চেকশিন্না নত্রগা খঙজিন্নবদি নুপা থরদি অব্রাবদা অাবগী চিংনিংঙাই লৈতে। অদুগা মতাংতুদা 'সামন্দা' দগী নানথোক্লবশিংতুসু থোযনা অক যবা লৈতে।

চেকোৎসিদা হৈথোই—শিংথোইরবা মওক্ট কয়ানা নুপীশিংগী মরমদা য়ামনা কুপনা ব্রারোল কয়া ইরি। সত্যজিৎ রায়না হায়খিবা লৈ, "নুপীশিংগী মতাংদা ঐগী য়াম্না খংবগুম্ব—খংদবগুম তৌবা ব্রাখলদা থাজবা অমথক লৈ মতুংদি মখোয়সি তশেংবা মওংদা য়ামনা মবুকচেল চমজবী অমসুং অশেংবনি।" বীর সংধবীনা হায়খি, "নুপাশিংদি য়ামনা নাপল কাগল্লি মরমদি মখোয়দি পুমনমক লেংয়না খঙবনি হায়না করাম খঙবগে হায়ববু মখোয়না নুপীগী হকচাংগী অকুপ্পা শিংলি ফাওবনি। মরম অসিনা মখোয়না নুপীশিংবু য়ামনা নুংশিজৈ, মখোয়বু নিংখিনা য়েংশিনবিরিবনি, মখোয়দি নুপীশিংবু ঙাকপি শেন বরিবনি।" তশেংনমক ... মখোয়না খঙডি থাজৈশেংনমক হায়রবদি মখোয়না করি থোয়না হেন্না খঙদে অদুগা নুপীবুসু য়ামনা ব্রাংনা খঙডি।

মুপীমচাশিংনা চাক ঈশিং খোংগনি, চাদা-নাউদা শংদোক্লনি। শৈরাংবা মুপীগী মথৌ নত্তে। খুম্নাইসিগী চাউরাকনা অয়াম্বা মীওই-শিংগী মপুক্কিংদা রাখলসি চেনৈ মতুংদি শৈরেং ইনি নত্রগা কনা-গুরনা ইরবনা, মতাকনা মশাগী মপুক্কিং মরাং হৌবা অমসুং থাজবগা লোয়ননবা রুা ড্রাক্তমক ই নত্রগা ইরমখি। শৈরাংবনা করিগুম্বা মুপা ওইরবদি মহাক হায়ফেং ইকায় থীগনি হায়না হায়রকনি অদুগা মুপী ওইরগনা থরা ইকায় খঙগন্দে হায়না হায়নগনি। মুপীগী মশাসিদি মতম পুম্নমক্তা মশাগীদমক খুম্নাইদা অয়েংপা ওইহনবতা মওই। মরম অসিনা ময়ায় ওইবা চক্কী (যুগ) ভারতবর্ষদা লৈরগা শৈরাংবী পুম্নমক্কি লাইনিংবীনি। মখোয় পুম্নমক্তা হোংনরম্বদি মুপীগী হকচাংবু কারগুম্বা মওং অমা তৌদুনা লান্তোক্লগা মমিং থোন্দবা মুপানি মুপীনি খঙদবা ওইনা মীওই অমা উংননবনি! মুপাগী দি হকচাংগী থোড়গী খুদম থাদোক্লগা য়ম্মা হৈশিংবা য়েক খোৎপা মী ওইবগী নীংতম্বদা পুক্কিং থিংজিনবা ঙমলম্লরা? অদু ওইরবদি ঐখোয় মুপীশিং-তনা মুপীগী মরমদা করিগী রারেং ইরমলোইদৌরিবনো?

অহুমনা ইনৈ—মুপা মরুপশিংনা পামজবদি অসিনি মতুদি ঐনা থকনবা চা—১মুং চান—থকনবা শেমশাবা, ঈশিং গ্লাস অমাক্তক পাহনবন। মখেমনা ঐগী চা অমসুং যজবা শকুফমবু থাগুংকনি অদুগা শৈরেং খুদিংমক নত্রগা মতমগী শৈরেংদা ঐবু শরুক য়াহন-নিংদে। মীথলগী মহৈ, মহৌশা লুইরেম্বীগী মরমদা পীবা মশাগী রাখল নত্রগা শৈরেংগা লোয়ননা আডিয়ো ভিজুয়লগী মতাংদা ঐগী ইচিন্দগী করিগুম্বা রাফম অমত্তবু তনিংলোই।

অমুমনমু ইনৈ—ঐসিবু চহী লিশিং মরিগী মমাংগী বেদ মুন-খিবী মুপীমু ওইররোই হায়না। সংস্কৃতকী মহুত্তা প্রাকৃত লোনেবদা অপনবা পোক্লকখি। অদুগুম্বা অহল-লমনশিংতুগী খনবদা ইকায়নিং-ডাই নি, মখোয়মুনা মমদা মুপীবু ফাজিন্দুনা থম্বা মো ওইহনবা তমুং।

অমরোমদনা ওক্তবীসু ওইহনবা। অমবুনা লাইগী মনাইওইবী অদুগা অতোপ্পবুনা মীনাইনুবী ওইহনবা।

হকচাংগী থাদা অমাবা লৈবদা মুংডাইরহুনা মতুগী য়েংশিন্নবা অমসুং কায়াৎ চুম্নবগী শেম শাবগী মওংবু উরুরগা "তুকচৈ—তুকচৈ" হায়রনৈ, ঐনা তশেং—তশেংনা হায়জরমই মতুদি মখোয়না মুপীগী অনাবা থা অদুবু হুরান মিংয়েং তৌহনা মশাদা অপেনব পোকচরমগনি।

১৫

১। ফেব্রুয়ারীগী চৈচং ২১ গী মুমিদাংবাইরমদা বঙ্গলা একাদশীগী কোম্বোংদা চহী হেক থুদিংগী লোম্না ফজদবা থৌদোক থকা অহুম থোক্লকনবা মরাকথি। একাদশীগী থৌশিল পুরেলনা থৌদোকাম খওদে অহুনা মহাক্না মসিবু থিংনবা করিগুম্বা থৌশিল অমত্তা লৌথংখিদে হায়বগী বাদি নত্তে।

মরুওইনা মখোয়না কোম্বোংদা হেক্তা পুন্নি, মখোয়বু হেক য়েংবদা কোম্বোং মনুং চঙলিবোই নত্রগা থোক্লকলিবে, ই মিংঙি অহুবু তশেংনমক মখোয়না চঙসু চঙদে অদুগা থৌকসু থোক্লক্তে। চুম্না মখোয়না কোম্বোংদা মীয়াম পুনশিন্দুনা লৈবত্তনি। ইথং থংহৌদনা খংইন হেক ইনবদা ময়ামসু পুল্লপ হেক অমগা অমগা তুশিন্নৈ, অদুগা অমুক হৌগৎনৈ। মীয়ামগী ইম্বোক—ইনশিন তৌনবদুদ্রা নাম্বোক্নুনা মতাইদা তুহৌবদি মীয়ামগী থোংচং তুদগী হিংহৌরবনি মহাক। অদুগা ফিভমসিদগী নাম্বোকপা ওমহৌ জ্রিবশিংদি মুপীশিংনি। মপামচা থরদি মশিং অহুম অহুম হেনগৎলকথি, মখোয়দা মীয়াম

পুনবশিদা করিগুম্বা অপাম্বা পান্দম অমা লৈরে। ঐনা মসি হায়-
দোকপদা থোয়না চিংনবা লৈতে মতুদি বরিগুম্বা মীয়ামতুগী মরক্তা
কনাগুম্বা লৈশাবী অমা ভাঙবদি মতোন্দা মশিং থীংমদ্রবা খুৎশিং
থিংজিনকনি অতুগা মহাক্কী মথবাক, মবুক, মফৈগন অমস্তুং মনিংদা
খুৎশাশিংতুনা লামলকপত্থু চুম্না হকচাংগী ফজবা শক্তমতুগী নত্তে অহোয়-
ননা মপুক্রিংদা খাংংমদবা ইহৌ অমা পোক্লবপননি।

গুমিংতুদা অসিগুম্বা মওংসিদা মশাগী চহী ২১ — ২২ গুরবী নুপীমচা
অমা মীয়াম মরক্তগী থোক্লকখি। মহাকপু হেক উবমক্তদা, হৈ জিক্তা
শারমচং মাংওইননা খুনম থীনা নমখিবগা থাদোক্লক্লবী তুরোয়
ঙামলোয় তৌরবা থোংথাংদা লাক্লবী মাল্লি। মহাকপু হেক উবমক্তদা
হকচাংসি নিম্রমখি। বরিগুম্বা মসিনা ২১, ফেব্রুয়ারীগী য়াচংবা ওইরবা,
করিগুম্বা মসিনা লোলগী লৈবাক হৌব (আন্দোলন) গীদমক্তা মথরায়
কংশ্রবশিংতুদা ইকায় খুম্নবা উংপা ওইরবা অতু ওইরবদি মীয়ামসিনা নুপা-
নুপী হকতিম্নবগী মুংঙাইথোক্লগা অযবা মী শাতুনা ময়াম পুনমিন্নে, লাই-
রিকশিং য়েংনৈ, লৈনে, ইশৈ শকনৈ - "ঐগী ইবুংবু ঈথেংলক্তা
তাক্নখি" ... ভুকচনিংঙাইনি অতুগুম্বা বঙ্গালী শিংতু। হজোইনিংঙায়নি
.. ২১, ফেব্রুয়ারী ঈশৈতু চিন্দা শোনবা।

করিগুম্বদা কনাগুম্বী লৈশাবীনা অসিগুম্বা মীয়াম তিনবগী
নুমৈসি য়াঙক্লরগা মহাক্কী নুপী ওইবীগী হকচাং ব্রয়াংশিং" দা বরিস্থ
ঈথিল অমংতা মশাদা ফাওদবস্থ ময়াওই। নুপীমচা হায়যেং য়াম্না
মীয়াম তিনবতুদা কিজবদগী হল্লকপা ঐনা উরমখি। মথোয় হন্দূনা
চংখিরমখি। মরমদি মক্কমসিদা কন্নবা য়াম্না চাউথত্তবা শাজং চংথ-
রিবগে ছায়বতু মখোয়না খংলমখি। মীয়ামতুগা লোয়নক্লরগা হন-
খিবশিংতুগী মরক্তা থরনা য়াম্না থীনা শাউনবস্থ য়াওখি, থরনা ইকায়-
জরহনা, মক লুকথরবা ইকায়না চংখিবস্থ ময়াওখি। পুম্নমক মখোয়দা
য়াম্না শিংঙাদবগী মওংঙমই। 'নুপীগী হকচাং' ওইক্লবনা মখোয়দা

ফত্তবা মরাল ওইজরবদ্রৌনা তৌরে। নুপীগী মপোক্ হায়বসি ফত্তবা থবকসিং কোকথোক চামথোকপদ্রৌনা তৌখ্রে। ২১, ফেব্রুয়ারীগী নীংশিং থৌদোক্কগী মরাং খৈরবা নুপাশিংনা মখোয়গী পুসি খোঙলোয় ওইগদ্রৌরিবী নুপীবু ভুত্থম ইকায় খুমনরি।

হৌখিবা চহী কয়াদগী মসিগী মতাংদা মসিগী থৌশিলপুরেলদা কয়ারক রাকৎচখ্রে। অদুবু হিরমসিদা কনানা মখোয়বা মীৎয়েং য়েংবিরক্তে। কনাগুম্বা নুপী মচা অমনা থৌদোকসিবু থিংলবা অমদি মসিগী লমন খুমনবগী মরাল শীঞ্জিনরবনু রাফমসিবুদি কনানা কোকু-হনবা ঙমলোই। মরমদি মীয়ম মরক্তা শকলেপ্পা লুনা থোকুই, মহাক কনানো হায়বা? মরমদি নুপা মচা অমদা নুপা মচা ২০/৩০ না পুন্না হোৎচিনবনিনা। তোঙানবা নিপা অমা থক্তদা থৌদোকসিগী রাকৎলুবা য়াবা নত্তে।

করিগুম্বা একাদমীগী থৌশিল পুরেলনা হুমিংসিগী অফ-ফত্তবা মতিক থোকপশিংহু পুবা ঙমলোইদবা লৈরবদি ফেব্রুয়ারীগী লাইরিক্কা কুম্মেদা নুপীশিংনা অমত্তা ওহনা য়াওবা য়ায়োই হায়না ফোঙদোকপা ভাবনি। মখোয়বু ময় মগী শারাক তম্ফম ওইরক্তে হায়দুনা কনাগুম্বা নুপী থরনা মতুং হন্দোকলবনু মখোয়গুম্বী তশেংনা মরাইবকু থীরবা অতৈ কনা লৈরোই মরমদি মগীমু অরাবা খুদোংথীবগী মতম লাক্ল-বনি। নুপাবু নিংথিনা ইকায় খুম্নবিবগী লেনুংদু লৈত্রবা খুমাইনিংদা মহুগী ফত্তবা লোনচং ময়ামহুবু থুগায়দুনা থম্না মখৎ কোকহুরবনু অশেংবা অচুম্বা লোনচংকা রাখলদি লাকনি হায়না নীংবা য়ারোই।

২। বঙ্গলাদেশ টেলিভিজনগী চহী কুমজা শুবা মপোক্কী হরাও কুমৈ তৌবগী থৌরম অমদা ধাকা কলেজগী বঙ্গলা লোলগী ওজা অমসুং "বিশ্ব সাহিত্য কেন্দ্র"গী থৌশিল-পুরেল অবদুল্লাহ অবু সাইডনা সিনেমাগী মরুওইবা হেরো অফজল হুসেনদা হংখি, অদোম নামসি থংবিরা মহুদি অদোমগীদমক্তা বঙ্গলাদেশকী নহাওবীশিংনা

মতোমতা হুমিন্না নৈবা ঙমজরম্দ্রা ?” অসিগুম্বা মথোং চাদবা রাহুংসিদা অফজল হুসেন্না নোকনা নোকনা হায়রকখি, “অচিকপদা নহা ওইবীশিংহুনা রাখলগী মৈবা চিংহুনা লৈরুবগী মহুত্তা মাগী মমাংদা লাক্লগা হায়বদি অফজলগী মন্নাক অহুবাইদা লাক্রবদি মশাহুদা অকনবা ঈন্নিল অমা কারকনি। হুপীনা মরি লৈনবা অসিগুম্বা বরিন্থ লৈত্রবা কান্নীসি কনাগুম্বা কুইমগী মরুওইবা শক্তম লৌরিবা, লাই-য়েকপা মী, ফম্বাক কুম্মে ইবা মী, রাবেং ইবা মী, অমহুং মাংকা অয়াম্বা হিরমশিংদা য়াম্না মনুং হজিন্না নৈবা মীওইশিংনাদি য়াম্না ফজনিংঙাই ওইদে। কনাগুম্বা নাং—কুম্মেদা পুক্রিং লুপলবা মী (কলাকার) না হুপীবু ঙাইহাকী পুক্রিং নুংঙাইনবগী মওংদা লোয়ন-ববদি মহাক অহুনা হুপীবু মীওই অমা ওইনা থাজবা থন্বিগদবনি, ইকায় খুম্নবা উংপদা মতিক চাদে, অহুগা মাগী হৈশিংবগী মহৈ অমদি মহৈহুগী শং-শংবা শক্তম অমা ওইনা উংপগীদমক্তা চিংনবা পোকই।

১৬

ঐনা উরমখি মহুদি অশিরাইশী হুপী থরনা মশাদা গজ ২মগী ১২ শাংবা লৈরোং য়েকপা কি অমনা মশাদা য়ামহৈ। হায়ক্লেং য়েংবাদি মহু ইম্মকিগী মওংনি অহুবু ইম্মকি মকচিং কৈক্লে। মী কয়াদা হুংবগী ঐনা থওলে মহুদি, কিক্লেং অসি কুকা (হুপীগী মায়খুম) গী মহুম্বা শীজিন্নবনি চায়বা। লৈবাকী মরোল (শহর) দদি অসিগুম্বা কিক্লেং অসি নোংমা—নোংমগী শীজিন্নবা মহেনকাংলকখি। অমসিবু

শহরগী মায়খুমফি হায়না কৌনবা য়ারে। অহুগা হৌজিক খুদং-
দদি খোঙদগী তোন—কাউবা মায়খুম ফিনা কুপশিনবগী চংনবীগী
ঈচেল কন্না চেপ্লরি।

অসিগুম্বা ফিসিনা হকচাংগী শরুক খরা কুপশিনবশিদি সাড়ীগী
ফিজিনা কুপশিনবস্থ ময়াই। মরম অসিনা মসি করিগুম্বা অহেনবা
ফিজোল অমা ওইবা নত্তনা অতৈ করিস্থ নত্তে। করিগুম্বা অহেনবা
ফিজেত্তি মশাদা কেথোক—বৌথোকপা অমদি মুংঙাইথোকপা পোক্ল-
নবগীদমক্তনি লৈবাক অসিগী মুপীশিংনা ফি বাংনা শীজিন্নরক্লবা
অতুগা লৈবাক অতুগীনা ফিজোল অমগী মথক্তা অমা হাপচিনর্বাদি
মিত্তা য়েংতুমনা মুশিনবগুম্বনি। মসিদগী য়াম্না হেন্না রাখল পদেপদম
ঋঙহনদবগী মওং উংলকই। লাইনীং, খুন্নাই অমসুং লৈবাক্লা
করিগুম্বদস্থ মুপাশিংবু মতিক চানা ইকাই খুম্নবগী মওং উংত্রি।
লাইনীংনস্থ মুপীবু তাইবঙ মী অমা ওইবগী মহুৎ। মুপা—মুপীদা
য়াম্না শাথিনা খেন্নবা অমসুং খেন্নবগী রাখল পোকহল্লি। "মুরা
আহজরে"দা অস্থম্না ইল্লি— "হে মুপীশিং, নখোয় নশা নশাগী ৱুমদতুম
লৈম্নু অতুগা ফিজেং—লৈতেংতুনা, ৱুমদগী মপান খোক্লগা ফজবা
শকফম অমসুং ফিজেং লৈতেংতু কনাগুম্বা অতৈ লমলানবগী মমাংদা
উৎপদি য়াদে।" হায়বগী বাহুল্লোক্তি অমম্বা চক (য়ুগ) কী মুপী-
শিংগুম্না অতুম লৈম্নু হায়বনি।

ৱুমদগী মপান থোকপা হায়বসি মশাগী ফজবা শকপাম্থোং
অমসুং ফিজেং লৈতেংতু লমলানবা মুপাশিংদা উহনবা হায়বা নত্তে।
লোংতুনা থম্বা পোংতুদি অহোয়ননা য়েংনিংবা পোকই পুক্লিংদা।
মসিগী অচুম্বসি মীওইবগী পুক্লিদা মখল—মখলগী উহনা লাক্লবনি।

করিগুম্বা শোং অমবু অথিংবা পীরবা অচু ওইরবদি শোং
অহবু অমুক্তা মশক উথিত্রিবঃ অমগুম য়াম্না লোন্না অমসুং মীঙোন্দা
কোক্তদোকপা য়াদবা মওংদা মীওইবনা মতুমী "কওনিংবগী খোরাংবস্থ

থিংদুনা থম্বগীসু ওইবা লাইনীং অমসু হৌজিক ফাউবদা মায়পাক্লা ওইথোকপা ওইদে। মীওইবনা থাদোকনব—কোকহুমবা হোংনৈ, ফংননবা হোংনৈ, লৈবাক, ঈশিং, অত্তিয়া অমসুং তশেংনা তাইবঙ মীবুসু। মীওইবগী রাখলমক্তি মরোল নাইনা কুপনা খন্তবা অমসুং খন্নবগী থবক তৌবনি। মীওইবগী রাখলতনা করিগুম্বা মওংগী অরুবা রাকম অমসুং কুয়োমবু মথং মথং নাইনা কেংকহনবা ঙমই।

ফজবা—মিহৌবা হায়বসি নুপীগী মগ দত্তা লৈতে, নুপাগী মশাদসু অতুম মরে। অদু ওইরবদি করিগী মায়থুম উত্তগী চৎনবীসি নুপীতগীতা ওইহল্লিবনো? নুপাগী ফিজেৎ—চাকচেৎ ফজবদসু নুপীগী মিতাকম অতুম মওই। (হুবচাংগী তোঙাম—তেঙাম্বা থোঙ পান্নবা নহা নুপা—নুপীগী হকচাংদা হকশেল কাংলোনগী মতুংইন্না অনিমক ইমান মান্নে। অদু ওইরবদি নুপীগুম নুপাসু মশাপুংহু যিনা পুমখুম থুমজিনবনা ফে। মীওইবমা থরায় পানবাশিংদা অরাবা পীবনা মরম ওইদুনা নুপানা মশাগী মরালবু মশানা লোংশিনবা পামজে, অদুনা মতমতুবু য়াম্না চিংনদনা "অমবা যু" (চক) হায়না বৌবা য়াই। অমম্বা হেক লোয়খিবদা মীনা মীগী মরুপ ওইনৈ। নুপা অমসুং নুপী অনি পুক্তচেল তিম্নবা লৈমিন্নবনা পুনসিবু হুংঙাই য়াইব-হল্লি অমসুং মহাউ লৈহল্লি। অদুগা অদুমনা নুপাগী মশাম্হোংগী লৌনম লাংগৌদমক্তা যিজং খন্নরুবগী থোয়না মথো তাদবা অদুগুম, নুপীশিংদসু মথৌ থোয়না তাদে।

হৌজিক্তি আরব লৈবাক্তী য়াম্না মফম মরাং থঙত্রিডৈংগী মতমদু নত্রে। অমম্বগী ফিজং হায়দোকত্রে। বিজ্ঞানগী থমথেংলবা মতম-সিদা মীওইবনা চাউখৎপগী পন্দোল লোমনবা কাখৎনরবলিবনি। মীওইববু মরম চাদনা হৌজিক নমশিন খুমজন তৌতুনা থম্বগী মতমদু নংলকত্রে। ফিজং মরুমদা হায়বদি খুমজিন্নুনা থম্বগী রাহন-দোক্তি হকচাংগী হৌগৎলকলিবা কয়াৎ খুদিংমকপু শোগৎপা, য়াম্ন

হৈশিংবগী মওং, চেকশিনবা অমস্তুং হবচাংবু পামহনবা পোকহনবনি। হকচাংদগী হেন্না মরুওইবদি মীওইবগী মথৌনা হেন্না মরুওই—হকচাং অমস্তুং কয়াংশিংগী ফজবা মীওইবগী মতৌ।

লমলানবা নুপাগী নত্রবা মীংথয়েং য়েংনবা অথিঙবা লৈরবদি ফিজং মরুমদা খনজিনহনা অথিংবা থম্বনা কান্নবা ফংলোই। অথিঙবশিংদু লানথোক্লবা অতোপ্পা মতেং শেংয়দনা থিন্নরক্কনি। পর্দা (ফিজং মরুমদা) থম্বগী চংনবীনা তাইবঙগী করিগুম্বা নুপীগী ইকায়—খুম-নবা মাংহনবা, নমজা নমথেকনবহনা, খুৎনম খীবিবা অমস্তুং নুপী হাৎপবু থিংবদি ঙমলোই। নুপাশিংগী নুপী তিন্ননিংবগী অহেনবা ময়াইদুগী মাতক থোকপা পুমনমক নুপীনা খাংবা তাবনি। নুপগী হকচাংদা লাইনীংগী ওইনা লৈনদবা অমদি চেনগদবা মংংদি নুপাগী য়াই-ফনবা য়াইফনবগীদমক্তা শেম্বিবা নত্তনা অনৈংবা অতৈ বরিস্থ লৈতে।

শেংলবা হদীসতা অস্থম ইরি, "নুপী হায়বা কাংলুপসি য়াম্না লোম্না—থুপনা থমগদবা পোৎ অমনি। করিগুম্বা মসিনা ফিজংগী মপান্দা হেক থোক্রককলবদি শৈতান্না মহুবু নুপাশিংগী মিৎয়েংদা অথুম—অহাউগী ওইবা অচাপোৎ ওইনা উরকই।"

নুপীস্থ তাইবঙ মীনি। নুপানা তাইবঙ মী ওইনা লৈবহুগুম্বনি। নুপীসি করিগুম্বা য়াম্না গুমহংনিংঙাইগী মশক ওইরবদি মহুবু য়াম্না গুমহৎনিংঙাই ওইবা মওং ওইননবগীদমক্তা শৈতানগী মথৌ তাদে। নুপাদা করিগুম্বা লমচত্তা অকায়বা লৈরবা অতু ওইরবদি নুপীবু ফিজং মরুমদা লৈগা নত্রগা লৈতবগী থোয়না মথৌ তাদে। শোয়দনা মান্না নুপীবু শরক তমনবা লাক্করক্নি। মরাল্দু নুপাশিংগীনি, শৈত্তানগী নত্তে। মরাল লৈরবা নুপাশিংগী করিগুম্বা মতিক ওইবা অমত্তা লৈতে মহুদি মখোয়না নুপীবু ফিজং রাংমদা থীনা হায়নুনবগী।

মীওইবনা নিংথিনা মহৈ হৈহৌদ্রবনা, খুন্নায় অমস্তুং লৈবাকী মরমদ নিংথিনা থম্না—নৈনহৌদবনা ফত্তবা বাঙাং—ব্রাত, ম্নান্না

মল্লবা অমসুং হল্লোইনিংঙাই ওইবা য়াখল্লোন চেল্লবা অহোয়ননা য়াম্না য়াখল পিকথবা মশাগী লাইনীংছুনা মহেল্লে হায়না খল্লবাশিংছুনা মীওইববু মতিক হুম্বহনবা নত্তনা হেনগৎহনবগী য়া লৈতে। মীওইবা চাউথৎলকলে, ফি—রোল শীজিন্নরকলে। অসিগুম্বা ফিজেৎসিগী অফবা অমসুং ফত্তবা অনিমক্কী ঈচেলগী মমি তাই। অসিদনত্তনা মরম লৈতনা করিগুম্বা অমত্তা কান্ননিংঙাই ওইদে। অমরোমদা হেনগৎলক্লগা অমরোমদনা হুন্তরকই। মায়কৈ অমরোমদনা ফিজেৎ য়াম্না মথৌ তাই, অদুগা অমরোমদনা যিজেৎকী য়াওদবসু য়াওই। মায়কৈ অমরোমদনা চান্ননবা অহেনবা য়াম্না লৈবা অদুগা নাকল অমরোমদনা চরা হেনবসু য়াওই। মায়কৈ অমরোমদনা য়াংল-য়াংলবা মুমজাও কয়া অদুনা মায়কৈ অমরোমদনা খাংপোকশঙশিং, তাংজক্কম থিবশিংগীদমক্তনা রেল গাড়ী খামফম অমদি লম্বীগী নাকল।

মান্নদবা হেনগৎলকলি। মসিগী মরমদি লাইনীংদা খেন্নবা লৈবননি। খুন্নাই অমদি লৈবাক্কী য়ায়েল থৌদা তৌরিবশিংনা অসুক চাউনা খেন্নবা লাকলিবসিগী মায়োক্তা করিসু তৌবা ঙমদে। করিগুম্বদা চুমদবা লোনচত্তা হেন্না থৌদোংলুরবনি করিগুম্বা থৌনা অমত্তনা মতুগী মরু ফুকতোকপা ঙমলোই।

১৭

১। মহাক খাংপোকশঙদা চাউজরকলবী মুপীত্তানি। চহীগা চাউবগা চাউবনা হেল্লে। করিগীনো খঙদে, চহী শরুক ঙনি হেন্না হল্লবা মুপা অমনা মুপীমচাত্তুবু অহাম্বদা খঙচিং চিংশিনখিরমথি। অহান্না

মথৌরি পায়রগা ইনথুরনখি। মহাক খাংপোকশঙগী কল্লাংদুদা মমায়না উপশিন্দুনা তুশিনখিরমখি। হেক তুখিবগা থুনমক মাগী মখাংদা চৈনা অনিরক কনবিখি। অদুদগী মশম পায়রগা ইমুংদা চিংশিনখি মুপাদুনা। মুপাদু মহাক্কী মপুরোয়বা ওইরমখি।

থৌদোকসি উরুবদা ঐহাক মীপাইবা পোক্লমথ পুক্নিংদা। লায়রেংবা অমা ওইনা অদুগা লৈবাক্কী অহানবা মখলগী মীওই অমা ওইরুবনা ঐনা অনিগুম্বা মীওং—মীনৈ অসিগী মরমদা ফোংদোকপা বরিঙ্গী ওমলোইদৌরিবনো? ওক পায়দুনা ঐবুসু ইপুমখি, ঐসু মায়না য়েংশিন্দুনা তুরমখি, কোক কায়দুনা ঈ থোয়রবখি। লৈবাক্কী চংনা—লোনচংকী চেগী মতুংইন্না ঐহাক অহানবা কাংলুপকী মীওই অমনি। অদু ওইরগসু মতুনা বরি তৌনি, ঐসু মুপীনিদনা।

খাংপোকশঙদা লৈবী মুপীমচাদুদা পীরিবা লুহোংবগী চংন-লোমচংতু ঐগীসু অদুমনি। মুপীমচাদুগী মপুরোয়বদুনা অপাম্বা মতমদা মুপীদুবু "খায়নরে, খায়নরে, খায়নরে" হায়না হায়বা ওমই অদুগুম্বা ঐগী ইপুরোয়বদসু মসিগী খুদোংচাবসি লৈ। ঐগী ইপুরোয়বনা লৈবাক্কী চংনা—লোমচংনা য়াবা মতুংইন্না অমমম ওইনা লোয়নবী মরি পুন্না থমদুনা মশাগী অপাম্বা পাঙথোকপা য়াই।

ঐনদি তৌবা য়াদে। খুঙ্গংগী মুপীমচাদুনা চাক চরা অমা ফঙনবগীদমক্তা অদুগা চহী চুপ্পদা মশাদুদা কুপনবা যিজেল অনিগী দমক্তা লৈবাক্তা উপত্তুনা খাংলি, অঙাংশিংবু শিল—কাঙ য়োকপ-দৌনা চাউনবা য়োবলিবা অদুগা ঐগা করিদা খেন্নরিবগে? ঐনসু য়ায়া অবাবা খাঙনা মুম পানবা হায়বা লম্বীদুদা চংননবগী কোল-লিক, ফমুং—ফামুং লাংদুনা লৈরবনি।

খুঙ্গংগী পাঙথোকপগী মায়থোঙ লাংশিনবী মুপী মচাদুগী অরাবদু উরুবগী ঐসু পাংথোক্তুনা মায়থোঙ লাংশিল্লমখি। ঐগী ইখুাংদসু মুপাশিংনা শেম্বা খুজাই—লোনচংকী হৈবুদুদ। ঐ অমসুং কনাগুম্বা

চুংঙাই য়াইফবা নুপীগী মরক্তা, মহে—হৈবা অমসুং হৈতবগী মরক্তা, খুন্নংগী নুপীবচাক্তগা ঐগী মরক্তা করিগুম্বা খেন্নবা করিস্থ লৈতে।

মরা নত্রগা মপুরোয়বা হায়বগী বাহন্দে।কি মপু হায়বনি। কনাগুম্বী নুপী অমগীদি মপুরোয়বা হায়বসি মঙাকী হকচাং তংখায় ওইরবা ফাউবদা মপুরোয়বদগী মাগী হকচাংগী তংখায় ওইদে। লৈ মনৈদা "অর্ধাংগীনি সহধর্ম্মিণী" হায়বগী ওন্ন—হৈনবা মপাগী অমা লৈতে। ইংলেণ্ডগী মহৈ হৈরবা ইুরার্ট মিল (১৮০৬—৭৩) মাগী "দ সবজেকশন অফ বুমেন" (১৮৬) কৌবা লাইরিক্তা অহুম ইরি, "হৌজিক্কী মতমদা লুহোংবা (নুহোংবা) হায়বসি মীনাই ওইবগী চৎনবী লৈবগী অমত্তা ওইরবা হৌজিক হৌজিক চৎনরিবা লোনচৎ অমনি। ঐখোয়গী লুহোং—কৈহেনবগী চৎনা—লোনচৎসিনা মী তমগীদমক্তা মাগী মতিক খোবপা তৌবা ওঙ্গী খুদোং—চাবা ফংহনা লৈরি। মপুরোয়বগী মতিক খোকপা মঙলি অমসুং খোদাবা, বারক—মাতেম্বনচিবা খুদোংচাবা ফংলি, থায়নবগী অমসুং লুরোন্নবা হায়বা য়ায়া হঙোইনিংঙাই ওইরবা থবক্তগী কোমনা।

২। মপা—মমুমদা পোক্লগা মকু—মমুমদা মংলি লেনবা, মতিক খোকপা মপোক—মচৈ মণ্ডফমশিং ন বল অনদগী ফণ্ডলবস্থ হেন্না ফঙবগীদমক য়াথোক্লবা। মসিগী মওং অসিদি খেংলু, খেংলুবা খোকলু খোকলুবা হায়বস্থনি।

(মৈত্রেয়েনী সংহিতা)" (৪,৬ ৪) দা অষ্টম হায়রি, "নুপীনা হেক পোক্লকপদা মীয়ামনা হঙোইবা মীৎয়েংদা য়েংনৈ, মহাক্তি খোঙইনা তৌননিংঙাই ওইবা লৈতবা মচাক নত্তে।" মরম অসিনা নুপীদি মশাগী ফণ্ডফম খোকপগী মতিক ওইবশিংহু ফঙবদ, নুপানা ফঙডি। মচা নুপীদি অতোপ্পগী মুমদা চৎখিগদবনি অহুনা করিস্থ লৈতে, অরেম্বনি।"

"তৈত্তেরিয়া সংহিতা" (৬, ৫, ৮, ২৭) তা অস্থমনা হায়রি, "হুপীনা মশানা মতেং ওইহনা ফঙজরিবা অহুদা য়াইওইরবা অকনবা মহাউগী ময়াই অহুনা পেনজদে। মরম অসিনা শুমদোক্রবা মাথন্না মহাউ য়াওবগুমলে। মহাক্না মপাঙ্গল লৈত্রবা মতমদা মখোয়না মাবু শীজিন্নরমই। মরম অসিনা হুপীবু 'থরায়—পানদবা' হায়বদি মপাঙ্গল লৈতবী ওইরে, মখোয় য়াম্না হন্থবা থাক্তগী ফাউবা হন্থনা লৈহল্লে। অহুনা মখোয়দি মপা—মপুগী ফঙফম থোকপা শরুকস্ত ফংদ্রে হায়বদি করিগুম্বা মতিক ওইবা অমত্তংগী মতিক ওইবা ওইদ্রে।"

লাইনীং পুবেলশিংগী বাখল মতুং ইন্না "হুপীবু লেম্না পীথোকপা, য়োন্থোকপা—থাদোকপা তৌনৈ তৌইগুম্বস্তং হুপা (পিবা) বুদি লেম্না পীথোকপা—য়োন্থোকপা—থাদোকপা তৌনদে। মরম অসিনা পিবানা হাম্নগী মপুগী মহুৎ শিন্দুনা লন—থুম ফংবা য়াই, নিঙোলদি য়াদে।

বঙ্গলাদেশ পাঙলগী ইমুং—মনুংগী লোনচৎ (Bangladesh Muslim Family Law) ১:৬১ (মহুবু লায়নীং লোনচৎকী মওংদা চৎনরিবা) অহুগী মতুং ইন্না নিঙোল অমনা মশাগী লন-থুম শরুক ফঙলিবহু, পিবানা ফঙলিবা শরুক অমগী খায়বোক ওইগদবনি। মপা মমা অমত্তগী মচাশিংদা অস্থমনা খেন্নবসি লৈরবদি পুন্সিগী হিরম থৌরম থুদিংমক্তা খেন্নবা লৈবা ওইথোক্তবা নত্তে।

মপুরোয়বগী মরল মথুমগী শরুক ৮ মাগী হুপীনা ফঙভি, মচাগী মরলদগীনা ৬ অমস্থং মপাদগীনা মচানুপী ওইরুবগীদমক্তা মচানুপাগী শরুক্কী তঙ্খায় অমা ফঙভি। মীয়াম্না ভাংনরিবা নিঙোলদি মপা অমস্থং মপুরোয়বা অনিগী মরল—মথুম ফঙলবদা য়াম্না কান্নরনি হায়বগী খাকমহু অরানবা রাকমদা মুক্তম—ওইহনা শাগৎলগা ভাঙনবনি। মরমদি ইমুং অমদা করিগুম্বদা মমা, মচানিপা অনি, মচানুপী অনি লৈরবদি মমানা লন থুম পুংমক্কী ১গী শরুক ফঙগনি। হায়বদি লুপা অমদা আনা অনিনি। লেমহৌরিবা আনা ১৪ অহুনা শরুক

অহুম থোক্লা য়েম্বোক্কনি হায়বদি পিবা অনিথুগী শরুক অনি অহুগা নিঙোল অনিথুগীনা শরুক অমনি। পিবা মচিল-মনাওশিংনা ৪.৬ আনা অমসুং নিঙোল মচিন-মনাওশিংনা ২.৩ আনা অসিগী তুংদা নিঙোল অমনা মাগী মপুরোয়বগী মরন্দগী আনা অনি ফংলবদসু মাগী মবুং-মৌপনা-শিংনা ফঙলিবা শরুক অহুগদি চাংতম্নবা শুকযা য়ারে ই।

লৈবাকসিদা নিঙোলনা মশাগী শরুক নিরকপসি অযবা মিৎয়েংদা য়েংনদে।

মমৈদদি অহুম ওইরকলে মহুদি মপা মপুরোয়বা, মচানুপানা কয়িগুম্বদা লন অমত্তা হুপীনা ফঙদবা ওইমা।

মপাগী মখুমদা লৈরিংদনা মপুরোয়বগী য়ুমদা চৎননবগী দমক্তা অতংপ লৈতনা তাকপী তরীরে। অহুগা মপুরোয়বগী মখুমদা মপুরোয়বগী শুপগী বাহৈ অহুমদা মাগী মখুম কায়রে। মাগী দমক্তদি মপাম অমসুং হুপা মখুম অনিমক পম্পেফম লৈতবা ভাক্লা ওইরে। হেক পোক্লকপদগী কংখোক্তুনতা লাক্লবা পুক্সিদা হুপীনা মান্নবা থাক্কী ইকয় খুম্নবা ফংজদে অমদি য়ুগানবগী চৎন লোনচক্তসু খুম্নায়সিদা ম নুংহনবা ঙমদে।

শেন্দান অশীদা হুপীনা মপুং ফানা শরুক য়ারবসু ইমুং-মনুং, খুম্নায় অমসুং লৈবাক্কী ওইবা হিংবগী পুক্সিদা হুপীবু অনিতুবা থাক্তা লৈবা কাংলুপতা চৎনহনবগী মরুওইবা মরমদি—লন-থুমদা হুপীগী চাক-থুংবী মতাংদা চাং মান্নবনি। মশাগী চাকথুঙদা খরা খজিক হন্থ-বহুনা মথোয়বু খুম্নাম্নগী অমোৎপা শেংদোকপদা অপনবা খরা লৈবনা মরম ওইহুনা চুশিন্নবদা লুনা থোকই অহুগা মান্নবা খুদোংচাবা অমসুং চাকথুং কঙলবসু হুপীবু খুম্নাম্নসিনা কিভম্নসিনা মশাগী মরল-মথুম লাংবা অমসুং মহুপী খুদোংথু নৌজবদা কপায় কাউবা কান্নবা ফংবগে, কক্তাগদি নত্রগা ফঙলোই হায়বগী বাফমসি খনবদা য়াম্না লুনা চিংনবা ওপোক্লই।

১৮

১। সত্যজিৎ রায়গী ফিলম কয়ামুক য়েংশ্রে ঐনা মতুদা "পথের পাঞ্চালী" মুক ফজবা অতৈ অমা য়াওখিদ্রি। তশেংনমক সত্যজিৎ রায়না হায়খি, মতুদি ফিলমসিদা মথল কয়াগী মনুংগী অরাংপা কয়া লৈরমখি মতু মতুংগী ফিলমশিংদা অরাংপশিংদু মহাকনা শেমদোকখি। অদু ওইরবসু ঐনা ফিলমসিবু য়াম্না পুক্নিং লুপচরমখি। ঐনা "পথের পাঞ্চালী" ফিলমবু হন্না-হন্না য়েংলমখি। ভারতকী সিনেমাগী তাইবঙদা সত্যজিৎ রায় নত্তনা ফিলম পুথোকপা অতৈ মীওই খরসু লৈ, মখোয়গী তৌথোক্লকপদুনা ঐবু পুমশুম শুমহৎহনখি, রাখল য়াম্না খলহল্লি অমদি পুক্নিং তয়াং তশোইহল্লি য়াম্না। মখোয়শিংদুগী মনুংদা শ্যাম বেনেগল, রবিন্দ্র ধর্মরাজ, মুজফর আলী, মৃনাল সেন, গৌতম ঘোষ, গোবিন্দ নিহালানী, উতপলেন্দু চক্রবর্তি, ঋত্বিক ঘটক, বুদ্ধ দেব দাসগুপ্ত, গিরীশ কাসরবল্লী, অদূর গোপাল কৃষ্ণন অমসুং গিরীশ কানার্ড নি।

শুদ্রকনা ইবা সংস্কৃতকী লম্বাক লিলা "মৃচ্ছকটিকম" দা য়ুম্ফম ওইরগা গিরীশ কনার্ড না 'উৎসব' কৌবা ফিলম অমা নমখি। থায়মগী সংস্কৃত কী লাইরিক্তা মুপীবু মুংশি মুংওনগী মরমদা নত্তনা অতৈ অতোপ্পা মওংদা উদ্ররমদে। মতুসু য়াম্না নীংতম্বা মওংগী শক্তিনি, ইমুং মনুংগী থবক থোরমগী লুচিংবী ওইবতা নত্তনা মহাকসু লৈবাকসিগী শঙ্গাইবা মীওই অমনি, মতোন্দসু মপাগী অরাবা মুংঙাইবা, নীংজবা অমসুং মদু থুংদবগী মওংসু লৈরমগনি — সংস্কৃতকী লাইরিকশিংদা

অসিগুম্বা বাখলসি য়াওদে। অদুবু শুদ্রক কবিগুম্বা "মৃচ্ছকতিকম"গী অইবা ওইরবসু নত্রগা ওইদ্রবসু, বাফমসিগী মতাংদা থেম্বা বাফম থরা লৈ, বসন্তসেনাগী লমচৎ অতোপ্পা অনৌবা বাখল অমসু পোক-হল্লকই—তশেংনা মহাক নুংশিবী অমা নত্তে মহাক মবুঙোগা লোয়নবী অমসুনি। অতৈ থায়নগী অরিবা লাইরিকশিংদা নুপীবু নুংশিনবী অমা ওইবতা নত্তনা অতৈ অতোপ্পা শক্তমশিংদা উৎপা থেংনৈ, খুদম ওইনা গ্রিসকী লিলাশিংদা। অদুবু বাফমসিমদি চমলে মহুদি অতৈ অতোপ্পা শক্তমশিংদা নুপীনা কবিগী শকপাল্লকলে।য়দৌরিবনো, মহাক্তি নুপাগী বাখলদা মপুং ফানা শাগৎকপা পাত্র অমনি। অদুগা অদুগুম্বা কোয়শিন্নুনা থমলবা মফমদুদা নুপীগী চৎফম ওইরিবনি। সংস্কৃতকী লাইরিকী মতুংইন্না অহানবমক্তদা নুপীগী মওংদি অরোন-অথুপ ওইবা মওংদা নুংশি-নুংশুন তৌনবা, অপাম-নুংশি প৷উ চৎপী, হায়নবা মফমদা অমদি কোম্নুংগী হৈকোল-লৈকোলনা মহাক্তী য়াথোকযমনি। তৌইগুম্বনুং "মৃচ্ছকতিকম" লিলাদা নুপীগী থেনাদু অতোপ্পা মওংদা শীজিন্নবগী মওং কঙডি, গুমগী হকচাং কয়াং উংনবগী শক্তম ওইনা, তশেং তশেংনা শীজিন্নবগী পোৎশক ওইবগী মওংদা মাবু উত্তে।

গিরীশ কানর্ডকী "উৎসব" কী অরোয়বা মতাংদা মরু-ওইনা শক্তম লাংলিবী বসন্ত সেনানা মহাক্কী গুণ্ডধী নুপী ওইরবগী ফিভমদা অমুক হন্না হংজিল্লকপগী মওং উৎলি। লমচং নায়দবা শঙগী মপুদুনা মাগী থোঙজিল্লা ছুররবদা বসন্তসেনানা হৌগৎলগা মাবু হৌগৎতুনা মনুমদা পুখি। তৌইগুমসুং "মৃচ্ছকতিকম" কমাক লিলাদদি বসন্তসেনাবু নিংথৌ অমনা লুহোংতুনা লৌখি। গিরীশ কানর্ডনা লিলাগী মরু ওইবা বাফমবু কবিগী হোংদোকলিবনো, থঙদে। তশেংনমক হিরম-কনাগুম্বী গুক্তবী অমনা নিংথৌ অমদা লুহোংবগী শরুক হায়মগী মাগী শিনফমদুদা হনজিল্লকপা অসিনা য়াম্না নৈননিঙাই ওই। ইচম চম্বা, অসিগুম্বা থৌদোকশিবু গিরীশ কানার্ডনা উৎথোকপা ওইরমগনি।

ওঅসী বসন্তসেনাবু খুন্নাইদা অরাংবাবা থাক্তা থাঙ্গৎলে। তৌইগুম্বসুং অসিগুমনা খুন্নাইগী চৎনবী.সিদা 'মৃচ্ছকত্তিকম্'' হৈখিবনি, মসিদা সহরদা লৈবী হৌনা-লোনচৎ খঙবী ভ.মা ওইবগী মথক মওং অমসুং মরল-মথুমগা লোয়ননা বসন্তসেনানা নিংথৌ ভর্থকারগা লুহোং-খিবদা ওইথোক্কবা মওং লৈতে। মমিং চৎলবা, লিলাইবা—কিরম মস্যা গিরীশ কানাডনা বসন্তসেন.বু খুন্নাইগী অরাংবা থাক্তা কল্লিসু হেনগৎপা উৎশিন্দনা অফবা মীওইশিংদগী থাগৎপা ফঙলমখি, তৌই-গুমসুং ঐনা খঙজবদদি অইবা লিলাদগী গিরীশ কানাডনা হেন্না থাজবিকম থোকই হায়না।

২। "ভাইবঙ মী" ওইবগী মরি লৈনবদি যুমলেপ চার তম্বা, ভাইবঙ লিচৎ ঙাকপনি। থৌ অসি নুপা.শিংনা কৈদৌঙৈদা মপুঙ ফানা পাঙথোক্তে। যু দি নুপীনা কোই। নুপী অমনা নুপা অমগী যুম কৌই। হায়বদি লোয়ননা লৈমিন্নে। অদুবু নুপা অমত্তনা কৈদৌ-দঙৈদসু নুপী অমত্তগা নিংথিনা লৈমিন্নদে।

নুপাসু নুপী গুম্না ভশেংনা চা-থক তৌদুনা অমদি তুমহনা যুমদা লৈরিবনি। তৌইগুম্বসুং 'যুম কোইবগী থবক' নুপীদত্তা নমশিল্লি। ঐখোয়গী লোজগৈশিংদা নুপীবু হন্থনা য়েংবা মিংয়েং থমগী চৎনবী লৈ। লুহোংবা নত্রগা নুহোংবা হায়বা থৌদোকসি নুপা নুপীগী পুন্সিদা থোক্কনবা লৈ। অনিমক পুন্না অনৌবা পুন্সি অম্দা থোঙদারক-পনি। তৌইগুম্বসুং থৌদোক অমদা অনিমকী লুহোংবগী থৌরমগী মওথৌ তোঙাম্নে। নুপীনা লুহোংবা ফমদুনা লৈ অদুগা নুপানা মপানা লুহোঙই। হায়বদি ফমদুনা লৈরিবদুনা "থবক তৌরবনি" অদুগা তৌরিবা অদুনা "থৌবু" নি। মরম অসিনা 'যুম.বু' হায়বা বাঙৈসি নুপাগীনি। অদুগা ইমুং কোইবা হায়বা বাঙৈশিনা চাক-ইশিং থোংবা, ইমুংমনুং লোয়শিনবা, ব্রাইশিং লমশেং তৌবা, অঙাং-সুবী চাক-পামশবু পুঙহল্লি। অনিগুম্বা মথক্কী লৈনবা য়েংলবা

য়াউদনা থবকশিং অসি লুপীশিংগী মখুত্তা লৈরে। কনাগুম্বী লুপীনা শেল-থুমগী ফিকমদা য়াম্না হেল্লবহ্ন নত্রগা লৌশিংদা, ১ সুং মহৈ-মশিং, মী অমা ওইবদা লুপাদগী করিগী হেল্লোইদৌরিবনো ? মালেম-সিদা লুপানা মশাগী ওইজবগীদমক্তা "ব্লারেং" থম্না শেম শাহ্নুনা থমই। ময়ামশিংহুদগী থরনা "লাইনীং" দা অহুগা থরনা 'চংনলোন' গী মওংদা ইহুনা থমই।

৩। হৌখিবা মার্চ ২৮ দা বঙ্গলাদেশগী লৈঙাকপশিংনা লুংতিগী ফোঙবা চেকোঙশিংদা য়াম্না মরুওইবা থাকম অমা ফোঙদোকলকখি ফোঙলবগী মরোলদি অসুম ত্তৈরমখি, "লুপীশিংগী খুন্নাইদা অমসুং লাইনীংদা মরুওইনা মমি অমা তান্নবা বঙ্গলাদেশতা শাবা সাড়ী-শিংগী অপাকপা মিটর ১·২২ ৪৮") অমসুং অশাংবা ৫ ৫৪ মিটর (পজড) ওইগদবনি, অশাবা মীওইশিংনা হুমিং তরেৎনিগী মহুংদা অশাংবা মশাং অসি লেপকদবনি। হায়রিবা য়াথংসি হীকতোকপা মীওইশিংবু মতিক-চাবা চৈরাক পীগনি।"

মসিদা অসুম্না খঙবা য়ারে মহুদি মতম অমুক কুইবসি ফাউবদা লুপীশিংবু লাইনাংগী অমদি খুন্নাইগী মরুওইবা মচাক অমা ওইনা লৌনামদে। মরম অসিনা সাড়ীগী অপাকপা হেনগৎহল্লগা মশাগী মমলবু হেলহনদৌরিব্রা ? লুপা অমনা কয়াম শাংবা, করম্বা মচুগী সাড়ী শেংকদৌরিবা মসিদা মশাগী মীওইগী চঙদবা য়াদ্রবা মচাক, অপাম্বা অমসুং শেল-থুমগী খুদোক চাবা চাদবগী মথা পোল্লে। মতৌ অসুমনা লৈঙাকপনা ইঞ্চটেপ পায়হনা লাইনীংগী মমিংদা অতেন-অশাংগী চাং তম্বসি ফজনিংঙাই ওইদে, চুমহ্ন চুমদে। পোং-থোক পুথোকপনা কৈথেলদা মীয়ামনা পামনবা মতুংইন্না তোঙান তৌঙানবা অশাংবগী সাড়ীশিং শারে। ঐঙোন্দা থুহুপ ১২ দগী তাবা সাড়ী শেংপা থুংদে। মসি হায়রুবগী বাদি ঐনা করিগুম্বা লাইনীং অমগা মরি লৈননা মহৃগী মতুং ইন্দুনা থুহুপ ১২ শাংবা সাড়ী শেংপা নংদে।

মশিংদি ঐগী ইশাগী পাম্জরবগী বাদি। অশেংবা অহুম তৌনা থুংগী অমদি সহরগী লায়রবা ইমুংগী সুপীশিং ইমুং-মনুং অমসুং মনান-ইপান অনিমক্তা কোয়না চৎকনা শুংনোমশিনবশিংতুনা সাড়ীহু অমুক্ত মক য়েং-শিল্লগা মশেংলি। মখোয়গীদমক্তদি থুহুপ ১২ শাংবা সাড়ীহু থুদোং কয়া চারোইদ, মশাদা অরাক তমজে ই। অমুক্তগী সুপীশিংদুনা থুহুপ ১০ শাংবা সাড়ীদনা মশাদা থুদোংচাবা অমসুং অরাক তমজবা ওইজে।

লায়রবা লৈবাকশিংদা অমাংপা সুপীশিংনা সাড়ী ফিবুম তমনা অহুম থোকনা থাম্লোকলগা শেৎলৈ। কনাগুম্বীনা অচোংপা সাড়ীহু অহুম মশাদা থোংনা থোংনা কংহনবসু য়াওই। কনাগুম্বীনা মুন-মুনদা চৎলগা অমনবা ফিংরোল, শেগায়— কুগায় নিবসু য়াওই হায়-বদি ইরাইরহু লাকচনবগীদমক্তা মখোয়গীদমক্তদি সাড়ী ৪৫″ × ৪৮″ হায়জবা নত্তগা মিটর ৪ × মিটর ৫.৫৪ গী সাড়ীগা থেমবা করিসু লৈতে।

অরোয়বদা লৈঙাকপশিংনা লাইনীংগী সুপীমচাশিংবু সাড়ীগী অপাকপা অমদি অসাংবদা পুখোক্না থমবিরে। মতৌ অদুমনা লৈঙাকপশিংনা লাইনীংবু থাইদগী শেংনবা থাক্তা থমল।

১৯

মালেমশিংদা পাকিস্তান কৌবা লৈবাক অমা লৈ। পাকিস্তানগী মহৌশাগী ওইবা লমদৈ, পাক চাউবা, অপাকপা, অকোয়বা, মীশিং, ঈশিং-তুংশিৎ অসিনচিংবগী মরমদা ঐখা ইকুবগী মখো থোইনা তাজে। ঐগী লৈনিংবা বাকমদি লৈঙাকপশিংনা পুখোকলিবা লোকচৎ

অমসুং চৎনপথাপ থরাদ্রবনি। মদুগা মরি লৈননা পাকিস্তানগী নুপী-শিংবু অনিশুবা থাক্কী মীওই কাংলুপতা থম্মিরি।

চৈচৎ ১৯৬১ গী ফেব্রুয়ারী ২২ দা পাকিস্তানদা অকনবা য়াথং (Ordinance) অমা লাউথোক্লমখি। অসিগুম্বা অকনবা য়াথং অসিনা কুরাননবা, ময়াইকৈবা পোৎচৎ কপ্পা, থকপা, ওক্লবা লমচৎ চৎপা, নুপীবু মশানা য়াননা খুৎনমথীনা নক্তিহনা নমজানবা থোবপিবা অমসুং ওইদবনা উহৌবা শুবা অসিনচিংবগী মরালবু কোননিংলমখি। হৌজিক চৎনরিবা ব্রিটিশকী চৎনলোনচৎকী মখুংইবা ওক্লবা লমচৎ চৎপা মীওইশিং "মশাগী মরাল লৈরে", তৌইগুম্বদুং অসিগুম্বা অকনবা য়াথং অসিনা মরুওইদনা ওক্লবা লমচৎ চৎপবু "লৈবাক্কী মায়োক্তা লৈবগী মরাল" নী মগুংদা মশিং চল্লি।

ওক্লবা লমচৎ চৎপা, লুহোংবা মপুং ফারবদা নুপা-নুপী তিন্নবগী মরাল, খুৎনমথীনা, অমসুং লৈথা—তারবী নুপীবু "জেনা" হায়না কৌনৈ। হায়বদি নুপা নুপী অনিমক্তা মশানা য়াম্না নুপালবগী লমী চৎখনদবনা নুপা নুপীগী মরক্তা হকতিন্নবগী মরি লৈনববু "জেনা" ওই। হায়রিবা অকনবা য়াথংসিনা ওক্লবা লমচৎ চৎপা অমদি নমদুনা হক-তিন্নবগা অনিসিদা থেম্নবা করিহ লৈতে।

জেনাগী থাইদগী মুম্বা চৈরাক্তি 'হদ' নি। মখুম পাইবা নুপাগী দমক্তদি খুওহুমনা থোম থোমদুনা শিহনবা অমসুং মুগাক্লিবশিংগীনা "লীচৈ ১০০" য়ুবনি। 'হদ' কী দমক্তদি থোদোক্তু তশেংনা উহৌবা (সাক্ষী) দা পাঙ্গল লিপা মরি চঙডি। নুপী নত্রগা পাউল নত্তনা কনাগুম্বা মীওইনা তশেংনা উহৌবা মী ওইরগা 'হদ' কী চৈরাক পীরা য়াদে। নমজা নমথেকনকরীবা নুপাদবু চৈরাক পীরবগীদমক্তা পাওনপা মরিনা তশেংনা উহৌবা ওইবগী য়াহন্দোক্তি মরাল লৈরি-বদুগী কনবিনবা অমদি মহাক্তা শারাক তমনুরিবী মীওই অত্তুদা অকুম্বা য়ায়েল পীবিবদা লৌনম তৌবিবনি।

মসি য়াম্না চুমদবনি মহুদি কনাগুম্বা লুপা মরিগী মমাংদা নমজা নমথেক্লবা ওইখিবা অমসুং মখোয়না মহুগী তশেংনা উহৌবা (সাক্ষী) ওইগদবনা। লুপী মরিগী মমাংদদি কনাগুম্বী লুপী অমবু নমজা নমথেক্লবীবা ওইথোকই তৌইগুম্বসুং লুপীগী সাক্ষীনা থাইদগী লুম্বা 'হদ' হায়বা চৈরাক্তদি পীবগী চংনবী লৈতে। মরম অসিনা চংনবীগী মতুং ইন্না নমজা নমথেক্লনক্লরিবা লুপাদু মরালগী চৈরাক্তগী নাম্বোক্লে।

'লুপীনা মশাগী খোইজী থাদা মিহুল তমগ্রবা মতুংদা মাবু ওক্তবা লমচং চংপীগী মরাল পীবিরবপা য়াওই। তৌইগুম্বসুং লুপাদুগী মরুনা খোইজী থাগী মিহুল তমগ্রবহৃ, মহাক্তি নাম্বোকচরে, মপা মশক খঙদবা অঙাংদু মরুমলুবা নাউপুরুবদগ দমল্লা লুপীদুবু লীচৈগী চৈক্ত, কৈগুমশঙ, য়াকোঙবা অসিনচিংবা চৈর.ক কয়া পী, তৌইগুম্বসুং কনাগুম্বা লুপা অমবু মচা মরুমলুবগী মরালদা চৈর.ক পীবদি লৈতে। মরমদি মীরোনবা হায়বা মীনা হেক য়েংবদা ময়েক শেংনা উবা তমসুং তশেংলবা খুদমসি মখোয়গী মশাদা পক্তে।

অসিগুম্বা অকনবা য়াথংসিনা "ওক্তবা লমচং চংপা অমসুং খুৎনমথীনা নমজা নমথেক্লবা" অনিসিবু করিস্থ খেন্নবা লৈতনা মথল অমত্তা ওইনা পুথোকই। মসিগী মহেনা কনাগুম্বী লুপীবা মতুংদা নমজা নমথেক্লবিখিবগী য়াকৎলকপা লৈরবস্ত মশা মবোমদোম ওক্তা লমচং-চংপী ওইরুবগী চৈবাক্ত ফঙজরগনি। অদুগা নমজা নমথেক্লরিবহুনা শঙশংনা উহৌবা মী (সাক্ষী) য়াৎপদগী নাম্বোকহৌরগনি।

পাকিস্থানগী "ইসলামী মাতাদর্শ পরিষদ" (ইসলাম য়াথললোনগী ফুরুপ) না চৈচং ১৯৮০ গী ডিসেম্বর থাদা "কিসাস" অমদি "দিয়াত" লোনচংকী চে কোওলকখি। য়ানিংনা মত্রগী য়ানিংদনা হাৎলুবা মীহাৎ, হকচাং মাঙ তাঁকহনবা অমদি অঙাং য়ৈথবা অসিনচিংবগী অপুনবা মওং মতৌশিংবু লৈনচংসিগী মসুংদা চলংলকখি।

লোনচৎসিগী তাঙ্কক ২৫ (খ) দা হায়রি, কাতিল-এ-খতা (খুজিন খুনাম্বোক্কী হাংখিল্লা মী) গী মরালদা লাল্লিবহুনা নুপী ওই-রবদি মঙোন্দা দিয়াত' কী চৈরাক পীগনি অদুগা নিপা ওইরগনা চৈরাক্কুগী শরুক তঙ্খায় অমতমক পীগনি। মতৌ অসুমনা হকচাংগী অমাঙ অতা থোকহনবগীদমক্তা হকচাংদা মাঙহন শোকহনবা পুন্নমক্কী মরমদা মশাগীদা অমাঙ অতা থোকলবী নুপীদুনা অমাঙ অতা হনজিন-বিবা ওইনা নুপাদুদগী মাঙলিবদুগী শরুক তঙ্খায় অমা ফঙগনি। অম-রোমদনা কনাগুম্বী নুপী অমনা হাংপা নত্রগা শিহনবা নত্রগা হক-চাংগী অমাঙ অতা থোকহললুবদগী মরাল লৈরবী ওইরবদি মাগী চৈর ক্কি নুপা অমনা ফঙবদুগা চপ মান্নগনি।

লোনচৎ (আইন) গী মিংয়েংদা মহৈ-মশিং হৈবী অমসুং হাতে হাতে শু-নোমলিবীগা মহৈ-মশিং হৈতবা মথৌ পান্দবা নুপাদগী হেন্না মমল হন্থনা লৈ।

'কিসাস' হায়রিবা ৱায়েল—লোনচৎ সিদা মতাং অমগা য়াওয়ার। তাঙ্কখনিগী মতাং ১০ দা কিসাস কী চৈরাককীদমক্তা হাংপবু ময়েক শেংনবগীদমক্তা কনাগুম্বী নুপী নত্রগা অতোপ্পা পাঙলবু সাক্ষী ওই-হনবা য়ারমদে। ৱায়েল অসিগী ৯৬ অমসুং ৯৭ শুবা মতাংদা কন্নিগুম্বা মওং অমদসু অসিগুম্বা কত-এ-হমল (অঙাং য়েথবা) সিবু লাইনীং লম্বীনা য়াদে হায়না ফোঙদোকই। মসিগী চৈরাক্কি চহী তরেৎ কৈথুমশঙদা লৈহনব'ন। অঙাং য়েথবগী থবক তৌরমলিবা অমসুং তৌহল্লিবা অনিমক চৈরাক ফঙগনি। মালেমগী অতোপ্পা লৈবাকশিংদা চংন'রিবা অকনবা ৱায়েলদসু নুপীবু মশাদা অমাঙ-অতা লৈরকপগী চিংনবনা অঙাং য়েথবদা তেঙবাংঙি। তৌইগুম্বসুং পাকিস্তানগী কিসাস ৱায়েলদদি অসুম তৌদে। ৱায়েলসিদদি খুৎনমথীনা নমজা নমথেক্লবিহুনা শারাক তমবিগ্রবী নুপীদুবুসু ঙাকপিবা লৈতে।

চৈচৎ ১৯৮৪ গী জুন ৩ দা অতোপ্পা চৎনৌ হায়বা বায়েল (ORDINANCE) অমমুক থোক্লক্লমখি। থা-থংবা পঙ্গাক্কী নবাবপুর সহরগী থৌদোক অমগী মাইয়োক্তা লৈবাক পুম্বদা ঈরাং হৌখিবগী মহৈনা মরাল লৈরবা চৎনৌ হায়বা বায়েল অমমুক শেম্লমখি। নবাবপুরগী লৌয়াম চাবা অমথংকনা মাগী মচা মুপীগা হুংশিনবা থবক শুবা মীওই অমবু মাগী ময়ুমদা যু-ফুহুনা হাংলমখি। থবক শুবহুগী ময়ুমদা মীহাৎ অহুগী হকথেংননা উহৌবা ওইক্লরিবী মুপীশিংবু মশাদা মফি থোংহনদনা ফিভমহুদা ময়ুমদগী মপান থোকহল্লগা লম্বীদা চৎননবগীদমক্তা অথিংবা তৌরমখি।

লৌয়ামচাবহুগী অসিগুমলবা তমথীরবা শাজৎ অসিগী মাইয়োক্তা মুপী কাংলুপ্পা মতম য়াম্না কুইনা লৈবাক ঈরাং তৌরক্লবদা মসিগী মতুং চয়োল অমা লৈরগা চৎনৌ হায়বা বায়েলসি হৌদোক্লকখিবনি। চৎনৌ হায়রিবা বায়েলসিদা অহুম্না হায়রি মহুদি মুপী হাৎপা-যুবা নত্রগা মাগী অনিংবগী মাইয়োক্তা থৌনা পাঙ্গল শীজিন্নবা, মথৌয়বু মশাদা মফি থোংহন্দবা অমদি অহুগুম্বা ফিভমদা মীয়াম মমাংদা পুরবগী চৈরাকতি শিবা নত্রগা মপুন্সিচুপ্পা কৈশুমশঙদা লেনবনি। তৌইগুম্বসুং মুপীবু ইমুংদা যুবা, মফি লৌথোকপা, নমজনা মমথেক্লবা নত্রগা হাৎপদা "চৎনৌ হায়রিবা বায়েল" সি শীজিন্নবা য়াঁরোই। হায়বদি চুন্নগী মীয়াম মমাংদা অসুম তৌরবতদা বায়েল অসি শীজিন্নগনি।

কুমজা ১৯৮০ গী জুনগী ১০ দা জেনরেল জিয় না অনসারী কমিশন (য়াথং) লিংখৎখি। কমিশনগী পাউদম মতুংইন্না লৈবাক্কী মরুওইবা লোয়শঙ (Secretariat) তা মুপীশিংবু থবক তৌবা য়াংহললমদে। অনিশুবা চৎনৌ হায়বা বায়েলগী মডাশুবা তাক্কা হাংরমখি মহাদি মুপা অমনা অচৈবা কন্নাইবা ওইবদি মতিক লৈ।

অহুবু কমিশনগী পাউদম মতুংইন্না, নুপীনা অচৌবা ফম পায়বা (ওফিসার) ওইবদি ইসলামগী মাইয়োক্তনি।

অনিশুবা পন্দুপকী অনিশুবা মতাংদা মজলিস এ-স্থরা (এসেম্বলী) দদি নুপীনা থৌপুবা ওইবগী মতাং য়াওরি। মসিদা অস্থমনা হায়রি মতুদি লোয়শঙসিদা লৈবা নুপাশিংগী চঙদবা য়াদবা মহৈগী থাক লৈ তৌইগুম্বস্থং নুপীশিংগীদি অতুগুম্বা চঙদবা য়াদবা মতিকশিংতুগী মথক্তা অনিশু মক ওই মতুদি মথোক্ষী মশানী চয়নীস্থ ৫০ দগী তাক্লোইদবনি।

অসিনা ঈরোয়বদা মপুরোয়বা লৈরিবা-নুপীনা মীয়ামগী মীহুৎ ওইবা তারবদি মপুরোয়বগী অয়াবা অমা লৌবসি তৌবগদবনি। হায়রিবা কাংলোনশিংসি মপুং ফারবদতা.বন.গুম্বী নুপীনা ইচমচম্বা মীহুৎকী ফমদা মীয়ৎপ ওইবগী অয়াবা ওইগনি। কমিশনশিংগী পান্দমদি নুপীনা মশানা মীখল থেংনবগী মতিক ওইবহ য়াহন্নবা অমদি মপুরোয়বা অমস্থং মাখী নুপীগী মরক্তা.জমনা অমবু মুনা-চাম্না লিংনবহুদা য়ৈথায়বা পীবনি।

পাকিস্থান কৌবা লৈবাকুনা অহুঙুম্বা বায়েল কাংলোন অমস্থং চংনু হায়বা বায়েল (Ordinance) শিংবু লৌশিন্নুনা মাংলেমশিন্না হৌজিক ফাউবা শীজিন্নরি। ঐথোয় পুম্বনা তাক্লরি, উন্নরি অমস্থং হন্দোয়নন্থ তিনশিংনরি। মসিদগী মথোংনা বরি-থেম্বা পীরিবা। বায়েল কাংলোন শেমলিবা অমস্থং চংনু হায়বা বায়েল খোদাংলিবা মীয়াং অহু খুনা ইসিগী য়াইথোক-থমদোংবা ওন্নরি মরমদি মীচমনা অহুগী মাইয়োক্তা পেন্দবা কোইদোকহুদা মথেয়ংনা করিহ। চিংনরিবা কাউব্রু নত্তে।

## ২০

১। ঐনা য়াম্না শেংনা খঙজে মহৃদি মীওইবা হায়বসি তশেংনা য়াম্না, তোঙাম্না তাবা ওইগল্লি। মখোয়না লৈবাক অমা, খুন্নাই অমা য়ুমলোন্নবা অমা অমসুং য়ুম শিংলগা চাম্না-চিন্নবা, মুংশিননা হিংচুনা লৈননবগীদমক হোৎনৈ। মরমদি, মখোয়না কিমননি। মালেমদা লৈরিবা পোৎ খুদিংমকপু মখোয়না কি। মরম অসিনা মশা, মপুবোক, মপুংধোগী থৌরীনা পুন্দুনা লৈ। মচাশিংগী মথুং পুনশিন্দুনা থমবি। করিগুম্বদা কাংলুপতগী ভোখায় তাগত্রা হায়না কি। তৌইগুম্বসুং তোঙাম্না মদোম লৈগনবা মীদি য়াম্না হেন্না তোঙাম্না তাই, মরম অসিনা হেন্না নাইতোম তাবা পামনদে।

২। ঐনা চহী তরা গুরকপা মতমহৃদা ঐগী ইপানা মথুং য়েত্তা শাজে অমা পায়রগা, খুং ওইনা ইংরাজী গ্রামার (লোনচংলোন) গী লাইরিক পায়রগা হুমিৎ খুদিংগী ঐবু তাকপিনবা হেক-হেক ফমথৈ। ঐবু পোকপলা য়াম্না চেকশিন্না 'টেন্স' কী মতাং তম্বী'। তাকপগা হেক খঙলদনা লকক তৌরুবদা নমদা থারকখি শাজে অমা—খঙ-হৌদনা। হুমিদাংদা, অথেংবা অহিং কাউবা কয়ুংদা কপচুনা লেপখি। মহু পাবুংগী কয়াদা কল্লবা মীচৈনো। হৌজিক মরক মরক্তা ঐগী নমদা নাননিংলমখি। অঙাং ওইরিঙৈগী চৈ কিবহুগীনা চৈফু অমমমদা কয়াদা মুংশিরকলিবা, মতমহূদদি ঐহাক খঙলমখিদে অহবু ঙসিদি ময়েক শেংনা খঙজরকলে। য়ুমদা মপান্দা-মফম খুদিংদা

ঐগী ইপাগী ইকায় খুমনবা কয়াদা লৈরমলিবা, নোংমদা ওই য়ক হন্না পাবুংনা ঐঙোন্দা হায়খিরমখি—"ছাত্রানাম অধ্যয়নম তপঃ।" ঈংলবস্থু, শারবস্থু নত্রগা নোংচুরবস্থু, তন্নুক অঙনবদা হৌগৎলগা পাবুংনা অইংবা ঈশিংনা ইরু শান্দোংলগা ফিনাৎ তোংলগা ঘুমদগী থোকখি। হল্লকপগী অককনবা মতম লৈরমখিদে। করি করিগুম্বদনা মুমিৎ মুং-লকপা মতমদা খুকউ ফাউবা উযুল তৈরগা হল্লকখি, ঐনা মাঙ্গোলদা কোয়রক কোয়শিল্লগা "ইকা-ডুকা" শান্নরমখি, মতুদা পাবুং খঙহৌ-দনা লাক্লমখি অমসুং মাগী মখোঙনা "ইকা-ডুকা" গী মমিতু মুৎথৎ-লমখি। করিগুম্বা নুমিত্তসু চাকথুমদা ইমাগী মন্নক্লা ফমলিঙৈদা পাবুংনা লাক্লগা চৈহুনা হৌগৎহল্লমখি। করিগুম্বা ইমানা অসুম হায়বিরবা "চাক থোংবা তমলিবনি অতুনা তমজরসনু!" পাবুংনা শাওনা মমিৎ লংখৎতুনা হায়রকখি "ছাত্রানাম অধ্যয়নম তপঃ।" লাইরিক ইবা পাবা নহনা শান্নবা, তুম্বা, ঝারেম ঙাংবা, কোয়বগী ঐঙোন্দা খুদোংচাবা ফঙহন্নমখিদে। চাবা অমসুং ঈরুজবা নত্তনা অতৈ মতমদি ইবা পাবনি। থোঙহাম খুৎহাঙ্গী মতম ফাউবা পাবুংনা মতম খজিক্তা শীজিন্ননবা হায়রমখি। নুমিদাংদদি পাবুংনা মশানা শেমজবা লোনচৎ চৎলমখি। মহাক্কী মোম্প্যাক মথাদা য়াম্না চেবশিন্না থম্বা শাজৈহু পুহুনা লাকলমখি অমসুং হায়রমখি— লাইরিক পুথোকউ। পাবুংগী য়াম্না পেনজবা লাইরিকসি ইংরাজী লোনচৎলে ননি। পারা ফাহনবদা করি করিগুম্বা নুমিত্তা নোংয়াই ফাউবা য়োরমখি। তুমনিংমনবনসু মিৎসি উইরকলমখি, হকচাং ইচোক চোকথরকখি। অতু ওইরবসু তুমজবদি ফঙজরমখিদে। করি করিগুম্বা নুমিত্তা পারা য়াম্না নিংথিনা ফাহুনা হায়রবদি পাবুংনা মহাক্কা লোয়নদা চাক চামিন্ননবা কৌশিল্লি। ঙা নত্রগা শাগী থ্বাইদগী চাউবা মতুমতু পুথমদা হাপলকখি। মথংগী নুমিত্তা ঐহাক য়াম্না ঙন্না থাদোকপিবগী খুদোংচাবা ফংজরমখি।

হৌজিক পাবুং হান্নগুম্মা মীনা ইকায় খুম্নবদু ওইরকত্রে। মহাক্না থবক তৌরম্বদগী থক্ক থাদোক্কলমখি। তুম্মিন্না কা মমুংদা পাহুনক্না লৈরমখি। পাবুংগুম্মলবা য়াম্না অকিবগী মওংক ওইরবা মীওইনু মতোমত্তা পাহরমখি।

. ঐগী ইমা মতোমত্তা লৈরমখি। কনাগুম্বনা ইমাদা হাকপি- রকলমখি মহুদি লাইনীং লাইশোল তৌরবদি পুকিংদা য়াম্না অপেনবা অমদি অইংবা ওইবনি। ইমানা অসিগুম্বা অন্নানবা ঈচেলসিংদা ঈরোম্ন- ননা অযেংবা অহিংদা তহাজ্জুদ কী লাইশোল শোল্লমখি। অথেংবা অহিংদা মশাহু নোমল-নোমলদুনা হৈশে শক্লমখি "ফেবীআই নে অল্লা-এ-রাবুকা" শোল্লমখি। ইমা য়াম্না মতোমত্তা তারমখি।

ঐগী য়াম্না হুংশিজরবী ইনাও নুপী অমা লৈরমহ। মহাকনা বা অমা হেক ভাঙথোককল্লকপসি, ইমুং পুংনা পুর্বালি তিংনা নোক- লমখি। মহাক্না হাইনা হুমনা নোমংনা চংলবদি, ইমুং পুংনা খুবাক প্রোক প্রোক খুম্মখি। মহাক হৈশে কয়াম হুংশিনা শকপগে হায়রবু মাগী ঈশৈহু তাকবদা ঐগী চিংকুদগী পিবাং শিনুবা য়াওবমখিদে। অদুগুম্বী ঐগী ইনাও নুপীহুগীদমক্তা ফত্র করবা ইমুং কপাদগী হাম্না লাক- লমখি। অদুবু পাবুংনা য়ারমখিদে, হায়রকখি— ' ছাত্রানাম অধ্যয়- নম তপঃ।"

তোঙাইগুম্মনুং হৌজিক্তি ঐগী ইনাওনুপীহু হৈশে শাবখিত্রে। ঐগী অদুক শক্নাহেন্নবী ইনাওহু হৌজিক্তি য়াম্না কন্না কি শাহুন্না লৈরে, মুংশানা বোড়া ফৌজুনা লৈরে। মুখিং চুপ্না চাক থোংহুনা লৈরে। মুখিদাংজাইরম হেক য়োক্কপগা নকে শেমলগা কাপুরোমবগা তোক্ন- ননা কোয়থোকপা চংলি অদু ওইরবনু ঐগী ইনাওনু মতোম অরক তারমখি।

হৌজিক্তি ঐহু অডাং ওইরিবৈগুম্না টেক্স লাল্লে। ঐ য়াম্না

ইম্ম-প্পাবা তৌরকখি অহনা পানা-পানা অহিং হৌখিবা য়াওই অতাং ওইরিবিদুগুম্মা য়াম্না তম্মনিংবত্ত ওইদ্রে।

পাবুংনা তাকপিখি, "সচৌবা ওইয়ু।" খুম্ননগী চাউবা হেন-বত্ মুক চাউরবা হোৎনৌ হায়না পাবুংনা তাকপিখি। "অমা হেন্না চাউবত্" ঐনা ওইবা ঙমগনখিদে। চহী অমদা অনিরক (কুইম্মে মতমদা) পাবুংগী মমাংদা লেপবা চঙলুবদা হৌজিক ফাউবদা পাবুংনা "হেন্না চাউবা" ওইননবা হায়বিরকখি। ঐ অহক "হাকনা হেন্না চাউব" ওইবা ঙমলরোই, খংজে। অহুবু পাবুংগী হায়গী মওংগী মায়খোংক্কী মমাংদা লেপল্লুরবদি ঐসু শোম্বুরকখি। হায়রমখি, "ওহগান।" অহু করম্বা মতমদা ওইগনি। মায় লৈথোক লৈথোকনা ইমাগী খুৎশাপিং থেংনরমখি। ঐবু উবমক্তা ইমানা মথাদা কোনশিনাবরগা হায়রকখি, "নঙনা লৈরু লৈরুবা মকমদা থুংঙাইনা লৈতরা?" মসি তাকরগা ঐহাক মখোলথোকনা কপথোকখিংলকখি। থম্মোয়ন্নুংদা হায়রকখি, "মফম পুম্বদা থুংঙাইবা নত্তে, ইমা! শিন্নরকপা পিন্নাংবু লোৎশিল-লগা অম্মুমনা নোকলগা হায়রমখি মহুদি ইমা হায়ফম লাকফম খংদেদা। করিগুম্বা খঙলবম্ মহু হরাওনিংঙাই নত্তে! অহিং নোং-শোয়বত্ত তুম্বা য়ারমলরোই অহুগা মখল মখলগী লাইশোল শোম্মলগনি।

২। খুন্নাইসিদা মুপীমচাশিং তেক্ত কায়দনা লৈননবগীদমক্তা মুপা অমগী মথৌ তায়। উরী খরনা অতোপ্পা উপ্পালগী মতেং লৌরগা হিংবা য়াওই। হৌবদা শোঞ্জবা পাংবী খরনা রাচেৎনা চৈ হুংলম্না হৌই। ঐখোয়গী খুন্নাইনা মুপীমচাশিংবু অসিগুমলবা উরীশিং অমম্মুং অশোনবা পাম্বীশিংগী মতৌগুম্মা খল্লি মহুদি চঙজফম নত্রগা মতেং য়াওরবদি হিংবা ঙমদ্রে হায়না।

তশেংনা হায়রবদা হিংদ্রি হিংগনি। পাম্বীশিংসিম্ন খোংনাং পাম্বীগুম চাউরাকপা ওইগনি। অহুবু হৌফমদি লৈতে। লৈহাউ

চেনবা লৈবাক ওইদবনা চাউনিংবা চাউদবগুম। হৌফম লৈরবসু মহুনা মুঙকুপ হুংগায় ভাক্তনা হেন্না লৈ, ঈশিং য়াওদে, হাত্র লৈতে, অহুনা মহুদা পাম্বী চাউবা ঙমদে।

অসিগুম্না ঐসু চাউখৎপা ঙমদে। ঐবু মায়কৈ মরিদা কোয়চিং চিংহুনা পীকনা খাজিল্লবা কোর (চগো) অসিগী মনুংদা অসুম অসুম লৈশিনহুনা লৈবনা "খুকউ ফাউবা পুৎখহুনা লৈরে মহুদি সহর পুম্বসিদা-তরেৎলক কোয়রুবদসু সহরসিদি য়াম্না পীকপ্রবা মৈখেৎ কী উপুগুম্না উরে অহুগা করি করিগুম্বদসু লৈবাক অসিবুসু।

ঐগী মামাগী মচানুপানা কৈগুমশঙদগী চিঠি অমা পীরকখি, মহাক মহুদা য়াইফরি হায়না। সিদদি ঐগী মায়কৈ মরিমক্তা ফল্লাং খাগৎপা সু লৈতে অহু ওইরবসু ঐনা মশক উদবা ফল্লাং অমনা খনবগুম তৌরি। ঐনা মুমদগী মপান হেক খোল্লকপদা, ঐনা কয়াম লাপ্ন সু চংলমখি অহুগা কয়াম লাপবুসু চংকনি, মসিগী খুন্নাইসিদা ঐবু মায়কৈ মরিদা ইকোয় হেক কোয়না থিংবা চৈখল অমদি মরৈরি। মসিগী চৈখলসি কৈগুমশঙগী অকোয়বা ফল্লাংদগী হেন্না য়াংভি। কৈগুমশঙদা তারবা মরাল লৈরবশিংহুনা চেকপ অসি য়াংমা লাম্না চোংহুনা চেনখিবা ঙমই। তৌইগুম্বসুং ঐনা ঐগী খুন্নাইগী চৈখলবু নাম্থোক্তুনা করিগুম্বদসু চংথোকখিবা ঙমজদে।

মরক মরক্তা পুক্লিংদা অপাম্বা পোল্লকখি মহুদি চৈখল অসিবু মুম্না থিজিন্দুনা চাংয়েং তৌগে হায়না। য়েংনিংখি মহুদি অসিগুম্বা অয়ানবা লোনচং অমসুং তুককচনিংঙাই ওইরবা খুদোংথিবশিং অসিবু কয়া য়ামনা কনবা হায়বহু অমুক্তংদি য়াম্না কল্লা য়েংনিংবা পোকলকখি মহুদি মসিবু শেমদোকপা য়াত্রা নত্রগা য়াদত্রা হায়বহু। মালেমগী পোৎ খুদিংমক শেমদোক-শেমজিন অমদি হোংদোক হোংজিল তৌবা য়াই। হৌন লোনচং কয়াবুসু ওম্থোকই।

য়াম্না তামনবা সহর অমদা ঐবু পোকপীবা ইপাবুংনা নিংবা কায়না অহিং চুপ্পা মিশেল খাণ্ডনা লৈরি। ইমানা য়াম্না চেবশিন্না ঐগী কাবু শেম শাবিরি অমসুং কপতুনা লেপ্পরি। ব্রহ্মপুত্রগী তোর্ব্বান্দা ঐগী ইনাউহুগা মতম য়াম্না কুইনা শান্নহুনা মংম লেনমিন্ন হরমবনি, মহাকসু লোম্না-লোম্না মমিত্তগী মপি শিন্দুনা লৈহরি।

পিরাং অসিগীদমক্ত শিন্তরি মরমদি মহাকনা ঐ করিগী ইদোম লৈরিবনো মত্রগা অরাব খণ্ডহুনা লৈবমলিবনো হায়বহু ঐনা হায়জরি, রাকম খুদিংমকপু মাণ্ডর্জে ননা হেক্তা লেপথোকপা য়াব্রা হায়না। ঐগী মমানা য়ামনা পামজনা মাগী মচানুপাবু কলেজদা মমিং চলহল্লমথি, মওমহুদা কলেজ তম্বা লেয়ন্ত্রিবেদা মাগী মচানুপাহু মপুন্সি চুপ্পা কৈগুমশণ্ডা তারগনি হায়বা মংাক্না খণ্ডলমব্রিবনে?

৩। পুন্সিগী অয়াম্বা মতমদা হুপী মচাশিংগী অহল-লমনশিং হোংহুনতা লৈ। মসিগী মতুংদা হুপীমচাশিংগী অতোপ্পা পুন্সি অমদা লৈ, মকমহুদা মহাক্কী কনাসু করিসু থোক্রদবহুদা মহাক মতোমতনি। লাইনীংনা মাগী মাইয়োক্তা, হুপাগী নীংতম্বী লোনচংকী কয়াংশিংগী মাইয়োক্তা, মহাক মতোমতনি। মহাকনা অতং—তাখম লৈতনা খুদোংথীবা পন অমথক্কী মনুংদা মীওইদবগী পুন্সি লেনবগী মওংবু অচুম্বা লোনচংনি অমসুং মহৌশাদগী লৈরকলবনি হায়না লৌজহুনা লৈরকল্লি।

তশেংনা মহাক মতোমতনি। মহাক মশা মরোমদোম লেপ-চহুনা খুদোংথীবা কয়া মাইরোংনহুনা মপুন্সি লেপ্পরি। কনাগুম্বা হুপীমচা খরনা অসুমনা মথস্তা লেপ্পবগী পামজবা লৈরমখি অহুগা খরনা মসিবু পামজরমখিদে।

২১

হকচাংগী শকপাম্বোংগী ফজববু ঐনা করিস্থ মীহৌরুবা লৈতে। ঐমা ইথন-নত্তা খঙ্গে মতুদি মুপীমচা অমগী ফজবা হায়বসি মহাক্কী মতমদুনি। অদু ওইরবসু ঐনা মুপীচুবুদি য়ামনা মুম্না য়েংলমখি। য়াং-চাউবী, য়াম্না তমোন তমোনবা উনশা অমস্থং ভৌরোক ভোবা, শবান্দূ খুৎনা হেক শোকপদা ঈ থোক্কদবা মানবদু। ক্কা-মনাগুমনা থোংলবা মুরৈনরবা মিস্না থম্বাল। মাগী শম অরোনবদু (বেনী) য়েংলগা ওসি লোনবা মান্দবী অস্নাং লোনবা মামবী। মহাক্কা অশংবা মচুগী সাড়ী শেৎলমখি। ঐনা অতুমনা মুম্না য়েংতুনা লৈবদুদা মুপী-মচাদু খরা নিংশা থবেৎ-থবেং তৌরমখি। হায়রকখি, "মুমিৎ কয়া-নিদগী খন্দূনা লৈজরবনি, অদোমগী নাক্তা লাকচগে হায়না।"

ঐনা মাবু ফমননবা হায়রমখি। মুপীমচাদুনা মাগী শেঙ্গী খাউদু টেবল মথক্তা থমলগা ফমথরমখি। হায়রকখি, "করিগুম্বা অমত্তা হায়জগে।" মাগা ঐগা মিৎ হেক-হেক মিৎচানবগা মাগী মমায় লোম্থরমখি। কমদৌনা মহাক য়া হায়বা হৌগদগে, মহাক খঙলমখিদ্রে। মসি উবদা মাবু মাগী য়াখলদু লাকশিন্নবগী দমক্তা ঐনা হংলমখি, ঐহাক খঙডি মতুদি করিগুম্বা ইশাগী ওইবা অপাম্বা খরগী-দমক্তা মীওইববু য়ামনা থুনা অমগা-অমগা নকশিন্নবদা তেঙবংঙি হায়বা।

অদোমগী মিংবু হৌজিক কাউবা খঙজরি।

"করি মিং কৌবিবগে?"

"নীতা!"

"অঙাং ওইরিঙৈদা বদায়দা লৈরম্বগে?"

"নেত্রা কোনাদা।"

নুংঙাইবেদা! অদোম ঐখোয় অমতনিদন'। ঐগী য়ুমস্তু মায়-মনশিংছ দগীনি। "লাইব্রিক-লাইশুস্তু অদোমগী মফমদুদা তং রকপ্রা?"

"তমজরকই।"

"করম্বা চহিদা এস: এস: সি পাস তৌবিবনো?"

"মরিস্থদা।"

নুপীমচাদুগী চহি কুনমঙারোম শুবনি। অদুদগী ঐগী মীৎয়েং মাগী তথন্ববা-শমলাং তমস্তং সাড়ীদা তারমখি। মথোৎ কারকপগী মতমদদি নীশিংসি য়াম্না ইংঙি। নেত্রকোনা সহর, সহরগী স্কুল-কলেজ প্রেস ক্লব, পার্ক, তুরেল, লম্পাক ঐনা হেক উথিবশিংদুগী মরমদা ঙাঙনবা হৌরমখি। নুপীমচাদুস্তু অস্তুম অস্তম মাগী অঙাং ওইরিঙৈগী মওং-মতৌশিংদু নীংশিংলকখি। মমা-মপাগী মতম্বাক্তগী ঙুমগী মাঙ্গোলদা থোঙদারমখি। ঐনা উরমখিবা লম্পাকুগী মরমদা বারী-ম্বাতাই শান-নরমখি। মদুদা মীতানা নুমিদাংবাইরম থুদিংগী 'মঙবী-শেঙবী' (গোল্লা-শুত) শাম্নরমখি। ঐনা তুরেলদুগী মরমদা বারী শারমখি, মদুগী লম্বীদুদা নাতানা মশমদা শফা-ফাম্নগা স্কুল কারম্বদু। হৌজিক নীতা ঐঙোন্দা য়েঙলগা বা ঙাঙবা ঙমলকখি।

'অদুদগীদি?'

'অদুদগী লুহোংলগা ধাকাদা লাক্লমখি।'

'সিদা লৈবা কয়াম কুইরবগে?'

'চহী মঙারোম শুরে?'

'মিপাদি করি থবক তৌই?'

'বীঃ এঃ ডিঃ সিঃ দা থবক তৌই।'

ঐনা খঙলমখি মদুদি শেল-থুমগীদি থোইনা অরাবা লৈরমলোয় হায়না। মপুরোয়বনী তাললুবা শেলফমতু, মাগী ফোয়নবীদা শিন্নে, মতুনা চান-থরুবা অমসুং শে'ন-ইন্নবদা থোয়না খুদোং চান্নবা থোক-হন্নমদে। মহাক্কী অরাবনা অতোপ্পা রাক্সম অমনি।

ইথঙ হেক খঙহৌদনা লুপীমচাদুনা হায়রকখি। 'ঐ চৎলগে। নোংমা অমুক লাককে।'

মথঙগী লুমিন্তা অমুক সুনদা থোঙ থিল্লরকখি। নীতা লাকলমখি। মমিংতু হেক য়েংবদা মহাক কপলুরে হায়বা খঙলমখি। মহাক মিনিট তরামঙামুক তুমিন্না লৈরবা মতুংদা হায়রমখি, 'ঐগী পুকসি য়ামনা নারে।'

'পুকি কদায়রাইদনো ?'

'মহাক্কা পুক্কি ওইথংবা নাকলগী মখা-খংবা শরুক্তা তাক্লমখি।'

'নারকপসিদি কয়াম কুইরে ?'

'লুমিৎ ফনা কুইরে।'

'করম্বা মতমদা অনাবা ফাউরকপগে ?'

'লুমিদাংদা।'

'লৃৎখিলদদি তৌদ্রা ?'

'হোয়, করি করিগুম্বদসু তৌবা ঙম্মঙই।'

ঐনা লুপীমচাদু হিপথনবা হায়রমখি। মরুক্তা নমলমখি। অনা-বনা মশাদা অনাবগী চৈথেং ফাউরে হায়রবসু ডাক্টরনা মশানা কুপ্পা য়েংবা তৌদনা মাগী রাফমথুদা হেক্তা থাজবা তৌবিরোইদবনি। থাঙ্গশেংনা নীতাগী মরুক্তা অনাবা লৈরমদে।

ঐনা হংলমখি, 'নঙোন্দা করি-করি লুংঙাইতবা রাফম লৈবগে ?'

নীতানা হায়রকখি, 'অনাবা অসিদনি।'

মখা তারমখি, 'লৈতে হায়বা ?'

'লৈতে।'

ঐনা তুমনিংনবগী হিদাক খরা ইরমখি। নীতা চংখিরমখি। মথংগী নুমিত্তা অমুক লাক্লমখি। হায়রবখি— 'অমুক নারে। অস্তুম তৌনা মহাক নুমিদাংবাইরম খুদিংগী লাক্লমখি। লাকপগা হায়রকখি। 'অমুকসু নারে।' ঐনা খঙলমখি, নীতাগী অনাবসি মশাদা নত্রে অতোপ্পা অমনি হায়বা। ঐনা মাবু চা থক্লবা হায়রমখি, নেত্র কোনাগী মরমদা ৱারী শারমখি। নীতাগী নীংঙমদবা মায়থোংদু উবদা ঐনা মাবু য়াম্না নুংশিরমখি। নীতানা করিগুম্বা খরা হায়বা পাম্লমখি। অনাবদি লৈত্রে, অদুবু নুংতিগী হায়রমখি নারি হায়না, অহিং তুম্বা য়ারমদে। মসি মাগী মপুক্কিংগী লায়না (লাইমন) নি।

নীতানা অসুমনা হায়রমখি, অসুমনা য়েংলমখি, মথুদি মঙোন্না করিগুম্বা অকবা মওং অমত্তা লৈতবদৌনা। অঙাং ওইরিঙৈগী থৌদোক ৱাথোক অমসুং ৱাঙাং-ৱাতাশিং ইখঙ-খঙহৌদনা মহাক ভাইহাক্কং তুমিন্না নীংশিংদুনা লৈরমখি। অদুদগী মহাক য়াম্না শাথীনা নিংবা কায়না হল্লকলমখি। ঐনা হায়রমখি, "ফরে নীতা, নঙবু অশেংনা কৈদৌরবগে হায়রু ?"

"পুক্তা নাবহুদি ফরেদা।"

"চাং নায়না হিদাক্তি চারিদনা ?"

"অহোয় !"

নুমিৎতুমদি নীতানা করিসু হায়রমখিদে। অদুবু মথংগী নুমিত্তা হায়রমখি, "লুহোংলবা মতুং থা অমগী মমুংদা ঐহাক মীরোল্লমখি। ঐগী ইপুরোয়বা ৱফীকনা হায়রমখি, হৌজিক য়ুম কাউবা নিংথিনা পানবা হৌত্রি, নোংমা-নিনিদসু 'ফি' ওইহুনা কোয় খোংপসু তৌত্রি। হৌজিক অঙাং ককা অমত্তা পামজত্রে। ঐ য়াম্না কিজে হায়দুনা

কন্না য়াজরমখিদে। অদু ওইরবসু মহাকনা নমতুনা ঐবু ল্যায়য়েং-শঙদা পুখিরমখি। ঐনা য়ান্না কপচরমখি, অদুবু রফীকনা ঐনা হায়-জবতুদা য়াবিবা শুকলৈ লৈখিরমদে অত্না ঐবু 'এম আর' তৌরমখি।

অসিদং হায়রগা নীতা কপথোক্লমখি। ঐনা মানা কপ্পতুদা থেমলমখিদে। মহাক কপতুনতুম লৈরমখি। 'এম আর' তৌহল্লে' অসিদবু মুপী অমনা করিগী কপকদৌরিবনো? ঐ পাখৎলমখি। নীতাবু থেমজিল্লবদা ঐঙোন্দা অরুবা রাফম অমা ওইরমখি। হায়রমখি, 'অদুদগী করি তৌরবা? এমঃ আরঃ দি মী অয়াম্বা তৌনৈ।'

'ঐদি অঙাং য়ামনা পামজৈ।'

"অদুদা করি মীপাইনিংঙাই লৈরিবগে? নঙ অমুক হল্লা 'প্রেগনেন্ট' (মীরোনবা) য়াখিনি।"

"য়াররোই। হৌজিক অমুক হল্লা ওইররোই।"

নীতা কপতুনা লৈরমখি। কপনা-কপনা হায়রমখি, 'ডাক্টরনা হায়রমখি হায়না।'

ঐগী পুক্রিংদা চিংনবা পোক্লমখি। নীতানা মাগী শেঙ্গাও হাং-দোক্লগা ডাক্টর য়েংলুবগী চে-চাংশিংদু ঐঙোন্দা পীরক্লমখি। নীতাগী মরম পুমনমক খঙলমখি। এমঃ আরঃ গী অরুবা থৌদোকনি। নীতাগী অঙাং খউ, অঙাং পোকনবগী মরমশিং লোয়না মাংলমখি।

নীতানা মীপাইবগা লোয়নন্না কপলকলমখি। ঐনা নীতাবু থেম-লমখি। থম্মোয়দা ফাউরকখি, ঐসু কপলসিরা হায়না। ঐ অহিং চুপ্পা তুম্বা শ্যারমখিদে।

নীতা কপতুনা লৈরমখি। হৌখিবা চহী মরিরোমগী মমাংদগী মহাক্না মচা পোকলরোই হায়বা খঙলমখি। মপুরোয়বনা থা ৬ চুপ্পা মাবু থেমলমখি। হায়রকখি, মীরৈবাক্তা চৎকনি, অফবা ডাক্টরদা য়ংহনগনি হায়না।

হৌজিক্তি অমুক হন্না হায়খিদরে। মপুরোয়বগী মমা অমদি মচন-মচে লাক্লগা চবেং-চবেং ঙাঙদুনা মাবু লৈরমখি। মখোয়গী ব্রাখন্দা অনৌবা ঈচেল অমা হোংনবা তৌরমখি। মপুরোয়বস্থু মখোয়গী মাঙ-লানগী ঈচেলদুদা ঈরোয়ননা য়াওবা পামলমখি।

ঐগী খুবক পুমচোং চোংলক্রমখি, নীতাগী পিরাংতনা। নীতানা ঐবু মহৌশাদৌনা খঞ্জরমখি অদুনা নুমিৎ খুদিংগী লাক্রমখি। ঐনা করিগুম্বা খরদি হায়নিংলমখি। রফীক্কী মরিমতানা অখুংবী নুপী অমগা লোয়ননা য়ুম্বালদুবদগী রফীক্কী মরাইবক থীরে হায়না পেন্দবা ফোঙদোক্লমখি। অতোপ্পা অমমুক লুগোংনবগী ব্রা হৌদোক্লমখি। ঐনা খঙলমখি, নীতা নোংমদি লাক্লগা রফীক্কী অনিশুবা লুহোংবগী ব্রাইস্থু শারখিনি হায়বা।

অস্থুক ফজরবী নুপীসিনা অরাবা খুদোংথীবা কয়া লাম্তোক্লুনা মশাগী লৈরিক-লৈরাক থন্না নুংঙাইবা ঈচেল অমদগী মংলান্দা সহর-সিদা য়ুম অমত্তং লেপচবা ঙমজরবদি— অসিদগী হেন্না মঙোন্দা মীনুংশি পীবা ঙমদ্রে।

